# কম্বাক লীলা
## অহুম

আই এস কাঙজম

# কম্বাক লীলা অহুম



আই এস কাঙজম



কাঙজম এন্তরপ্রাইজেস
( পব্লিকেসন ইউনিত )
ইম্ফাল




# ফম্বাক লীলা অহুম

O

থোকবা :

কাঙজম এন্তরপ্রাইজেস

( পব্লিকেসন ইউনিত )

থগোলবন্দ, নাউরেমথোং

ইম্ফাল

O

ওইবম থোকপা পূরমক অইবা

১৯৮১

O

মমল: লুপা ১৫

KANGJAM ENTERPRISES

# Phambak Leela Ahum

(A Collection of three dramas)

by :

I. S. Kangjam

1981, Author

Price Rs. 15

# মীশক্=মীওই

## নীপা:-

১। শ্রীকৃষ্ণ ... ভগবান শ্রীকৃষ্ণ
২। কংস ... মথুরাগী নিংথৌ
৩। জরাসন্ধ ... মগধগী নিংথৌ
৪। দুর্যোধন ... ধৃতরাষ্ট্রগী মচানীপা অহল
৫। শকুনি ... দুর্যোধনগী মামা
৬। শাদানবা;
৭। দূত।

## নূপী:-

১। প্রাপ্তি ... কংসগী মহারাণী অহল
২। অস্তি ... কংসগী মহারাণী অতোনবা
৩। মনাইনূপী।

# প্রাপ্তি-অস্তি

## অহান্‌বা তাঙ্কক

### অহানবা উৎপা

## মথুরাগী কোন্থুং

( কোন্থুংগী কা অমা ; নিংথিজরবা সনাগী তাওবন্দা কংস ফমদুনা লৈ । )

কংস—হা হা হা······ ( ইশি শিনা নোক্তুনা )

অঙকপনি অঙকপা সংসার !

হা হা হা······

নত্তে, ওইথোক্তে ঙকপা

মথুরাপতি কংস ঐঙোন্দদি ।

( ফুক হোৌগৎলগা ) অঙাং নারা অপিশক

চাউদম শারেপ ফাদ্রিবা

ওরাংগী ওখা মানস্থু

মিপাইহনবা শারি কংসবু ;

ওইথোক্তে, ওইথোক্তে । ( হঙৎ হন্দা চৎপা )

নিংথৌনি ঐহাক,

কনাবুনো ঐনা কিগদবা ?

স্বর্গগী দেবতা থিবিকস্থু

কিনরি ইমিংতা তাবদা,

নিকলি থক-থক।
অতুগা—
অঙাং নাত্না মহাক্তি
কিদবকো ঐবু ?
পুতনা হাৎপ্রবকো ?
যমলার্জ্জুন যমলৈবাক য়োৎহনপ্রবা,
অঘ-বকাসুর হাৎপ্রবা,
মাঙহনপ্রবা ঐগী ধেনুকাসুর!
লাকঙম ফাঙমদ্রবা দৈত্যবু
ঙমপ্রবা গোপ মচানা ?
য়ানিংদে ঐ,
হাৎকনি মাবু ঐনা।
হা হা হা......
দেবকী! বসুদেব!!
লানপ্রেদকো ঐ অসে
লুহোংবগী সুমিৎ অতুমক্তদা
নখোয় অনিবু হাৎহৌদবা।
চাকলে ঐগী থম্মোই
নিঙমদ অশাও' মৈরীনা,
নিকলে থক-থক থম্মোইসে।
ইপা নিংথৌ উগ্রসেনবুদি
কৈগুম'সুংদা লংশিনবা ঙম্লগা
করিগী ঙমলোই অঙাং হাৎপা

ইবুকথোক্কী ইচাম্বু নত্তবহুবো ?

(নাকল্পী থাঙশাং শংলি। )

(উৎলগা) ইখৌ লাংলে ঐগী থাঙশাং,

গোপ মচাগী ঈ!

পীথক্কনি ঐনা।

হা হা হা......

(ছুত চঙলকই। )

ছুত—(মঙক নোল্লগা) মহারাজগী জয়!

কংস—ওঃ ছুত!

তমলো য়ারা নপাও,

য়োরক্তি বরা অক্রুর হৌজিক কাওবা ?

ছুত— য়োরক্তি মহারাজ।

কংস—য়োরক্তি-য়োরক্তি ?

হা হা হা......

অক্রুর য়োরক্তি!

থঙলে ঐ,

কিরে গোপ মচাছু।

অহুক পাঙদবা মানস্থ

তেমশিংনরিবকো কংস ঐঙোম্দা।

হা হা হা.........

নত্তে, শোয়দনা পুরক্কনি অক্রুরনা,

মহাক শোয়দনা লাক্কনি।

ছুত!

দুত— মহারাজ !

কংস—অক্রূর হেক য়োরকপগা

তমলো-লাও নপাও তন্দনা।

দুত— সনা য়াথং ! ( দুত চংখি )

কংস—আঃ লাকচৈদকো,

উৎশিংমন্দেদা অপিথক।

( মহারাণী প্রাপ্তি চঙলকই ।)

প্রাপ্তি—মহারাজ !

কংস—কনানো ? ওঃ প্রাপ্তি !

ঐগী তালোয় মুংশিবী

জরাসন্ধগী মমোমলোই

তাঙনা শাংপী তথোংপী

লাও, চঙলকউ।

ওমচাকুর' ঐগী থম্মোইদা

মুংশি লাঈজ খিকলো-লাও।

প্রাপ্তি—মহারাজ !

থম্মোই ওমচাক ওমশাওনা

ইশৌ অতুক লাংবিরিবা

মরম করিগীদমকনো হায়বিয়ু।

কংস—রাণী শকহেনবী !

লৈতাদরে ঐগী থম্মোই,

পুক্লিং মকা লামত্রে

নাম্না মাবু থল্লুবদা।

প্রাপ্তি—মহারাজ ইবুংঙো মুংশিবা!
করিগীদমক মকপগে সনা-মায়থোঙ ?
গোপ মচা মহাকপু
খন্দোকপিয়ু করিসু ওইদনা ;
মায়থিহনগদবা কনা লৈত্রবা
মহারাজবু ওম্বা মতিকলা ?

কংস— হ হ হ হ...... য়ারা নপাও তাবদি
মুংশিদকো শকহেনবী,
খল্লি ঐসু অহুম্মা।
অহুবু চিংনরিবদি ঐনা
লৌনম চাওইনে নিয়তিসে,
ওকই মাগী থৌশিল
ওম্বাং-ওনশিন হৈ।
হা হা হা......
খওদেদা চাম্নবী!

প্রাপ্তি—চিংনবিয়ু মহারাজ!
লেওপ্রিবা ইপু অক্রুর
হল্লকনি শোয়দনমক,
পুরক্কনি গোপ মচাদো!
নিঙবা থুংগনি মহারাজগী
কায়রোই ঐখোয়গী ধনুর্যজ্ঞ,
অরোইবা আহুতিনি অঙাংদো।

কংস— উম, চুম্মী প্রাপ্তি!

রাৱা অমত্তং চিঙ্গোইগে
তাও পাইমা খোয়জংনা।

প্রাপ্তি—তাকপিসি মহারাজ!
চিংন-পরৈ থম্বিহু,
ননাই হুপী প্রাপ্তিদা।

কংস— চিঙ্গোইগনি শোয়দনা
থমদে চিংন-পরৈ ;
শরী শোল্লু অহানবদা
য়াগেতা হায়না ঐনা হায়বা।

প্রাপ্তি—ইপুরোইবা ওইবা নহাক্না
অথোইবা লাইনি লেঙজ্রবা
ননাই হুপী ঐগীদি।
য়াৱা চিঙ্গোইনবিয়ু,
শরী পন্দোম লোমজরি—
ঐহাক ক্ষত্রিয় নিঙোননি,
থৱায় অসে থাজগে
ইপুরোইবা নংগী য়াইফনবগীদমক।

কংস— সাবাস সতী!
নংতনি ঐগী চান্নবী,
নংদি সতীনি তশেংবা।
তাও, য়াৱা চিঙ্গোইয়গে—
হয়েং ইমুং তান্নগা
শোয়জ্রবনি লাম্বেংনবা মাগা ;

ঐগী থবায়না থাজে,
জয় ঐগী ওইগনি।
করিগুম্বা নিয়তিগী থৌশিননা
ভাগ্য লক্ষ্মী মমায় সৈঞ্জবা
শোয়দ্রবনি ঐনা মায়থীবা।
করিগুম্বা মায়থীবতা নত্তুনা
তাইবঙ চেংজেল লোইশ্রবদি
লমন থুম্লকউ নহাক্না ;
মত্তুনি ঐনা পাম্বা।

প্রাপ্তি—সনায়াগং ইপুরোইবগী
ফিগাও শানা য়াজরি,
পুক্সিগী ব্রত ওইজরে
লমন থুম্বা হায়বত্তু।
চিন্তাগী পোংলুম থাদোকপিয়ু।

কংস— সাবাস প্রাপ্তি !
হুংঙাইরে ঐ, পেল্লে।
নংতনি ঐগী শুপ্নগী।

প্রাপ্তি— তপথবিয়ু মহারাজ !
অরা-তুরৈ চনবিন্থু।

কংস— থগলে প্রাপ্তি !
চংলো, পোখাজরুরো নং।

(প্রাপ্তি চংখি, দুত চঙলকই)

দুত— মহারাজগী জয় !

কংস— করিনো হুত ?

হুত— অক্রুর থুংলরে মহারাজ।

কংস— অক্রুর থুংলরবা ?

তহু— থুংলরে মহারাজ !

মথুরা নগর চঙলকলে,

লোয়নরকই গোপ মচা অনি।

কংস— ফৈ, খঙহনগে কংস ইতিক।

যজ্ঞগী থৌরাঙ।

হুত— সনা য়াথং ! ( হুত চৎখি। )

কংস— হা হা হা......

ঐনা নিঙবা থুংলনি।

হা হা হা......

মরৌ তৌবা লৌনম্বা

ইমুং তৈনা ঙাল্লগা

হয়েংগী কোরৌ হুমিত্তা

লোইহল্লনি তাইবঙ চেংজেল,

পুন্সি ঈচেল খমহনগে।

হা হা হা......

জয় শিবশম্ভু !

জয় ভোলানাথ !!

হা হা হা......

( মহারাণী অত্তি চঙলকই। )

অত্তি— মহারাজ !

কংস— রাণী অস্তি !
ইনাক্তা নংনা লাকপদি
য়ায়া করি চিক্লোইনিংডি ?
ংসি কোরৌ মুমিত্তি
হরাওরে:-মুংঙাইরো,
পুক্লিং পেন্না নোকলো।
হয়েং ইন্নুং ঙাম্নগা
য়েক্লবা লোইনা মাঙলনি,
ঐখোয়না নিঙবা থুংলনি।
কৃষ্ণ মাদা শিগ্রবদি
অতৈ অতোপপা অমমুক
মক্ল ইহন তম্নরোই।

অস্তি— মহারাজ !
শোয়রে তাকপিরিবা য়ারাদো।

কংস— করি অস্তি ?
করম্বা য়ারা শোয়গ্রগা ?

অস্তি— মহারাজ ইবুংঙো !
খনবিগন্নুকো ননাই মুপীবু লাম্না।

কংস— করিগী খনগনি রাণী।
চিঙ্গোইয়ুনে নরাহৈ
ঐগী শম্মোইনা হরাওরিঙৈ।

অস্তি— হে মথুরাপতি মহারাজ !
হয়েং ইন্নুং ঙানবগী

দেবকীগী মপাল্লী কৃষ্ণগা
লাম্থেংনবা অসিদদি তোকপিয়ু ।

কংস— করি অস্তি ?

অস্তি— খংন-শাওনবগী মহুত্তা
ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ মহাক্কা
শান্দাইনবিয়ু কদৌবগে ?

কংস— ( শাওরপ্পা ) শ্রী ? শ্রী ?
গোপ মচা মঙোন্দা
করিগী শ্রী তপকনি ?

অস্তি— নত্তে মহারাজ !
অশাও' পুক্লিং ফাথবিয়ু ।
কৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো
গোপগী শঙ্কায়দা চাওবসে
ভগবাননিনে ভগবান !
মথুয়া থাদা চঙজসি ।

কংস— ভগবান ! ভগবান !!
করিগী ভগবান ?
করিগী কৃষ্ণবু ভগবান ?
ঐনি ভগবানদি
হা হা হা······

অস্তি— মহারাজ ! মহারাজ !
তপথবিয়ু সনা পুক্লিং,
চিঙ্গোইবিগনু হায়হৈদবা য়ারা ।

ঙাকপিহৈবা ইবুংঙোনি,
চঙজসি মথুয়াখাদা মহাক্কী।

কংস—( শাওনা ) মতোইনরা অস্তি ?
ইচম্মা পোকৃপা ঐগী য়েক্লববু
করিগী ভগবান্ ?

অস্তি—মহারাজ ! শেরাম্নরে রাখল্,
লঙ্জবদি শ্রীকৃষ্ণগী মফম্দা
ওইগনি ঐখোয়গী অমাঙ্বতা।

কংস—( য়াম্না শাওনা ) তুম্মিন্ লৈয়ু অস্তি !
নহাক্না চিঙ্গোইরিবা য়ারাদো
খঙ্লব্রা, তানিংদে নাপসিনা।

( কংস থুনা থোকৃখি। )

অস্তি—( নিঙম্দনা ) ওঃ তাবিদ্রবা ঐনা হায়জবা !
থওইবিদ্রবকো, অরেম্বদা তারবা ?
হায়বিরম্মী নারদ ঋষিনা—
"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নি।"
মসিবু থাজবিদ্রবা ?
য়াবিগদ্রা ইচে ইবেম্মনা ?
কনাদা হায়জগনি ?
করম্না কনৃগনি ইপুরোইবগী থরায় ?
হে ভগবান্ !

( অস্তি থোকখি। )

---

## ২শুবা উৎপা

# মথুরাগী কোন্সুং

( মহারাণী প্রাপ্তিগী কা। প্রাপ্তি ফমুংদা হিগ্তুনা লৈ, মনাইহুপী
অমা চঙ্লকই। )

মনাইহুপী—মহারাণী ইবেম্মা!

ননাও ইবেম্মা অস্তি

সনা খোঙ্লেঙ্লকই।

প্রাপ্তি—চঙ্হল্লকউ অপন্বা লৈতনা,

ইনাওনা ইনাক্তা লাক্পবু

করিগী অমুক খিংলুনি।

( মনাইহুপী থোকখি। )

প্রাপ্তি—ইনাওনা 'নাক্তা লাক্পা

করিগীদমক্ ওইরিগবা?

( অস্তি চঙ্লকই। )

অস্তি—ইচে ইবেম্মা মহারাণী!

প্রাপ্তি—( হিপ্পস্বদগী হোগংলগা ) লাও ইনাও ইবেম্মা!

ফমলো-লাও ইচেগী 'নাক্তা,

য়াম্বা করি চিঙ্গোইনিংঙি?

হায়ম্ম চিংনদনা ইচেদা।

অস্তি—( মচেগী মনাক্তা ফমলগা ) করম্মা হায়সিগে ইচে

ননাও ঐগী থম্মোইসে

তনিক্ তনিহ্লে রাবনা।
হায়দবস্ন য়াদে,
হায়জরগা ইচেগী মফমৃদা
অরা' পোৎলুম্ থাগে
খজহ্না লাকৃপনি।
প্রাণ্ডি—হায়য়ু ইনাও মুংশিবী,
চিংনদনা চিঙ্গোইয়ু।
ইচেগী অরাবা ইনাওদা
ইনাওগী অরাবা ইচেদা
হায়দনা কনাদা হায়গনি।
অণ্ডি—হায়জরগে ইচে-ও!
হয়েং ইমুং ঙাল্লগা
থেংনগদবা লান্ শ্রীকৃষ্ণগা
অসিতদি তোক্হনবিয়ু ইচেনা।
হায়বিয়ু মথুরাপতি ইবুংঙোদা,
য়াবিদ্রে ননাওনা হায়জবদি।
প্রাণ্ডি—করি হায়বা অণ্ডি?
লান্ তোকহল্লু হায়বা?
কৃষ্ণবু করিগী মুংশিহ্না
কন্‌গে খল্লিবনো নংনা?
অণ্ডি—করি রানো ইচে'বেম্মা?
হায়হৈদববু হায়রেনা।
ঋষি অথোইবা নারদনা

হায়বিরম্বা অশেংবা য়াব্রাদো
তাবিদ্রবরা করিনো ?

প্রাপ্তি—( মুংশা থিরপ্পা ) করি হায়বা ইনাও-ও ?
স্বর্গগী নারদ ঋষিনা
করি য়াব্রা চিঙ্গোইরম্বা ?

অস্তি—ইচে-ও ! হায়বিরম্বীনে ঋষিনা
হন্দক্ লাক্লিবা গোপ'চা
কোলোয়না শ্রীকৃষ্ণ কৌবসে
বৈকুণ্ঠনাথ শ্রীবিষ্ণুমক্কা
শাইওন্ শক্তম্ লাংবনি ;
ভগবান্ মক্কনি শ্রীকৃষ্ণসে।
ইবুংঙো মহাক্ অসিগা
হয়েং ইঙ্গুং তৈরবদা
হুয়েল্ লান্ বু থেংনগদৌরিবা
খাম্বিয়ুনে ইচেনা।

প্রাপ্তি—ওন্থোকপা মতৌনি ইনাও-ও !
নংগী পাইশ্মা পুক্লিংদো
লাইমা থীনা হোরৎলে।
নারদ হায়বা চিন্থীবা
খৎনহন্নবগী থৌশিন্-থৌবুবা
মহাক্কা হায়ববু থাজব্রা ?
করম্মা পোকনি লাইনবু
পাপ্কী মর্ত্ত্য অসিদা

অহুগী শরুকপুদি ইনাও
নচেম্ ঐ রাহায়গে,
ইচিন্-ইনাও চঙ্‌হুনা
ইপুরোইবগী মঙ্গোল্ ওইনবা
ইরাং থৌনিজসিনে বিধিদা।
খল্লুহু গোপ অঙাংহুগী,
মাগুম্বা ঙখা মহানবু
মতিক্ ময়াই লৈরবা
দৈত্যগী মবুংঙো পাঙ্গল্লবা
ইপুরোইববু ঙম্বা মতিক্লা?
হয়েংগী কোরৌ সুমিত্তা
য়াইবী থরায় চুপ্‌লগদবা
গোপ মচা কৃষ্ণনি।

অস্তি—নত্তে-নত্তে ইচেম্-ও!

লাল্লে হায়বিরিবা য়ারাদো।
শেম্বিরিবা ইবুংঙো মহাক্নি,
লোইশিন্‌বশু মাগী মনিঙ্‌নি।
হয়েংগী কোরৌ সুমিত্তা
ছুয়েল লান্‌বু থেংনবনা
য়াইফরোই ইবুংঙো মথুরাপতিগী
ইচিন্ ইনাও ঐখোয়গী
সুহাগ মুৎপা নত্তনা
ফল্ করি ওইগনি।

অছুনা খাম্বিয়ুনে ইচেনা
হয়েংগী লান্‌ অসিতদি ।

প্রাপ্তি—পঙ্‌মল্লিদা অন্তি নংসে,
হয়েং শিরগদবনি অঙাংদো
লৈররোই ঐখোয়গী য়েক্লবা ;
ইপুরোইবনা য়েক্লবা হাৎপদা
থামলুনি ঐনা করিগী ?
ইপুরোইবগী য়েক্লবা নত্তবরা ঐখোয়গীদি ?

অন্তি—ইচেম্মা হায়বিরিবা য়ারাদো
থাজবা ঙমৃজদে ননাওনা ।
তিল্লাং অমুক্তং থয়োৎনা
পাইমা রাখল্‌ তৌবিয়ু
ননাওনা হায়জবা য়ারাসে ।
হায়হৈদবা মক্তা হায়বিরে
ইচে ইবেম্মা নহাক্তি ।

প্রাপ্তি—( ফুক্‌ হৌগৎলগা শাওরগ্না ) অন্তি! ইনাওনিকো নংসে,
হায়রি'মক্কদা হয়া হে
হায়হৈদে হায়না হিক্তোকলে ;
প্রাপ্তি ঐ নচেনি,
ঐগী য়ারা ইল্লুকো ,
নিঙ্‌থবা ইপুরোইবগী আশাবু
নংনা থুগাইগে থৌরাংবা
নতিক নত্তে খঙ্‌ঙ্‌কো ।

নংগী হায়জ' য়াবাদো
তানিংত্রে নাপ অসিনা,
চৎব্রো চৎলো ইবেম্মা।

অস্তি—( নিঙ্‌বা কায়না ) ওঃ তাইওয়রবকো তাইবঙ্‌পান্‌!
কনানস্থু তাবিত্রবা ঐগী য়াব্রা?
কাম্লত্রবা রায়েম্‌ তারবা?
হে বৈকুণ্ঠনাথ ভগবান্‌!
নংগী লীলানিকো পুন্নমক্‌সে?

( অস্তি চৎখি। )

প্রাপ্তি—আঃ পঙ্‌ঙিদকো অস্তি ইবেম্মা!
ঐগী ইনাওনিকো নংসে?
মীতোপ্‌ য়াবু থাজ্ববা
য়াথল্‌ ঈপাক্‌ থেল্‌মল্লি।
থাজদবগী কত্র' কুয়োম্না
কুপ্‌লবোই নংগী থম্মোইদো।

---

৩শুবা উৎপা

# মথুরাগী কোন্নুং

( কোন্নুংগী কা অমা। কংস ভাঙ্‌বন্দা ফম্‌ত্নুনা লৈ। মহারাণী প্রাপ্তিনা মনাক্তা ফম্লগা সেবা তৌরি। )

কংস—জরাই মমোম্ নিংথিবী
কংস ঐগী চাম্নবী
ঙসি কোরৌ হুমিত্তি
হুমিৎনিদো হরাও তয়াম্বা।
মপুং ফানা পাঙ্‌লনি
ঐনা লিংখৎপা ধনুর্যজ্ঞ।
য়েক্ল' ইহুন্ তম্নরোই
মরূ ফংনা মাঙ্‌লনি;
মতম্ কুইনগী অনিঙ্‌বা
ঙসি' কোরৌদা ফংলনি।
হা হা হা ... ... ... ... ( হরাওনা নোক্‌পা )
হায়য়ু রাণী শকহেনবী
ঐনা শীন্‌বা থৌশিন্‌সে
থোইদাদবরা নংগী পাইমনা?

প্রাপ্তি—ইনিংথৌ-ও য়োইমরেন্
মধুপুরগী মপুও!
করি য়ারাবু চিঙ্গোইবিবনো?

ইনিংথৌগী পাইমনা খোইদাবা
প্রাপ্তি ঐনসু খোইদাঞ্জে।
কংস—সাবাস, অছুনিদনা প্রাপ্তি!
ঐগী চান্নবা হায়বদো।
হা হা হা ... ... ...
ঙসি কোরৌ হুমিত্তি
পূক্নিং মকা লাম,
হরাও-তয়াম্ শান্নগে।
নোংঙাল্লম্দাই থবা চান্নবী!
নংগী নৌরবা নথুত্তো
তিংথোন্নকউ কদায় ঐঙোন্দা;
প্যালা থন্না হৈছুনা
ইথৌ লাংলবা চীনূবানসে
রস পেন্না থক্হল্লু।
কাওঙমুদ্রবা নংগী রসদো
থৎকৃউ নংনা চান্নবী!
প্রাপ্তি—(য়ু হৈরগা লানৃশিন্দুনা) লৌবিয়ুনে শজিক্লোই হুংশিবা,
থম্মোই পেন্না ফানবিয়ু।
ঙসি কোরৌ হুমিৎকী
ননাও ঐগা লোয়ননা
হরাও মতোল্ লোম্বিয়ু।
কংস—হা হা হা... ... ...
মচু নত্তে প্রাপ্তি!

পীগদবা নত্তে, ইনৃগদবা।
ভনৌয়বা নথুৎ মচাঙ্গনা
তনিক্ ভনিক্ পায়রগা
চীন্‌বান্ ভম্না পুখৎলকউ।
মচুনি ঐনা পাম্বা—
হা হা হা ... ... ... ...
( প্রাপ্তিনা মথুৎনা প্যালা পায়রগা কংসবু য়ু পীথক্ ই।)

কংস—( ফুক্ হৌগৎলগা ) সাবাস ! প্রাপ্তি সাবাস !!
হা হা হা ... ... ...

( দূত চঙ্‌লক্ই। )

দূত—য়াইফবিয়ু মহারাজ !

কংস - হায়য়ু ঐগী দূত
য়ারা করি চিঙ্গোইনিংঙি ?

দূত—হে মথুরাপতি মহারাজ !
থুদেক্‌প্রে চাওরবা লিরুংদো,
চানুর-মুষ্টিক্ হাৎপ্রে।
গোপ মচা অনিছবু
লাম্বা পাবিনিংঙাই লৈত্রে।

কংস—( শাওনা ) করি দূত ?
পোক্‌পদগী ভায়ক্তি বা য়ারাবু
নংনা ঙসি ভাহনৃবা ?
ঙরাংগী ঙথা অঙাংনা
পাবিনিংঙাই লৈত্রবা মল্

চানুর-মুষ্টিক্ পু হাৎপা ?
ওইথোক্তবনি, ওইথোক্তবনি।

সুত—মহারাজ!

কংস –( শাওনা ) চৎপ্রো চৎলো সুত!
নংশী য়াম্না তানিংদে।
ফত্ত' লৌনম্ হৈশিংবা
ওইদ' পরেং থৌশিনৃবা
কংস ইতিক্ খঙ্ত্রা ?
ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি
ঐগী থুৎত থাংলেম্দা
য়াইবী মাঙ্গনি খঙ্ত্রহে।

( সুত তুমিন্না চৎখি। )

প্রাপ্তি—মহারাজ!

কংস—য়াণী শক্হেনবী!
নোক্উ, হয়াওয়ো-হুংঙাইয়ো ;
ঙসিগী মতম্ লাক্লয়োই অমুক্
হা হা হা ... ... ...

( অস্তি চঙ্লক্ই। )

অস্তি—মহারাজ!

কংস—লাও, চঙ্লক্উ শক্হেনৃবী!
থাজগুম্ হেন্নবা মায়থোঙ্
মোমোন্ নোক্উ হয়াওনা।

অস্তি—মহারাজ!

কংস—ইঃ করিনো অস্তি ?
ঙসি কোরৌ সুমিত্তি
হয়াও মথোই কাগদবনি,
পুক্সিং মকা লামৃগদবনি।
মত্থদি নক্রে হায়রগা
ওয়-তৈন শক্তম্ লাং
করিগী মায়থোঙ্ খেগুম্ লাংশিল্লি ?
নংগী পাইমা পিবুক্নুং
করি সুংঙাইতবা লৈবগে ?
য়ারা নপাও তম্মুদা।
অস্তি - ইনিংথৌ !
ননাই ওইবী ঐহাক্পু
য়োল্লবদা ঙাক্পিয়ু, লাল্লবদা কন্বিয়ু ;
ইমুং-মনুং ওইবগী
অত্থক্ রাতানজবা
সনা নাপদা হাপ্পিয়ু।
কংস হায়দ হায়য়ুনে অস্তি,
ঙসিগী সুমিৎ অসিদা
করিবু লৈবগে ঐনা য়ারোইদবা।
অস্তি—ইনিংথৌ !
ঙসিগী সুমিৎ অসিদা
গোপ মচা অনিসিগা
লাম্বা পাবা ভোকপিয়ু।

কনূবদা মপা লৈত্রবা
চাহুর- মুষ্টিক্ হাৎখিবা
সনা নাকোং য়ৌবিত্রিবরা ?
অচম্বা মীওই নত্তে হায়,
চঙ্জসিনে মফম্ লাংদা ;
ভগবানূগী স্বয়ং অবতাররনি ।
প্রাপ্তি—( শাওরপ্না ) করি ইনাও ইবেম্মা ?
ইনিংথৌগী সনা মাঙ্সিদা
অহুগুম্বা য়ারা অহুদি
অনিরক্ হন্না চিঙ্গোইহু ।
নারা মাবু কিবনা
অসুক্ চাওরবা নিংথৌগী
থৌশিলবু থুগাইবা হৌনব্রা ?
কংস—মহুনি ঐনা পাম্বস্থু ।
পঙ্ঙিদকো অস্তি ইবেম্মা,
নচেম্না হায়বহু ইল্লুনে ।
কিরুগস্থু অঙাং মচাহু,
ইপাম্বোম্ নাম থাঙ্গৎপদা
হৌহুনা চেনূথিগদবা অঙাংনি ।
পাইমা হুংনাংবগী মহুত্তা
হরাও ভয়াম্ লৈথোক্উ,
মঞ্জুনগন্নুনে নপুক্লিংদো ।
অস্তি—( নিঙ্বা কায়না ) ওঃ করি মতৌনো ?

ঐনা হায়জবা অচুম্বা
য়াকায় ওইনা থোক্লবা,
তাবিজ্রবকো কনা'মত্তনস্নু ;
অছুদি কনাদা হায়জগনি ?

( অম্ভি থোক্‌থি । )

কংস—য়েংঙ্‌নে প্রাপ্তি !
নংগী ননাও অম্ভিসে
পঙ্‌ঙ্রেদকো ওম্নোক্লস্নু !
গোপ মচাবু কিবনা
চেঙ্গুম্ চেঙ্গানরে মনিংদোন্

( দুত চঙ্‌লক ই )

দুত—হে মতিক্ ময়াই নৈয়বা মহারাজ !
স্বর্গগী ঐরাবতপীস্নু হেল্লবা
মচুম্ তানা কল্লবা
হিমালয় চীংজাওগুম্ চীংলেম্লবা
মহারাজগী শামু কুবলয়
হাৎল্রে গোপ মচানা ।

কংস—করি দুত ?
মঙ্‌লানৃগুম্বা য়াবু হায়রবা ?

দুত—অচুম্বনি মহারাজ !
ননাইগী য়াসি থাজবিয়ু,
গোপ মচাদুগী মতৌদো
ঙক্কবা ঙম্‌দে ঐথোয়দি ।

অশাও' মায়খোঙ্সু উত্তে,
মোমোন্- মোমোন্তা ভৌছ্না
পঙ্হাত্তা মহাৎলি লাম্বাতবু।
মাগী মভৌছ্ উবদা
ননাই ওইবা ঐখোয়দি
কিবনা চেঙ্গুম্ চেঙ্গানয়ে,
নিক্লে থম্মোইসে থক্-থক্।
কংস—ইয়া! করিগী কিবা?
(য়াম্না শাওনা) চাণুর-মুষ্টিক্-কুবলয়
হাৎপ্রবস্নু মানা লোইনা
ঐবু ওম্বদি ওইখোক্কে।
ওসিগী মুমিৎ অসিদা
কৃষ্ণ মাবু হাৎলগা
যজ্ঞগী পুর্ণাহুতি কৎলগে;
মছ্ছনা ঐনা পেন্গনি।
হা হা হা … … …
(মথ্বাঙ্দা য়াম্লিবা থাঙ্শাং কৎ শক্তোক্লগা য়াম্না থুনা চৎখি, হুত্সু মতুং ইম্নখি।)

---

## ৪ শুবা উৎগা

# মথুরাগী দরবার

( কংস য়াম্না ফিংনা মথুরা থাঙ্‌শাং পায়দুনা চঙ্‌লকই। )

কংস—কদায় কৃষ্ণ কৌবা

কংসবু কিদবা অঙাংদো,

কৈদা লোৎলি হৌজিক্‌ ?

নপাঙ্গল্‌-নথৌনা লৈরগা

চোংথোরকুউ ইমাঙ্‌ অসিদা ;

পঞ্চভুটনা শাবা হকচাংস্থ

মচেৎ-মচেৎ করুগা

যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীরগে।

কৃষ্ণ—( মন্নুংদগী ) হে কঙাওনরবা কংস !

সিদা লৈ ঐহাক্‌।

কংস—কদায়দা লোৎলি নহাক্‌,

কিথি-কিরুম্‌ কৈদৌরি ?

ইতিক্‌-নতিক্‌ থঙ্‌নরসি ;

লাম্বা পারসি, চোংথোরক্লো।

কৃষ্ণ—( মন্নুংদগী ) মথুরাপতি মাম্মা।

ওন্নরে থনুবিরিবা রাখল্‌দো,

নুংশিহৈত্রবা নরমৃচৎ নহাকী

থাদোক্পিরো ওসি কোরৌসিদগী।

য়েক্ল' ইথিন্ চঙ্নবনা
তোংজবা কল্লিম্ ওইরোইদা,
মহুম্না তৌবগী মহুত্তা
পুক্চেল্ থোইজেল্ ভিম্নবগী
অপুন্বা লৌচিংনা পুন্শিন্বিরো।
কংস—হা হা হা ... ... ...
কল্লি হায়বা কৃষ্ণ?
অহুক্ কিগন্বা নহাক্না
কল্লিগী ভেম্শিংদি ঐতোপ্না?
কংস ইশক্ উবদা
নথল্লায় মাঙ্গনি কিবনা
ইকম্ লাংদা চঙ্জবা।
হা হা হা ... ... ...
থঙ্ডু পাঙ্দবা কৃষ্ণ!
প্রাণ্গী ভিক্ষা নিল্লিবা,
মমাঙ্ চাগী মতমদা
অসি থোকনি থঙ্হৌজ্রা?
কৃষ্ণ—( মনুংদগী ) কল্লি কংস নিংথৌ?
অ'হাইননা অথোই নাপন্ কাইনা
নতোম্বু ঐনা চঙ্জব্রা?
কংস—হা হা হা ... ... ...
অঙাং নাল্লা কৃষ্ণ!
বসু-দেবকীগী গর্ভদা পোক্থিবা

শঞ্জেন্নহা অণ্ডাং শাহ্নুনা
গোপগী শজায়দা লোৎলুবা
ণ্ডসিদি মতম্ ণ্ডরবোই।
নংগী যম্ ঐহাক্নি,
থুক্উ শেঞৌ মী মচা।

কৃষ্ণ—( মন্থুংদগী ) করি কংস কৌবা কা-পুরুষ ?
নংগুম্বা কত্তবা মীসিবু
জগৎসিদা অতৈ লৈরিব্রা ?
মরাল্ লৈজব্রা অণ্ডাং কয়াবু
মমাগী মথাদগী মুন্দুনা
হাৎপা ণ্ডবা মীতম্বাল্ !
নপা নিংথৌ উগ্রসেনবু
কৈণ্ডমন্থুংদা লংথরে হায়রগা
সিংহাসন্ মুন্বা ণ্ডম্লিবা
হে পাপী কব্রবা !
নরম্চৎ চুম্মু য়ারবদি
থুংশিহ্নুনা ণ্ডাক্পিগে থন্বনি।
য়াব্রবনিনা ঐনা হায়বা
লাদ্বেংনরসি ঐথোয় অনি,
লান্ণ্ড্ করম্বা পাম্বগে ?
থাঙ্গী লান্ পাম্বরা,
তাগী লান্ পাম্বরা,
য়েথায়নসি হায়বরা গদানা,

লিরুং তেম্না থেংনসিরা ?
পূন্নমক্সি নত্রে হায়রগা
খুৎলাই য়াওদনা পানসিরা ?
খঞৌ নংনা অপাম্বতা।

কংস—হা হা হা ··· ··· ···
মতুমক্নি ঐনা পাম্বসু।
নংগুম্বা নায়াগা লাম্হেংনবা
খুৎলাই পায়বা হৌনব্রা ?
শয়েঙ্-শয়েঙ্ ঙানসি,
পাম্বোম্-পাম্বোম্ থেংনসি,
মল্ল-যুদ্ধ তৌনসি।
চেন্দ-চেন্‌গনুকো নহাক।
হা হা হা ··· ··· ···
(মথুত্তা পায়বা থাঙ্ লংথোক্লম্লগা থুনা থোক্‌খি।)

কৃষ্ণ—(মনুংদগী) হা হা হা ··· ··· ···
লাও কংস!
থঙ্জয়ো ঐগী ইত্তিক্

কংস—(মনুংদা) হা হা হা ··· ··· ···
থঙ্জো কংসগী ইত্তিক্সু।

কৃষ্ণ—(মনুংদা) হা হা হা ··· ··· ···

কংস—(মনুংদা) হা হা হা ··· ··· ···
আ ··· আ ··· অ ··· হ ···!

কৃষ্ণ—(মনুংদা) হৌজিক্তি কম্দোই কংস ?

নয়াল্‌না নগোৎ ফারবনা
কর্ম্মগী ফল্‌ কংলেদো।

মীয়াম্‌—( মন্নুংদা ) ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী জয়!

( কৃষ্ণ চঙ্‌লক্‌ই।

কৃষ্ণ -ইথো পাঙ্‌লে হৌজিক্তি ;
অদুবু অরাবদি
রমনী কয়াগী মীৎশ্নাদা
পিয়াঙ্‌ ঈচাও থোক্‌হল্লে।
অসিগুম্বা সংসার অসিবু
মুংঙাইবনি হায়সিগে কয়ম্না।

( মথুরাবাসী অমা চঙ্‌লক্‌ই )

মথুরাবাসী—প্রভু! খুরমজরি নমাইনা,
ইবুংঙো নহাকী কৃপানা,
অরা' ঈপাক্তি কোক্‌চরে।
অদুবু—
হাঙ্‌লে মথুরাগী সিংহাসনদি
নৈবাক্‌' নিংথৌ পাদ্রে।
ভোম্নবা ননাই ঐহাক্‌সে
মীহুৎনি মথুরা প্রজাগী,
লেঙ্‌থৎপিয়ু সিংহাসন 'থক্তা
নৈঙাক্‌ রায়েল্‌ পায়বিয়ু।

কৃষ্ণ—( মোমোন্‌ নোক্লচবা ) নত্তে চাম্নবা মরূপ্‌!
অদুম্না হায়গদবা নত্তে।

খোয়রাংগনু নখোয়গী নপুক্কিং ;
করিগী হাঙ্গনি মথুরাগী তাঙ্বন্ ?
লৈরি উগ্রসেন্ কৈশুম্‌শঙ্দা,
মাবু লৌথোক্লুরে হায়রগা
সনা কম্বাল্ লাংহন্‌গদবনি।

মথুরাবাসী—ধন্যনি হে প্রভু! (খোকৃখি।)

(প্রাপ্তি মশম্ মনা ইকা কারগুনা অঙাওবীগুম্ চেল্লক্ই।)

প্রাপ্তি—ভাইখো কৃষ্ণ!
কদায়দনো নংনা চেন্‌গদবা ?

কৃষ্ণ—করিনো ইমা,
করি তাক্‌পিগদবা নচাদা ?

প্রাপ্তি—ঐঙোন্দবু ইমা!
হা হা হা ... ... ...
নংবু কৃষ্ণ ?
জগৎকী মপূনি হায়বদাই,
মসিরা নংগী লীলা ?
হা হা হা ... ... ...

কৃষ্ণ—ইমা! করি মতৌনো ভৌবিরিবসিবু ?
চময়রে নচাগী রাধল।

প্রাপ্তি—(শাওনা) করি কৃষ্ণ ?
ইমা কোলোয় তম্নগা
থমোইদুংদা হৌরিবা খাবীসে

মুৎকদবোই নিঙ্ব্রা অপঙ্বা ?
জগৎকী মপু ওইরগা
করিগী ঐবু লাক্করি ?
করি ইরাল্ লৈহৌনা
লুপ্রাশীংদা ঐবু চল্হল্লি ?
ইপুরোইবা ওইবনা কত্রগা
সতী ওইবী হুরাবু
করিগী মৈচাক্ পীরিবা ?
হায়রু কৃষ্ণ,
নং অসিবু দয়ানিধিরা ?
ভগবান্গী শাইয়োন্ ওইরবদি
অসুক্ পুক্চেল্ কন্গত্রা ?
খঙ্ই ঐ,
লৌনম্ চাওবনি নহাক্।
ঙসি ঐবু ভৌরিবা
থাম্বী মৈরী অসিনা
অহিং হুৎথিল্ নাইদনা
চাক্লসনু নংগী থম্মোইনু
নপুল্লি চুপ্পা মুৎ' নাইদনা।
মথুরাগী রাজ-সিংহাসন্,
নংনা শেম্গৎপা জগৎ
পুন্নমকসে তুম্না চাক্লবা
সতী ওইবী ঐহাক্না

থাম্বী-মৈবু হৌগৎকে ;
নমীৎ থীৎনা য়েংজোকো ।
মায়কৈ মায়কৈ থুদিঙ্দগী
হৌয়কপা লানৃগী মৈথুনা
নোংমদোন্ অতিয়া মমৃহনৃগে ।
ঐনা ঙসি কপ্পগুম্
তাইবঙ্ কয়া কপ্ হন্গে ;
ইঙ্লবা মালেম্ লৈমায়সে
প্রলয়গী শক্তম্ ওল্হল্গে ।
নংনা কনৃবা ঙম্নগা
কঞ্জো নংগী জগৎসে
সতী ঐগী ইথুস্তুগী,
ঐনা তৌবা অভিশাপতি
লেম্না মাঙ্বদি ওইরোইকো ।
কৃষ্ণ কৌবা নহাকস্ন
অৱা' চৈনা ফংহ্না
পুন্সি মতোল্ লোম্মুকো ।
ঙসি ঐঙোন্দা শিম্মরিবা
মীৎলু নাপোম্গী ঈরাসে
অচৰা ঈরা নস্তেকো ।
ঈরাসিদগী থোরকপা মৈরীনা
চাক্থেক্তনি নংগী থম্মোই,
ঙাইয়ু মতম্ অচু ।

হা হা হা ... ... ...

(প্রাপ্তি অঙাওবীগুম্ চেম্ন্বোক্‌খি।)

কৃষ্ণ—হে ইমা! সতীনি নহাক্তি
সতীগী কল্লবা অভিশাপ্‌
লেম্না মাঙ্‌বা ওইরগ্নোই;
কৃষ্ণ ঐগী থম্মোইনা
চিংন-থুরৌ থাংদনা
লৌরি নংগী অভিশাপ্‌,
নিঙ্‌লিবদো শোয়দনা থুংগনি।
অহুগা ইমা—
সতীগী মীৎকী ঈরাদি
থাংঙ্‌থক্তা মাঙ্‌ফরোই;
তাইবঙ্‌পান্‌গী লীলাসে
মওং অমা তৌরনি।

---

ঙেশুবা উৎপা

# মগধগী কোন্থুং

( কোন্থুংগী কা অমা। জরাসন্ধ হঙৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। )

জরাসন্ধ—হা হা হা ··· ··· ···

ঐমুক্ নুংঙাইবা নিংথৌদি
লৈরিগদ্রা জগৎ অসিদা ?
ইনিঙ্ তৌনা হাইহন্বা
তোগে মক্তা ঙম্বা
থিংবিনিংঙাই কনা লৈত্রবা
জরাসন্ধদি ঐহাক্নি।
ইমাক্ নিংথৌ কংসনা
মথুরাগী মিংচৎ য়ুম্বীনি।
হা হা হা ··· ··· ···
কনা লৈ ?

দূত—( চঙ্লক্লগা ) ননাই লৈজে মহারাজ !

জরাসন্ধ—ঙসি কোরৌ দুমিত্তি
পাইমা পিবুক্ হয়াওই ;
পুক্লিং মকা লাম্থোক্কে,
জগোয় থুংথেক্ রেংতনা
বাংলেন্ অসে লেপ্থোক্কে।

রাজ-নর্তকী 'নাক্তা চত্ত্বনা
ইপাও অসি পীরুচো,
তন্দনমক্ খোঙ্দোই হল্লক্উ
পাওদম্লুচো ভম্ব-ও !

দুত—সনা য়াথং !

( দুত চংখি । )

জরাসন্ধ—মুংঙাইদা ঐগী পুন্সি !
নিংথৌ মচাগী মপোক্তা
পোক্পগী মুংঙাইবা হায়বদো
অসিনিকো তাইবঙ্পান্ !
ইপাম্বোম্ পাঙ্গলগী মপাম্না
য়ুমথংনবা লৈবাক কয়াবু
ইখা থানা থম্লেদো ;
থুংলেদো ঐনা নিঙ্ভবমখৈ ।
সিদগী হেন্না মুংঙাইবা
অতোপ্পা করি লৈরিগবা ?
হা হা হা ... ... ...

( দুত অমুক চঙলকই । )

দুত—মহারাজ !
মথুরাগী মহারাণী ইবেম্মা
নজা ইবেম্মা প্রাপ্তি
শম্লাং ইফা ফা
মীৎস্না ঈরা হৌ

চরৈ·নম্খাং মকম্ খঙ্দ
অঙাওবী মুরাগী মতৌগুম্
খোঙদোই তাম্না হল্লক্ননা
ইনিংথৌবু উম্লগে হান্নজন্নকদি।

জরাসন্ধ—করি হায়বা হুত?
ঐগী ইমোম প্রাপ্তিনা
অরা' তুরৈ চন্
অঙাওবী' শক্তম লাং
মগধ কোম্নুং তম্না
খোঙদোই ইহুন তম্নকপা?

হুত—অচুম্বনি মহারাজ!

জরাসন্ধ—ইমোম ওইবী মহাক্না
মপাগী 'নাক্তা লাক্লগা
করিগী ম্নখোঙদা পল্লিবা;
চঙলকউ হায়য়ু থুনমক।

( হুত চৎখি। )

প্রাপ্তি—( চঙলক্লগা ) পাবুং মহারাজ!

জরাসন্ধ—( মুম্না য়েংলগা ওক্না ) ইপাগী ইমোম প্রাপ্তি!
ওসিগী হুমিৎ অসিদা
ইচানা তৌরকদিবসিবু করিনো?
ইপাদি ওকপনা থমথেংলে।
মগধ নিংথৌগী মমোমলোই
মথুরাগী লৈমরেন্ নহাক্না

ফিভম অসি ওইদুনা
করিগীদমক লাকলিবা ?
অদুগা—
ইপাগী 'নাক্তা লাকপবু
মথোঙদা অমুক পন্দুনা
করিগী য়াথং ভাইরিবা ?
ননাই নশল্ মথৈনা
কদায়দা ভম্না লৈহৌরবা ?

প্রাপ্তি—পাবুং মহারাজ !
নমোম ওইবী ঐভোন্দা
লৈমরেন্ কোলোয়নবিরম্ভু,
লম্বীগী চাক্লিবী ওইরবীনি।
অভাওবী শক্রোন্ লৌরবী
তোল্লবী অমা ওইরবনা
সনা য়াথং য়াওদনা
মমাঙ চাগী মতৌগুম
ইনিঙ তৌবা ঙমদ্রে :
রায়ৌবিগম্ভু পম্মৌ-ও !

জরাসন্ধ—করি য়ারানো ইমোম ?
থাজদ' ওইথোক্তবা য়ারানা
ইপাদা নংনা চিঙ্গোইরিবা
লংলা লংজিন কাংঙ্লনা,
ঐগী ইমোম প্রাপ্তিনবু

করি রারম লৈহুনা
অরা' ঈরৈদা ঈরাক্লা
মায়থোঙ খেগুম লাংলিবা ?
চিংন-পরৈ থমদনা
নপা ঐঙোন্দা তমথোকউ,
পুক্লিং কিশি কিগনু।
ইমাক নিংথৌ কংসনা
ইমোম ওইবী নহাকপু
ঊশিং থওইদ ভৌব্রা ?
ওম্মী হায়বা মতাগুম্
তাম্থোকপ্রা ইমোম নহাকপু
য়ারা নপাও শেংদোকউ,
ইমোমনা করিগী রাগনি
নপা ঐ লৈরিনা।
ইচাই থম্মোই মুংঙাইহন্দ্রিবা
তম্বা নিপা মহাক্তো
ইমাক কংসমু ওইসমু
চাইন-খোঙক্রেন্ হানগে,
হুয়েন্ লানশিঙলুগে ইপানা
জরাই পাঙ্গল হন্দ্রি ;
তমথোকউনে ইমোম ইপাদা।

প্রাপ্তি—পম্মৌ !

জরাসন্ধ—আ তমথোকউনে ইমোম

মথং-মথং ইপাদা

প্রাপ্তি—ইপা ইবুংঙো।
নমোম লাইবক থীবীগী
য়াব্রা ইপাও অসিবু
করম হায়না চিঙ্গোইহনা
ইরৈ অসি থংলসিগে,
মথুরাগী য়াইফ কোয়ৌহনবা
মতম চুপ্পগী য়াতাফম
ঈরোম্মুংদা লুপথ্রেনে।

জরাসন্ধ—করি হায়বা ইমোম?
রাহৈ কিশি কিত্থনা
প্রমাণ পাম্মেনগন্ন।
করি কমদৌরবা মথুরাদা?

প্রাপ্তি—ইপা ইবুংঙো অপোকপা,
নচা লাইবক চাওবীদি
নহান মুক্কী মপোক্তা
ইপোক লাংওন করকপনা
হন্দক্কী মপোক অসিদা
চহি মতাও নৌরিবৈ
লুপ্রা ফমথোন ফংলেদো।
কং' নাইত্রবা মীংকী পিনা
ঈচেল নাইনা চেল্লেদো।

জরাসন্ধ—(ওক্লা) করি ইমোম?

করি কয়ম্ ভৌহ্না
ইমাক্ কংস নৈত্রবা ?
ঐপী য়েংথংবা পাম্বোম্বু
খাংঙ্ থক্তা কেল্লবা ;
মঙ্লাক্লরেনা তাইবঙ্দা।
হায়ঘু ইমোম্,
ইমাক্পু কনানা হাংপগে ?
প্রাপ্তি—পম্বো।
যত্থ শাগৈদা পোক্পনি,
দেবকী-বসুদেবগী মপারী
শঙ্কেমহা শক্লোন্ লৌহ্না
গোপগী সজায়দা লোংলুবা
কুচু মুবা লৌনম্বা
কোলোয়না কৃষ্ণ কৌবনা
ধনুর্যজ্ঞ য়াওবা লাক্পদা
মথুরাগী মিংচৎ যুম্বীদো
মল্ল কংনা ফুক্তৎপনি।
জরাসন্ধ—মথুরাগী সিংহাসনদি হাঙ্লবা ?
প্রাপ্তি—হাঙ্দে সিংহাসন্ অহুদি,
হন্নুবা উগ্রসেন্ মহাক্না
সনা কম্বাল্ লাংথরে।
জরাসন্ধ—উম্ ইপা খঙ্লে ইমোম্,
মখোয় মশেল্ লৌহ্না

খোক্প্রবা খৌদোকুনিদা।
মাঙ্‌ময়ৃচৎকীদি ওইগ্রে,
ভুংদা ওইগদবা ফিজম্‌দি
ইপাগী খুত্তা লৈরেকো।
ইচাগী খোংজবা খয়োইদা
কপ্পবা তাশোন্না খিন্নিবা
কৃষ্ণ হায়বা মহাক্তো
য়াইবী চাম্বগনি ইপানা,
ইমাকী মঙ্‌শং তানুগনি।
ওসিমক্ হেক্ তম্দনা
মথুরা তান্না চত্তুনা
হয়েন্‌ লানৃশিংঙুগে ইপানা
অতুগা ইয়োম্—
ননাও দুগী অন্তিদি ?

প্রাপ্তি—ইনাও অন্তিগী য়াকম্‌দি
পজনিংদে নয়োম্‌গী ইচৌম্না ;
য়াগী মঙৌ অসিদি
সনা কুদোংজবা বংসগী
মর্য্যাদা ময়েং তাবনি।
জরাসন্ধ ইপাগী ময়োম্‌নি
ঐমকী ইনাওনি হায়বদা
ইমায় থীনবা থবক্তা
ইনাও মানা তৌহৌরে।

ইপুরোইবা হাংপা কৃষ্ণ
পাপ্‌চেন্নবা নিপা অহুবু
দেবতানি হায়না থজবা
মাপী মিংথৈবা পোন্দুনা
চয়ন্‌ দেবাতা ভৌহুনা
মপুন্সি অহু দেনহৌরে ;
ভৌবশাইনে পূজাকাদু।
ঐনা অহুক্‌ য়া-হায়বা
মচেন্নি হায়বনী করিগুম্বা
নাপদা কাও' হাপ্‌পিদে।
কন্না হায়দ হায়শন্নুরা
চীনুক্কেন্‌ কনা থুম্নকৃই,
ওন্থোকপা মতৌনিদা পন্থোও !

জরাসন্ধ—( য়ান্না শাওনা ) ইন্না, ইমোম্‌ মানবু ?

জরাসন্ধ ঐনা পোক্‌পা
ইমোম্‌ অত্তি মানবু
মপা ঐনা য়ারোইদবা
মাইয়োক্তা থবক্‌ তৌরিবা ?
মপুরোইবা হাংপা কৃষ্ণবু
দাইওম্না পূজা তৌরিবা ?
অচ্ছা ! থোইশাওইদকো পাইমসে।
ইমায় পীবা থবক্‌পু
ইমোম্‌ মানা তৌবকো ;

ইপা ইপু হাক্তক্
মাঙ্-লম্-চংকী মতম্-দগী
তারক্ত বা তাইৱেত্রবা য়ারাবু
ঙসি ঐনা তারবা,
ইহাক্-থক্তা থোক্লবা।
হে সত্য শরীসো,
থম্মোইসে পৃ-পৃ শাওগংলি।
ইপাগী প্রাপ্তি।
নংদনি ইচা ইপাগী,
মতিক্ চারবী ইমোমৃনি।
শিগ্রে ঙসিদগী অস্তি,
ঐগী ইমোম্ অস্তি
ঐগী ইচা নব্রে।
ঐগী ইমায় থীহনবা
মাগী য়ারা তাররোই,
ইমোম্ হায়না কোররোই।
মানা লাইনি থল্লিবা
কৃষ্ণ হায়বা মীহাৎপদো
মতুপ্ মতুপ্ কক্ত্না
ঐনা শোয়দনা হাংকনি।
নোংঙাল্লমদাই থবাগুম্ ঙাঙবী
শীঙেল্ কেতুকীগুম্ লৈনমচাওবী
ইচাগী মীৎকী ঈরা

ইমাক্তী লমন্ থুম্লগা
ইপানা শোয়দনা কংহন্গনি,
রারুরম্ ইমোম্!
ঙসিমক্ লাহোঙ্ শীন্গনি,
চৎকনি মথুরা তাম্রা;
মায়কৈ শলাই খঙ্হল্লোই
থক্ থক্ নিক্হন্গনি মালেম্সে,
কৃষ্ণগী মকোক্ কক্লগা
ইমোম্গী থুত্তা শিন্নগনি।
হা হা হা ... ... ...

---

## ৬ শুবা উৎপা

# মথুরাগী কোন্থুং মন্থুং

(ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ সয্যাদা নাকৃচেপ্পনা মোন্দা থুৎনিঙ্না শোরগা হিপ্তুনা লৈ।)

কৃষ্ণ—অঙকৃপনি হে মহামায়া!
মতম্গী ঈচেল্ অকন্‌বা
মচীন্ কাংনা চেল্লে,
কদায়দা কয়ম্না তিন্গদৌরিবা?
মাম্মা কংস হাৎলুরে,

ইনে ইবেম্মা প্রাপ্তিনা
অশাও' থাম্বী হৌরকপনা
লমন' মৈথু মক্তনা
মায়কৈ মরি মম্‌শিল্লক্‌লে।
মপা নিংথৌ জরাসন্ধনা
মথুরা নগর নৈরয়ে,
ইঙ্‌লবা পৃথ্বী লৈমায়সে
অসুম্‌ নোংমা নোংমগী
ভৈরবী শক্তম্‌ লৌরক্লে।
অসিগুম্বা দৃশ্য অসিবু
ঐবু অসুম্‌ য়েংছনা
লৈথিগত্রনে করাম্‌ কুইনা।

( অতি চঙ্‌লক্‌ই। )

অতি—ইবুংঙো, দীনবন্ধু!
লেঙ্‌থংপিরো সয্যাশক্তগী।
কৃষ্ণ—( হিপ্পরঘদগী হৌগৎলগা কম্‌ছনা ) লাইবক্‌ থীরবী ইনে,
গুসাই মথে নংবু
চৎলুবগেনে লম্‌দম্‌ কৈদা ?
ঐনা কৌবা লাক্‌পকা
ভাবা কৌবা মরেত্তে।
অতি—কদায়দবু চৎকনি ইবুংঙো!
জগৎকী প্রভু নহাকী
শেংলবা থুয়া থম্মাল্‌দা।

পুক্চেল্ শেংনা কংচনবা
শীঙেল্ হেক্পা চংনুবনি।

কৃষ্ণ—করিনোনে ইনেও!
নংদি ঐগী ইমানি,
মমা ওইবী নহাক্না
অদুম্না হায়হৈব্রনে মচাদা?
ইমাগী চরন্ থাদুনা
নচা ঐনদুম্ চঙ্জগদবনি।

অস্তি—হায়বিগনু অদুম্না ইবুংঙো,
ওম-তৈমবা য়া হায়দুনা
ঐবু ইয়াল্ লঙ্শিন্বিগনু;
মতম্ লৈবা খিবিক্তা
ইবুংঙোগী পেয়বতা হোৎনজবদা
করম্বা পেন্দবা য়াওদুনা
করেম্ববিম্বিবা ঐহাক্পু?

কৃষ্ণ—করেম্বা নত্তেনে ইনে!
পলেম্‌গা লেংমাময়বী
মাম্মাগী তালোয় নহাক্না
নচা ওইবা ঐঙোন্দা
অদুম্না তৌবা হৌনব্রা?
মাম্মা হাংখি হায়বগীদমক্
করেম্বা য়াহৈ অদুনা
ঐবু লমন্ থুম্লিব্রা?

অস্তি—নস্তে-নস্তে ইবুংঙো !
রাখল্ অত্থ ওয়রে।
নঙোন্দা ঐনা চঙ্জবদি
জগৎকী মপুনিদো নহাক্তি,
নংগী নথুয়াখাদা চঙ্জদনা
চঙ্জগনি কনাগী মফমদা ?
ঐনা হায়জগদবদি নঙোন্দা
নংগী মায়খোঙ্ নিংথিবত্থ
পুন্সি মতোল্ লোম্বা ফাও
তত্তনা উজবা পীনৌকো।
কৃষ্ণ—ইনে, হায়রকৃখিদৌরি নংদি য়াম্না
তোক্লসিদা রাকম্ অসি,
শাওগম্লকো নচা ঐবু।
অস্তি—করিগী শাওগদগে জগৎবন্ধু !
ইবুংঙো নংদা শাওবিত্থ :
ইচেম্ ইবেম্মা প্রাপ্তিনা
লান্গী মৈবু চুখৎলেদো,
ঐবু পোকৃপা পাবুংনস্থ
লান্দারকৃলিদো মথুরাদা ;
ঐগী মী মক্তনা
ইবুংঙো নংবু ওৎলিদো।
কৃষ্ণ -এঃ মত্থগীদমক্তরনে ইনে ?
ঐদি থন্বু থন্দেদা।

লাল্লিবদি ঐনিনে ;
মরাল্ লৈজরবী রমনীশিংবু
মপুরোইবা কণ্ঠে হায়রুনা
লুপ্পা হেক্ ওইহল্লুরে,
থল্হোক্লেদো ভুংগী ওইরক্কদবা ।
মরাল্ লৈত্তে ইনেম্হন্নী
মপুরোইবা কায়ন-মৈচাক্পা
অশাও' থাম্বী হৌবনি
মাপ্পী কন্নবা অভিশাপ্
ঐনা হয়াওনা য়াগ্রবনি ।
ইনেনা হৌবা মৈথনা
ঐগী হকচাং পূম্বসে
নোংমদি শোয়দনা চাক্থেক্লগদবনি ।
অদুগনে ইমা—
অঙক্পনি নংগী থম্মোইদি
থাগগুনা ভুমিম্না লৈঙম্দে ;
নংনা নিঙ্বা মথৈম্ভু
নচা ঐনা থুংহন্নি ।

অস্তি —হে প্রভু !

মহুত্তনি ঐনা পাম্জবা ।

কৃষ্ণ—ইমা শক্লবী ইনে !

মগধদা চৎনিংঙি হায়বদাই ?
চৎলু ঐনা থাম্দেকো,

ঙন্নগদি মুথৎলম্মু নংনা
ইনে প্রাপ্তিগী মৈরাসে ;
শাওগনু হায়না হায়বিয়ু
থেম্জিন্নম্মু নিংথিজনা জরাবু।
ঐমক্ হেক্ চৎপদি
শীং য়াঙ্বগুম্ থোক্কনি।
ইনে নংনা তোংনবা
ঐনা রথ থোরাংগে,
ঙস্নিমক্ তন্দনা খোঙ্শাল্লো।
অস্তি—নহাক্কী থৌজান্নি ইবুংঙো!

---

## ৭শুবা উৎপা

# মগধগী কোন্নুং

(কোন্নুং মন্নুংগী কা অমা। জরাসন্ধ অপাওবা শক্লোন্ লৌদুনা লম্‌য়ায়দা হঙৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ।)

জরাসন্ধ—কোরৌ শিংবুম্ য়াম্নক্লে,
অদুবু ঙসি ফাওবদা
ইথৌ পাঙ্বদি ঙম্ত্রি।
শরী পন্দোম্ লোম্থিবা
কায়দুনবু তোক্লগদ্রা?

ঐগী ইমোম্ প্রাপ্তিনা
মপুরোইবা কায়ন-মৈচাক্না
ওন্-থোইনা থাঙ্‌হুনা
অঙাওবী' পান্দম্ লৌরিবা।
মনাও ইমোম অস্তিনা
মপা ঐবু হুদান্দুনা
শারম্‌চৎ মাঙ্‌ওইনগ্রবা।
মপুরোইবা হাংপা নিপাছুবু
ভগাবান্‌মক্কি থন্দুনা
পূজা তৌহুনা লৈগ্রবা,
জরাসন্ধগী মিংচৎ থীহল্লবা,
অচেচ্চা লাকচৈদা।
লমন্ থুমত্রি ঐ ইমাক্তী,
ঐনা কৃষ্ণ হাত্রি।
ইচাগী মীৎকী পি
কংহনবা ঙমত্রিকো ঐহাক।
ঙম্ কদায়দনো কৃষ্ণ
কোয়লোৎ লোঙ্‌না থাঙগদবা?
ঐনা হাংকনি কৃষ্ণবু,
কৃষ্ণ শোয়দনা হাংকনি।
হা হা হা ... ... ...

(অস্তি চঙলকই :)

অস্তি—পাবুং!

জরাসন্ধ— কনানো নং ?

অস্তি—ঐনিনে পাবুং ।

জরাসন্ধ—ঐ হায়বদি ?

নশক খণ্ডদে, কনানো ?

অস্তি—ঐনিনে পাবুং,

নচাগুপী য়াইমবী অস্তি !

জরাসন্ধ—অস্তি ? ঐ খণ্ডদে,

অস্তি হায়ববু কনানো ?

অস্তি—করি মতৌনো পাবুং.

নমোমবু শক খণ্ডবিত্রবা ?

জরাসন্ধ—( য়াম্না শাওনা ) পাবুং ?

নপা নম্বে ঐ,

অস্তি কৌবী ঐগী

ইমোম অমত্তা লৈতে ।

ঐগী ইমোমদি প্রাপ্তিদনি,

শুপগী হায়বা ইনূবী প্রাপ্তি !

অস্তি কৌবী ইমোমদি

মঙলান্দা ফাওবা লৈতে ।

শকখণ্ডদবী চুপীমচা !

কুইনা পনগজু মফমসিদা,

থুনা খোঙদোই হনূব্রো ।

অস্তি—পাবুং, শাওবিগনু নচাবু ।

করিগীদমক ইন্থো কপিরিবা

করি ইয়াল লৈত্বনা ?

জরাসন্ধ—কৌগন্থ পাবুং ঐঙোন্দা.

ইচা নঙ্গে নং।

ঊম নিংশিংলকপগুম্ ভোরে ;

মমাঙচাপী মতমদা

লৈরম্বা য়াই ইমোম 'মা

অস্তি হায়না কোলোয়বা।

অহুগুম্বী ঐগী ইমোমদো

লৈত্রে ওসিদি, শিগ্রে।

মাগী শক্তম লৌত্বনা

ইমোম শাত্বনা লাকলিবী

মুপীমচা নং কনানো ?

নংগুম্বী মুপীমচা অমগী

মতিক চাদে মকমসি,

থুনা য়াঙনা চৎগ্রো।

অস্তি—পাবুং।

জরাসন্ধ—ইয়া, পাবুং চিজোইবা ?

হায়রিবমক্তদা হয়া হে

হেদোংঙিদা মুপীমচা।

চৎগ্রো হায়রবদি চৎগ্রোদনা,

ঐগী ইতিক থগুত্রা ?

অস্তি—পন্থো।

জরাসন্ধ—পন্থো হায়রবদি ?

হে লমকেৎ লমহাইবী
নংনা চৎলিবা লমচত্তু
মগথ নিঙোল 'মা ওইবগী
চৎকদবা শাজৎ লীচৎলা ?
মপা ঐবু থওইদবা
শাগৈগী মিংচৎ থীহনৃবা
হায়বা ইন্দবী নহাক্পু
করিগী ইমোম্ চিঙ্গোইগনি ;
নংগী চেংলৌ নশক্তু
উবদা থোইনা তুক্কৈজে ।
নপুরোইবগী য়েরুবা কৃষ্ণবু
পুজা তৌবা হুম্নবী
রাখল চোইরবী নহাক্পু
ঐগী ইমোম্নি হায়বদা
ইমায় থীবা নত্তরা ।
হা ? খুম্মুনে ।
অস্তি—ও: অত্থগী ওইরেকো পহৌ ।
শ্রীকৃষ্ণবু পুজা তৌবগীদমক্
অশাও' খাম্বী হৌবকো ;
শেরাম্নরে পাইমা রাখলদো ।
শ্রীকৃষ্ণ কৌবা মহাক্তি
জগৎকী ইবুংঙোনিনে পাবুং ।
ভক্ত ওইবা পুম্বনা

ইবুংঙোগী চেংলৌ উবদা
কনাস্থু শাওবা ঙম্লোইনে,
ইপূরোইবনা লঙজরুবনা মঙোন্দা
ইবুংঙো মানা লানূবিশ্রবনি।
পাবুংস্থু ইচেমস্থু অনিমক্
ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরবদি
মহাক্কী ভক্ত ওইরবদি
অশাও' থাম্বী মুৎকনি।
তপথবিয়ুনে পাবুং,
নমোম্ ঐঙোন্দা শাওবিস্থু।

জরাসন্ধ—( য়াম্না শাওনা ) করিগী তপথবা অস্তি?
নংনা ঐবু থৌশাত্রবকো?
ক্ষুত্রী ওইবীগী ধর্ম্ম
মান্-মর্য্যাদা থাদোক্লনা
নরা-নপুরোইবা শিবগী
মায়থোঙ খিত্তস্থু মক্তনা
নিঙাইদনা লৈঙম্বী নংগুম্বসি
জগৎসিদা অনি শুরম্গত্রা?
পম্মৌ কৌগম্থু ঐঙোন্দা,
নংবু ইচানি হায়বদা
ইমায় ফিরুক্ থুম্নবনি,
চঙশি শিরবনি ঐসে।

অস্তি—করিনোনে পাবুং,

ইচে ইবেম্মগী মতৌগুম্
তৌদে হায়রুনা নমোম্‌স্নু
শাওবিরবা অহুক্ শাথিনা ?
ইচে প্রাপ্তিগী মতৌগুম্
ঐস্নু শাওগে মনীংডি ;
অহুবু—
মোমোনৃতা নোকৃপা মাগী
শাওবা হৈতবা মায়থোঙদো
উবদা শাওবা ঙম্‌দেনে।
মহাক্না নচা ঐহাকৃপু
'ইমা' হায়না কৌহুনা
য়াম্না লুনা তৌইনে,
ঐনা হৌজিক্ লাকৃচবস্নু
পাবুংবু উনিংডি হায়জবদা
ইবুংঙো মানা হরাওনা
মাগী রথদা থিন্‌বিরকৃই।
নচা ওইবী ঐগীদি
ইবুংঙো মানা অথোইবনি।

জরাসন্ধ—( য়াম্না শাওনা ) ইবুংঙো মানা অথোইবনি !
হঃ অওইবরা অ স্ত ?
নরাহৈ অহু হেনুমল্লি,
নংবু পোকৃপা ঐঙোন্দা
থুম্বশাই অরং অরংননকা।

নং খঙ্ত্রিনকো অঙাওবী,
নংগী কৃষ্ণ হায়বদো
কৎখিত্রবা লৌনম্বা নিপানি ;
লৌনম্ য়াহৈ মাগী
'ইমা' খোম্বাঙ্ তাবদা
ঙাওরবনিনে নহাকৃসে।
ইচা নম্ভে নং,
ঐগী ঈ ওইরবদি
অচুম্বা থক্ ঙাং' ঙম্লোই।
চৎথ্রো নং থুনমক্
লৈবা য়াদে মগধদা,
হায়রিভৈসিদা হেক্ চক্রবদি
নঙকৃশম্ লাক্তুনা ইনৃগনি।

অস্তি—ও: পাবুং,

অচু য়োরবকো নচাদা
নংগী পাইমা রাখলনা।
নচা ঐবু ইম্বোক্রবা,
জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণমকপু
ঙম্থিনা নিন্দা তৌরবা।
নমোম্ ঐনা লাকচবদি
পাবুং ইচেম্ অনিগী
হ্নাইফ-পোরম্ শীম্রবনি।
অচুবু মচু ওইহন্ত্রে,

তাম্বোকপিরে নমোম্বু লৈবাক্তগী।
ফরে, নমোম্ চৎচগ্রগনি:
ইবুংঙো মাগী মকম্দা
অমুক হয়া চঙ্‌জরুরনি।
চৎচরগে পাবুং,
খুরম্জরি নমোম্‌ ঐনা। ( খুরম্বা )

জরাসন্ধ—( মমায় লৈথোক্লগা ) নত্তে-নত্তে মহু,
ঐঙোন্দা খুরম্‌বিগন্নু।
চৎপিগ্রো থরা-থিৎ থুনা
নশক্ অহু য়েংনিংত্রে,
করি থোক্লহুনা খুরম্‌লিবা।
চৎগ্রো চৎগ্রো।

অস্তি— চৎচরনি পাবুং!
পাবুং নংগী পুক্নিদা
থোক্লগদবা অরাবা কয়াগী
নমোম্‌ ঐনা য়ায়দকো।

জরাসন্ধ—য়াবিয়ু য়া-নেক্তে ইবেম্মা,
চৎগ্রোনে নংদা থিৎ।

অস্তি—ফরে পাবুং।

( অস্তি চৎখি। )

জরাসন্ধ—হা হা হা ... ... ...
ঐগী ইমোম্‌ মানস্নু
মপা ঐবু উশিত্তবকো।

কৈ, কৃষ্ণ মানা কৈদৌনি,
জরাসন্ধ ইতিক খুঙ হনুগে ;
ঐনা কৃষ্ণ হাৎকনি।
হা হা হা ··· ··· ···
( খাঙ মূক্‌না থুনা থোকখি। )

[ ফিজঙ্ তপ্পা-তপ্পা হাইজিন্নকই।

# অনিশুবা তাঙ্কক্

## অহানবা উৎপা

## হস্তিনাগী কোন্থুং

( কোন্থুংগী কা অমা। দুর্যোধন্ লাঙ্‌তক্লবগা লোয়ননা হন্থং-হন্দা চত্তুনা লৈ। )

দুর্যোধন্—ঐথোয় থুংকন্ পাঙ্গন্‌বা
ইচিন্ ইনাও চামা পোকপা;
মমায়না মঙানা পাল্লবা,
চামবু মঙানা ঙম্লবা
নত্তে. মহু ওইথোক্লোই।
দুর্যোধন্ ঐনা মায়থীবা
মহু থক্ ওইথোক্লোই।
ঐগী থব্লায়না লৈরিবে
চামনা মঙাদা চঙ্‌জবা
কদোম্বুংদসু তোৎরোই।
হয়েল্‌ লান্‌শিঙ্‌নহুনা
মঙা তুম্না হাংকনি।
য়েন্তুম্ মতোম্দা পক্‌পা
লৈপাক্ মচেং অমা কাও
ঐনা মথোয়দা পীরগোই।
পুন্সিবু পোম্বা থাহনা

মঙাবু লোইশিন্নবা হোৎনবা
ঐগী পুন্সিগী থৌদাংনি।
য়াইমবা ভীম্‌সেন্ মাতবু
হায়্না লোইশিন্‌বা ওন্নবদি
খরদি শাকবা ওইগনি।
অদুবু ভগবান্ কৃষ্ণনা
ভোংলি মখোয়গী মীচঙ্‌দা;
মাতা মখোয়দা য়াওরম্‌ত্রবদি
খঙ্‌লোইদ্রদো নহান্না।
অদুবু কদৌনি,
ভগবান্ কৃষ্ণ মহাত্মা
দুর্যোধন্ ঐগী থুঙগী
মঙাবু কন্‌বা মতিক্লা?
মঙাগী যম্ ঐহাকনি,
নোংমা নত্রগা নোংমদি
তুম্নগদবনি ঐগী থুঙা।

(দূত চঙ্‌লক্‌ই।)

দূত—কুরুপতি মহারাজ!
কনাগুম্বী লুপী অমা
মহারাজবু উন্ননিংঙি হায়দুনা
ম্নখোঙ্‌দা পন্দুনা লৈহৌই।
মহারাজগী য়াইক পাও
পুরক্পনি হায়না পাওদমলক্‌ই।

চঙ্‌হল্লরকৃউ হায়রবা মহাক্‌পু ?

দুর্যোধন্‌—উম্‌, চঙ্‌হল্লকউ মাবু মফম্‌সিদা।

( দূত থোক্‌খি। )

দুর্যোধন্‌—করম্বা মুপী ওইরিগবা ?

নিয়তি লাইরেম্বীগী মতাংদা,

লক্ষ্মীমক্না থোক্লান্‌ লাক্‌পরা ?

হায়রক্‌পকো মহাক্না

'মহারাজগী য়াইফ-পাও !'

উম্‌, য়োরক্লগা থঙ্‌লনি তাংদাংবা।

( প্রাপ্তি চঙ্‌লক্‌ই। )

প্রাপ্তি—মহারাজ !

দুর্যোধন্‌—লেঙ্‌শিন্‌বিরক্‌সি দেবী !

য়াইফ-পাও করম্বা

পুবিরক্‌পা ঐগী ইনাক্তা ?

করি করম্বা য়ারানো

চিথদনা তম্বিয়ু।

তাক্‌পিয়ু অদোম্‌গী পরিচয়সু ;

পোইরৈ লম্‌দম্‌ কৈদগীনো,

লাইবক্‌ কবা কনাগী তাল্লোয়নো,

পম্মো কনানা পোক্‌পনো ?

প্রাপ্তি - কুরুপতি মহারাজ !

চঙ্‌জরক্‌পী ঐহাক্কী পরিচয়

খোইনা থঙ্‌বিনিংগনু।

ঐনা হায়জবা য়াব্রাসিদা
সনা নাপদা হাপ্‌পিয়ু।
মসিনা মহারাজগী কায়গনি,
ঐগী নিঙ্‌বস্ন থুংগনি।
থঙ্‌দবা য়াদে হায়রগা
মপুরোইবা-মপা কায়নরবী
লাইবক্‌ থীবী কনাগুম্বীনি
অসিমথৈতা থঙ্‌বিয়ু।
দুর্যোধন্‌—করে দেবী,
নংগী য়াব্রা নপাওন্থু
মথং-মথং হায়থরো।
প্রাপ্তি—তাবিয়ু মহারাজ!
নুপী ওইবী ঐহাক্কী
ঈশ্বরমক্তি হায়না থজরবা
নুংশিজরবা ইপুরোইবা,
ঐবু পোক্‌পা পম্বৌ
অনিমক্‌ হাংঙ্গে কৃষ্ণনা;
মহুগী লমন্‌ থুম্বিয়ু।
দুর্যোধন্‌—হায়য়ু দেবী,
করি মরাল্‌ লৈদুনা
নপুরোইবা-নপা-অনিমক্‌
কৃষ্ণ মানা হাংলিবা?
প্রাপ্তি—থঙ্‌জদে মহারাজ!

করি মরালবু লৈগনি,
ভস্মী-কল্লি হায়দ্রুনা
হেক্তা হাৎলিবনিনে।
জগৎকী মী পুম্বনদি
মাবু ভগবানৃনি হায়দ্রুনা
খুরমলি, পুজা তৌনরি।
অদ্রবু কৃষ্ণ মহাক্তি
মরৌ চাওবা ওইরমৃলে,
মপান্থোংদদি চীনৃবান্দা
লাংবনৃগী থোইহী তৈরমলে।
কৃষ্ণমুক্ ফত্তবা মীসিবু
অনি শুরমৃগত্রা জগৎসিদা ?
মানা লুনা তৌরিবদি
পাণ্ডব মণ্ডাতা মণ্ডায়রে;
অতৈদি য়েক্লবনি মাগী।
অক' শারগা মপান্থোংদা
মহুৎদনা ফত্তনবা শীনৃবনি।
থোকৃলিবা নত্রনে মহারাজমক্তসু ?
দুর্যোধন্ চুম্মী দেবী,
থোকৃলিবনি মত্তমক্ ঐণ্ডোন্দা।
মথা করি ? হায়থবিসি।
প্রাপ্তি—ঐনা হায়জগদবদি মহারাজদা
ইপুরোইবা-ইপা হাৎখিবগী

কৃষ্ণবু হাৎপিয়ু অসিনি।

দুর্যোধন.—( ওন্না ) কৃষ্ণ হাৎপা ?

দ্বারকানাথ কৃষ্ণদি
নত্তে ঐগী য়েক্লবা,
পাম্‌দে মাবু হাৎপদি ;
ঐগী থম্মোইনা পাম্বদি
পাণ্ডব মণ্ডাবু লোইশিনবা।

প্রাপ্তি—ওইথোক্তবনি মন্থদি মহারাজ !

মনা পুক্লিংনা পাম্বিরিবন্থ
পাঙ্‌থোকে হায়না নিঙ্‌বিরবদি
ঐনা হায়বা য়াবিয়ু।
নহাক্কী য়েক্লবনি কৃষ্ণম্রে,
কৃষ্ণ মাগী থৌইন্নৃশিন্তনা
উশিল্লিবনি পাণ্ডবনা মহারাজবু।
ঐনা হায়বা থাক্লবিয়ু,
কৃষ্ণ হিংত্না লৈরি'থৈ
ওইথোক্তবনি পাণ্ডবপু মাঙ্‌হনবা

দুর্যোধন.—মন্থ ঐস্নু থঙ্‌ঙি ;

পাণ্ডবপু হাৎকে হায়ত্না
শীনবা শরৌ থুদিঙ্‌দা
কায়হন্দুনতা লাক্‌লিবনি কৃষ্ণনা
ঐগী মীচঙ্‌ ওইগদবা
পাঙ্গলবা নিংথৌ কয়াবু

কৃষ্ণ মানা হাংগ্রবনি'।
হৌজিক্কী মতম্ অসিদা
মগধ নিংথৌ জরাসন্ধ,
পাঞ্জনবা চেদীরাজ শিশুপাল্,
মথুরাপতি মহাবলী কংস
মথোয় লোইনা নৈরবদি
ঐনা করিগী রাগনি।
প্রোশ্নি—অচুম্বমক্নি মহারাজ!
ঙসি জরাসন্ধ নৈত্রে,
কংস' য়াইবী চুপ্ত্রে,
শিশুপাল্গী মকোক্ কেনখ্রে।
মথোয়শিংহ্ ঙসি নৈত্রবস্
ঐ নৈজরি মহারাজগীদমক্।
থৌনাফবা মথোয়শিংহুগী ঈতনা
লাইবক্তা চন্দন্ থিল্লবী
ভৈরবী' শক্তম্ লোরবী
লানৃগী লাইরেম্বীনি ঐহাক্তি।
মীহৎপা কৃষ্ণ মহাক্কী :
কোঙ্-কোঙ্ শাবা ঈ
মহুতনি ঐনা পাম্লিবা।
মহারাজসু নিঙ্বা থুংবিয়ু;
ঐসু নিঙ্বা থুংজগে।
কৃষ্ণ মাবু হাংলগা

ঈ পীনবিয়ু ঐঙোন্দা,
ইখৌ-লাংলে ঐহাক্,
মহাকী ঈত্থতা ফংলগা
ইপা-ইপুরোইবা হাংপগী
লমন্ থুম্বা শক্লগে।
হে কুরুপতি মহারাজ!
ভারতকী কাচিন্-কোইয়া থুদিঙ্দা
সনা মীৎয়েং থম্বিয়ু,
মহারাজমুক্ পাঙনবা
মতিক্ ময়াই লৈরবা
নিংথৌ কনা লৈরিবগে।
ভারত বংশগী মৈরা
নহাক্না ভারত পুৰগী
নিংথৌরেল্, কম্বাল্, লাংগদবনি।
লৈরিবা অতৈ পুম্বসি
কায়ত্রবা মীয়েম্ ভাক্তনি।
পত্থনা কায়দে মহারাজ!
হাত্তোক্লো কৃষ্ণবু থুনা,
য়েক্ল-ভিংখং থগ্রগু।
কৃষ্ণনা হিংলিবমখৈদি
মহারাজগী থোৎলবা থম্মোইদুং
পঞ্চ-পণ্ডব অসিনা
ভিংখংতা ওইহনা লৈরগনি।

দুর্যোধন্—হায়বিরিবা পূম্বা অচুম্বনি দেবী !
নহাক্না হায়রিবা য়াম্রাদু
দুর্যোধন্ ঐগী লাইবক্ কম্বনি ;
মহুগীদমক্ লমন্ তোক্লবনি ঐহাক্ ।
হায়বিয়ু দেবী, কনানো নহাক্ ?
মহু পুরবী লিন্ অমোম্শুম্
শাওবনা ক্, ক্, কাম্হৌনা
কন্নিগী কৃষ্ণবু হাংনিংলিবনো ?
অদোম্বু পোক্পা পম্বোগী
কোলোয়না করি কৌবগে ?
কনানো লাইবক্ ফবা নপুমোইবহুনা ?

প্রাপ্তি—কুরুপতি মহারাজ !
খঙ্বিনিংগনু মহু হৌজিক্,
পাঙ্থোক্পিথো ঐনা হায়জবতা ।
মতম্গী থোঙ্লৈ তুংইমা
খঙ্লকনি খঙ্বিনিংবদো শোয়দনা ।
হায়া মহু হায়দোক্লগা
অন্নাবনা থম্মোইসি কূপ্থিহনা
ওয়ারোই ইথৌ পাঙ্বা ।
ঐনা নিঙ্বব থুংলবদি
খঙ্বদা কায়ত্রে মহারাজন্দু,
হায়া কৃষ্ণ হাংপিথো ।

দুর্যোধন্—হে লাইবক্ থোয়বী !

করে, তাক্লন্থ নংগী পরিচয়,
খঙ্ নিংলরোই ঐ অমুক্।
নংগী থম্মোইনা প'মৃলিবসো
থুংহল্লনি ঐনা শোয়দনা।
ঐগী য়েক্লবা পাণ্ডবপু
ঙাক্-শেন্দুনতা লৈরিবা
কৃষ্ণ ঐগী য়েক্লবনি।
পাণ্ডবপু ঐনা ঙম্লবা
কৃষ্ণবু ঐনা হাৎলনি।
দেবী, থুংবিরো অদোম্না নিঙ্বন্থ,
থুংজরগে ঐনা নিঙ্বন্থ।

প্রাপ্তি—জয় ওইবিয়ু মহারাজ!

(শকুনি চঙ্লক্ই।)

শকুনি—কুরুপতি মহারাজ!
লাক্চরিয়ে মাম্মা সনা 'নাক্তা।

দুর্যোধন্—লেঙ্শিন্বিরক্সি মাম্মা।

শকুনি—ইমাক্ নিংথৌ!
করি য়া তাম্নবিরম্মীবা,
মামন্থ খঙ্জবা য়ারোইত্রা?

দুর্যোধন্—ঐগী তুংশিরবা মাম্মা!
করি য়ারোইদবা লৈবগেমে,
নমাক্লা পাওদম্জগে তাবিয়ু।
লাক্লিবী দুপী অসি

ভগবান্ কৃষ্ণগী য়েক্লবনি,
মপুরোইবা-মপা হাৎপিগ্রে
মত্তগী লমন্ থুম্নিংঙি
ঐবু মতেং পাংবিয়ু,
কৃষ্ণ হাৎপিযু হায়রিয়ে।

শকুনি—অদুদি—

ইমাক্ নিংথৌগী রাখলদি
করি করম্না খল্লিবা?

দুর্যোধন্—নমাক্না খঞ্জবদি মাম্না,
ঐগী য়েক্লবা পাণ্ডবকী
মীচঙ্দা লেপ্লিবা কৃষ্ণনি,
অদুনদি হাৎপদা তারে;
দেবীগী নিঙ্বস্ থুংলসগ্,
ঐগী য়েক-তিংখংস্
লোথোক্লবা পোরম্ শীল্লগে।

শকুনি—মদুদি য়াম্না ফবনিনে ইমাক্।

প্রাপ্তি—মহারাজ! ঐ হল্লগে।

দুর্যোধন্—লেঙ্বিয়ো দেবী!
পুক্লিং করিমত্তা চিংনবিগনু,
নিঙ্বা শোয়দনা থুংহনজগনি।

প্রাপ্তি—য়াইকবিয়ু মহারাজ!

(প্রাপ্তি চংখি।)

শকুনি—ইমাক্ নিংথৌ!

মশক্ খঙ্ব্রা সুপীসিদি ?

দুর্যোধন্—খঙ্দে মাম্মা,

তাকৃষ্ট য়াদে হংলবস্ু ;

মতম্গী খোঙ্লৈ মতুংইম্না

খঙ্লক্তনি হায়না চিঙ্দোইরম্মী।

শকুনি—মাম্মা খঙই ইবুংঙো,

লাইবক্ থীরবী অসিগী

মতেং শোয়দনা পাংবিগদবনি।

দুর্যোধন্—অদুদি হায়বিয়ু মাম্মা,

সুপী অসি কনানো ?

শকুনি—কনাব্ ওইগদগে ইমাক্,

জরাসন্ধগী মমোম্লোই

কংসগী তালোয় অহন্

লাইবক্ থীরবী প্রাপ্তিনি।

দুর্যোধন্—ওঃ মাম্মা সুংঙাইতেদকো।

হৌজিক্ খুদক্ অাসমক্তদা

কৃষ্ণবু থুনা হাৎনিংলে।

মহাভারতকী লাঙ্গাও খোক্পদা

ঐগী মীচঙ্দা লেপ্কদবা

মরুপ-মপাং হাৎপগী

ঐনা লমন খুম্‌গনি,

কৃষ্ণ শোয়দনা হাৎকনি।

শকুনি—হাৎকদবনি ইমাক নিংথৌ

হন্‌বা য়াদে নপুক্লিং।
কৃষ্ণ মাবু হাত্রবদি
পাণ্ডব লাক্লবা য়াগনি।
অছুনা দুর্যোধন্‌!
তিংথং ওইনা পন্‌গদবছুদি
হায়া লোইশিন্‌হৌবনা কৈ।

দুর্যোধন্‌—চুম্মী মাম্মা!
নমাক্‌ নিংথৌ ঐহাক্না
থুরৌ ওইগদবা কৃষ্ণসে
শুক্‌শোয় শোয়দনা হাৎকনি।

শকুনি—অশুনি তৌগদবা ইমাক্‌!
মাম্মা লৈ, কিরুস্থ।

দুর্যোধন্‌—মাম্মা! শুহাক্‌ পুলোই লৈবিহৌখো,
নমাক্‌ শিবির য়োক্লখিগে।

শকুনি—য়োক্লয়ে। ইমাক নিংথৌ।

দুর্যোধন—মুংঙাইনা পোথবিয়স্থু মাম্মা!
নমাক চৎচরুখিগে।

(দুর্যোধন চৎখি।)

শকুনি—হা হা হা ... ... ...
ঐনা নিঙবা থুংলনি।
হে প্রাপ্তি নিংথিবী
লাইবক চাওবী নহাক্তি
মতাও চানা লাকইদা।

নংনা শীং য়াঙ্লবনা
ইমাক্ নিংথৌ দুর্যোধনগী
মৈথৌ কন্বা হেল্লেদো,
শ্রীকৃষ্ণবু হাৎকে তেম্শিঙ্লে।
হ: জগৎকী ভগবান্ কৃষ্ণবু
তরাই-তরাই হাৎপা
কনাগী মতিক্ লৈবগে?
পঙ্লবা ইমাক্ নিংথৌনা
কৃষ্ণবু হাৎকে তেম্শিঙ্বা
পোলোই নক্তে শীঙবনি।
ঐনস্থু শীং য়াঙ্গনি,
দুর্যোধন্ নংবু মাঙ্নবা
ঐনা পোয়ম্ শীল্লিবনি।
ইপাঙল্-ইথৌনানা ঙম্দ্রবস্থু
ঐগী পাইম্না লৌশিংতনা
লমন্ থুম্গে ঙাইরিবনি।
হৌজিক্তি শকুনি' ইত্তিক্ খঙল্নি,
হে কল্রবা দুর্যোধন্!
ইচিন্ ইনাও লাক্লাখবগী
মতিক্ নংস্থু খঙ্লনি।
হে পঙ্ডিদকো অপঙ্বা!
হা হা হা ... ... ...

## ২শুবা উৎগা

# লক্ষ্মী

( প্রাপ্তি অঙাওবীগুম্ চৎলি )

প্রাপ্তি—হা হা হা ··· ··· ···

ঐগী নিঙ্‌বা থুংলনি,

দুর্যোধননা কৃষ্ণ হাৎলনি।

হে কৃষ্ণ!

নিংশিংঙু ঐগী শাপ।

হা হা হা ··· ··· ···

( অস্তিসু লাকই। )

অস্তি—ইচে!

প্রাপ্তি—কনানো নহাক?

অস্তি—ননাও অস্তিনিনে ইচে।

প্রাপ্তি—নংবু ঐগী ইনাও?

হা হা হা ··· ··· ···

অস্তি—করি মতৌনো ইচে,

নংবু ঙাওরবরা তৌরিবসিবু?

প্রাপ্তি—উম্, ঐ ঙাওরে,

মপুরোইবা কায়ন-মৈচারা

মপা হাৎখিবগী রাবনা

ঙাওহনা চৎলবী ঐনি।

অহুগা নহাক্তি?

শাগৈ চেহ্নবা পোক্লবী
কিগন্বী-পাঙদবী নত্রা ?
নহাক্থং কালী তৈরেদো
ইপাগী লংলবা বংশদা।
খঙ্ঙ ইনাও ইবেম্মা !
ঐনা ঙসি ওইরিবা
অঙাওবী-চাকনিবীগী শকক্মসি
কনানা করম্না ওইহল্লি ?
কৃষ্ণ ! গোপ মচাদো !!
কাওবা হুম্নরোই মাবু
মপোক্-মপোক্ খুদিঙ্গী।
ঐনা চুখৎলবনি লমনৃগী মৈ
চাক্লনি ঙুঙ্-ঙুঙ্
মৈরী চাওনা নমাঙদা,
মাগী শাস্তি কায়রগদবনি।
মহাক্তা নত্তনা মহাক্থং
মীচেন্নরনিদো কয়া অমস্থু।
মখোয়না ব্রাহ্না কপকনি.
ঐনা হরাওহ্না নোক্কনি।
হা হা হা ... ... ...
অস্তি— ইচে ইবেম্মা নহাক্পু
করিগী কঙাওনরিবনো কাম্নদবদা !
নংগী শক্তমসি উবদা

ননাওগী থম্মোই কায়রে।
প্রাপ্তি—কায়য়ু মচেৎ-মচেৎ তানা,
অহুগা ঐনা পেন্‌গনি।
মীহুংশি খঙদবী হুপী !
অহুরা নংগী থম্মোই ?
কনা নোক্‌নিংঙিদা ঐদি,
হা হা হা ... ... ...
অস্তি—করি মতৌনো ইচে।
থন্‌বিগন্থ অহুম্না ননাওবু
ঐসে নংগী ননাওনি।
প্রাপ্তি—মান্নি, নং ইনাওনি।
ঐগী ইতৌ উরগা
নংগী থম্মোই য়াবরা ?
অস্তি—অহোয় ইচে,
নংগী নতৌ অসিনা
য়াহল্লে ঐবু য়াম্না।
প্রাপ্তি—ইচেম্‌গী হুংশিরবী অস্তি,
ইচেম্‌ য়াহায়গে নঙোম্দা
য়াদবা তৌগন্থকো ইবেম্মা।
অস্তি—হায়বিয়ু ইচে ইবেম্মা,
করি য়াবানো হায়নিংঙিবা
ননাও হুপী ঐঙোম্দা ?
প্রাপ্তি—য়েংঙ্‌ ইনাও ইবেম্মা

ঐগী য়ারবা শকৃকমনি।
নারক-শিঙ্লক্ থাক্তনা
ঈহিং-নাহিং শাব'থৈ
কায়ন-মৈচাক্ থাঙ্ডনা
কোয়না চৎলক্লবী ঐহাকৃনি।
নংদি ঐগী ইনাওনি
ইমা'মস্তগী গর্ভদগী তারক্পা.
ইভেং পাংঙ্ নংনা।
ঐখোয় অনি তিমহুনা
মাঙ্কল্লসি মহাক্তী জগৎসে,
ইপুরোইবা-ইপা হাৎপা
কল্লবা নিপা অসে
হিংলি ঙসি ফাওবা;
কাওরব্রনে অস্তি নংবু?
অস্তি—ইচে, করিনো হায়রিবহু?
ভগবান্বু হাৎলু হায়রিব্রা?
প্রাপ্তি—মান্নি ইনাও ইবেম্মা,
ইচেনা পাম্বা মহুনি;
নংনা মহু পাঙ্থোকৃউ।
অস্তি—হায়হৈদবা য়া নৈ ইচে,
তাঙ্থোক্প্রবা য়াভাঙ্ অহুভনা
ওইরনিদো পাপ লঙশিন্বহুব্।
প্রাপ্তি—করিগী পাপ? করিগী হায়হৈদবা?
ঈগী লমন্ ঈ!

মসিমক্ হেক্ পাঙ্থোক্পদা
করিগী পাপ্ পুগনি ?
নংদি শোয়দনা ঙম্গনি,
থবক্ পাঙ্থোক্উ অস্তি !
নং কৃষ্ণ হাৎলু।

অস্তি—নত্তে-নত্তে ইচে,
ঐনা কৃষ্ণবু হাৎপা
মত্থ থক্ ওইথোক্তে।
নংগী নত্তৌ অত্থদি
তাইওম্নরে, পূম্ওন্ ওম্নরে।

প্রাপ্তি—( শাওনা ) করি অস্তি ?
নংবু ঐগী ইনাওনিকো ?
নপা-নপুরোইবা হাৎখিবগী
অমন্ থুম্বা ঙম্দ্রবা ?
নংগী থম্মোই অত্থবু
কল্লবা কৃষ্ণ অত্থনা
লৈপ্রবরা মমল্ পীত্থনা ?

অস্তি—তোকলো ইচে নংগী নরাহৈ
তাহনবিরম্থ ঐগী নাপনা
স্তুতিগী পুজা কৎচরিবা
ইবুংঙো মাবু হাৎপা
ননাও ঐদি ওম্নরোই।

প্রাপ্তি—( শাওনা ) ঙম্মোই নংদি অকোকশা !
তৌ পুজা কৃষ্ণদো,

ঙল্ল'দি ঐনা মাবু
কেলহনৃগে লুরেন মালেম্ শৈদা
খঙগনিকো মতমৃত্থদা
কৃষ্ণ কনানো হায়বত্থ,
খঙগনি ঐগী ইতিকস্ ।
য়েংজো নমীৎ থীৎনা
হে ওক্তবী শিগৈজন্ !

অস্তি— ওকলে-ওকলে ইচে,
তানিংদ্রে নংগী ফি-শেত্তব নরাহৈদো ,
মথা অমুক তাথরক্লগনু,
চৎলে ঐ ইচে ।

( অস্তি চৎখি । )

প্রাপ্তি—( য়াম্না শাওনা ) হে অস্তি হিংচাবী !
নংগী পুকচেল অসিদি
থোত্থ ফুঙদগীস্ কল্লিদা ;
নপুরোইবা হাৎপা নিপাবু
পূজা তৌবা ঙস্মীকো ।
কৈ, ইনাওনি হায়বগী য়েংলরোই ;
কৃষ্ণবু চারুবা চূরিবা
ঐগী অশাও'-থাম্বীনা
নংস্ য়াওনা চাকহনগে ।
নংনা কৈদা লোৎকবা,
খঙডে ঐগী ইতিক ।

( প্রাপ্তি থুনা চৎখি । )

---

৩শুবা উৎপা

# পাণ্ডবকী কোন্নুং ইন্দ্রপ্রস্থ

( কৃষ্ণগী নৈফম্ কা। কৃষ্ণ মপাল্লোম্‌দগী চঙলকৃই। )

কৃষ্ণ—ইমা!

কদোম্‌দা লেঙথোকপ্রে মতম্‌সিদা ?

অস্তি—( চঙলক্লগা ) হে প্রভু! দয়াময় !!

মফম্ কৈদস্থ চৎচদে।

কোয়ৌ চূপপা লেপ্তনা

পার্থগী সার্থী ওইক্লবা

সনা হকচাং য়ায়ম্লনি,

পোথাবিয়ু সয্যাথক্তা ইবুংঙো।

কৃষ্ণ—থোইনা য়াদে ইমা,

পূম্নমক ঐগী লীলানি।

ঐনা শেম্‌জবা জগৎসে

শেমদোক-শেমজিন তৌহনা

ঐনা লীলা শাম্নবা

থোইনা ফুংঙাইবগী মশকনি।

শক্তম্ লাংলিবা তাইবঙশিং

মাগী মাগী মরমচৎনা

শেম্‌জবনিদো মশাগী লম্বী।

কৃম্নক্লবনা লীলা কপ্পাক্তা

য়াওরেদো ইনে নহাকসু
অয়া-সুংঙাই য়ায়না,
নশানা শেমজবা লম্বীনা
কংলনি নংদি গোলোকধাম্।
অস্তি—হায়বিরিবা য়াইফ-য়ায়াদো
থৌজালনি ইবুংঙো নহাকী,
পঙলবী অস্তি ঐহাকপু
চিংশিনবিয়ু অচুম্বা লম্বীদা।
কৃষ্ণ—রাগন্থু ইমা মতুপ্পীদমক,
জগৎকী জীব পূম্বসে
মশা-মশাগী কর্ম্মগী
কংজবনি ফল অতুম্।
অস্তি—হে দীনবন্ধু!
মতুমক নহাকী থৌশিলনি।
কৃষ্ণ—মাস্তি, অচুম্বনি ইমা!
ঐগী থৌশিল লীলাদা
ঐশু য়াওরি শরুম্ লাংবা।
পোক্লবনিনা মর্ত্তালোকসিদা
ঐশু চৈনা কংলেদো।
ইনে ইবেম্মা প্রাপ্তিগী
তেজ লৈরবা অভিশাপ
মাঙহল্লেদো ঐনা অরেম্বদা,
শোয়রয়োই ঐঙোন্দসু নোংমা...
... ... ... ... ... ... ...

অস্তি—ওকলে ইবুংঙো,
মথা তাথবিরসু হে দয়াময়।

---

## ৪শুবা উৎপা

# কুরুক্ষেত্রগী লানফম্

( অশিবা মী শরা তাদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ চঙ্লকৃই। পণ্ডথাপ থাগুনা লান্গী নিন্-খোংবা তায়। )

কৃষ্ণ—ইতাও অর্জ্জুন্! হো পার্থ!
লাইরেকপা মতম্ নত্তেকো,
থৌনা হনগসু, লাইরেকসু।
থাগসু নখুত্তগী লীরুং-তেন্;
খনগসু ইচিন ইনাওনি,
ভাই-শেন খিরুগসু,
ওজা-গুরুনি হায়দুনা
থুংলাই থারোই খনগসু!
নংগী গুরু, শাগৈ-নাতে
মখোয় ময়ামৃত্থু পুন্দুনা
হাৎখ্রিবনি হুংশিরবা অভিমন্যু।
লমন্ থুম্মু নচাগী;
কুইরয়োই, লোইরনি লান্।

জয় ওইরনি অধর্ম্মবু ধর্ম্মনা।
হুংশা থীজু নপুন্নিংদা,
লাকলে ঐস্ন পার্থ।

(কৃষ্ণ চৎখি।)

(ওহাক্ লৈরগা অস্তি লাকই।)

অস্তি—হে প্রভু দয়াময়!
কদায়দা লৈবগে নহাকপু?
নংনা শান্নবা লীলা
য়েংলে ইমীৎ থীৎনা,
অকন্‌বা মহাভারতকী লান্‌
য়েংবদা মীৎসি পোখাত্রে।
মকম্ মকম্ থুদিঙ্‌দা
অশিবা মশা ভাক্তা,
মায়কৈ-মায়কৈ থুদিঙ্‌দগী
কপ-লাওবা অন্না-অনাগী খোঞ্জেল্‌
তাবদা নাপ থুমহৎলে।
অঙকপা পূন্নমক্ অসি
ইবুংঙো নংগী লীলানিকো।
হে ভগবান্‌! হা কৃষ্ণ!
কদায়দনো নংবু হে হরি?

(প্রাপ্তি মশম্ মনা ইকা ফারন্থনা চঙ্‌লকই।)

প্রাপ্তি—কদায়দা চৎখ্রে কৃষ্ণ,
ঐগী য়েন্নবা লোনম্বা?

কৌরবকী মীচঙ্ তুম্লক্লে,
কদায়দা চৎথ্রে দুর্যোধন্না,
কদৌরে কৃষ্ণবু হাত্রবদি
লোৎলব্রা! কৃষ্ণ কিত্নুনা?
কিদে ঐদি কৃষ্ণবু,
ঐগী য়েক্লবনি মহাক্তি,
শোয়দনা হাৎকনি মহাক্পু।
ইপা-ইপুয়োইবা অনিগী
ঊগী লমন্ থুম্ত্নুনা
মংশৎ তান্গনি কৃষ্ণদা।
দ্রুপীজা মপোক্ ওইবনা
ইথুৎমক্লা হাৎপা ওমৃত্রবস্নু
মানা শিরমদাইগী য়াবদো
ইমীৎ পেম্না য়েংথিনি,
মানা শিবা উরগা
ঐনা পেম্না নোক্থিনি।
অভি—হা কৃষ্ণ দয়াময়!
নংবু কদায়দা লৈবগে?
প্রাপ্তি—কনানো থিরিবা?
নংস্নু ঐগী ইভোগুম্
কৃষ্ণ নংগী য়েক্লবরা?
য়েংনিংব্রা নংস্নু মানা শিবা?
অভি—কদায়দগী দ্রুপীনো নহাক্পো

কৃষ্ণ শিবা য়েংনিংলিবা ?
মচোম্ মপাক্ নাইদনা
অঙাওবীগুম্ পঙ্ঙাঙ ঙাঙ্লিবা
নহ্নাহৈ অদো লোইশিন্নু।
জগৎকী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু
অহ্নমা থক্ ঙাঙ্গনু।
শিথি-নাথিবা ময়ামদো
মশা মশানা ভোজবগী
ফংফম থোক্পা কর্ম্মফলনি,
মহুৎশীদমক্ ন্নাগনু অপঙ্বী।
প্রাখি—কনানো কৃষ্ণবু কনৃথৎলিবা
ঐগী মায়য়োক্তা ঙাঙ্হনা ?
(মুন্না য়েংলগা) ও: অত্তি নহাক্ ?
নংশু মকম্ অসিদা ?
করিগী লৈরম্লি সিদদি
কৃষ্ণ'-চয়ন্ থাদোক্তুনা ?
অশিবা হক্চাংনা কুপ্নবা
লাম্কম্গী ময়ায়নি মসে,
কৃষ্ণ নিঙ্বী ভক্তনা
পকচদে মকম'সিদা লৈবা।
চৎলো ভগবান মনাক্তা,
করিগী লাকদি মোংকমদা ?
অত্তি—করোম্নগনু ঐবু ইচে।

লাক্কম্-মোংকম্‌সু ওইসনু,
ভুট-প্রেত লখানা
ঐবু ওৎ-নৈসনু,
কিদে ঐদি করিমতা।
ঐনা মক্কম্‌সিদা লাকপদি
ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী
খোঙ্গুন্ লীবা লাকপনি।
হা গোবিন্দ দয়ামায়!
কৈদনো নংবু?

প্রাপ্তি—থিরিবনি ঐসু কৃষ্ণ
জগৎকী মপু শাশিন্নবদো,
মাতবু হাৎলে হায়রগা
ইপা-ইপুরোইবা অনিগী
লমন্ থুম্‌গে হায়হনা।

অস্তি—লমন?
কান্নদবনি ইচে,
ওইরোইদবা রাখলনা মাংওইনা
রানা-রানা লেন্দুনা
নপুন্সি ঈচেলহ থম্লনি।
অহুম্না নৈদৌ শক্তি
তুংগী পোইরৈ য়েংহনা
চঙ্‌জহনা ইবুংঙোগী চরন্'খাদা
পুন্সি লম্বেল্ শেমজহৌ।

প্রাপ্তি—করি হায়রবা অস্তি ?
থাজনিংঙাই নৈত্রবী সুপী
শাগৈ চেৎনবা পোক্লবী
হায়জ'শারি নংনসু অদুম্না।
ঐনা কৃষ্ণবু মাঙ্‌হন্‌বা
নমীৎ থীৎনা য়েংজোকো।
ইনাও অমা ওইরগা
মচেম্‌গী মায়য়োক্তা লেপ্লবা,
অঙকৃপা খোঙ্‌চৎনিকো তাইবঙ্‌পান!
অসুম্‌ ঊরে হায়রগা নশক্তো
হেন্‌গৎলি খোয়দৌ শাওগৎপা,
নবুংঙো কৃষ্ণ হাঞ্জিনৈ
নংবু হান্না হাৎনিঙ্‌লে।

অস্তি—কৈ, হাৎনিংলবদি হাৎলু ইচে;
ঐনা কদৌঙ্গুংদা য়ারোয়োই
নৈরবদি ননিঙ্‌ থুংগদবা নহাক্তী,
ঐবু মতুপ্‌-মতুপ্‌ কক্কুনা
লংখোকৃউ কুরুক্ষেত্র' লম্পাকৃসিদা।
ননাও অমা ওইনা
অনিঙবা পাঙ্‌থোক্‌পদা ইচেগী
কথোক্‌চরে ঐগী থবায়।

প্রাপ্তি—করি অস্তি ?
চীঙ্কক্তবু অশিঙ্‌ননা থুম্মীনা।

( অশিবা মী অমগী মনাক্তা ভাবা থাঁঙ্ অমা থুনৃগঙ্না অস্তিদা য়ানগে তৌই। )

অস্তি—( মমিৎ উইশিল্লগা মথুৎ লোমহুনা ) হে দয়াময় !

( শ্রীকৃষ্ণ থুনা লাকই। )

কৃষ্ণ—করিনো ইমা ?

পুমওন ওন্নরে তৌরিবসিদি,
পোকমিল্লবী মচিন-মনাওনা
থৌদো অসুম তৌনরবদি
হয়েং কলি যুগতদি
ফত্ত' য়ারানহৌরনি।
হে ইমা, সতী !
ভৈরবী শক্তম লৌরিবী
নহাক্কী অকিবা মুত্তিদো
উহনবিরম্নু, শকক্রম হজিনবিরো।
সতী অমা ওইরগা
অহুগুম্বা শক্তম লাংবা
পকচদে ইমা নঙোন্দা।

প্রাস্তি—( করিমত্তা উশিত্তনা ) হঃ মায়াহৈবা কৃষ্ণ !

লাকলেদনা মতাঙ্ চানা
নথোঙ্না নমং থিহুনা।
ইপুয়োইবা হাংথিবগী লমন
নথবাক্কী ঈ লৌরগা
থুম্বা শক্লগে ঙসিদি।

( থাঙ্শাং হাইগত্তুনা কৃষ্ণবু হাংকৈ তৌই। )

কৃষ্ণ—( মোমোন নোক্তুনা ) শাওগন্নুনে ইমা !

অতি—( প্রাপ্তিগী মমাঙ্দা চঙশিন্দুনা ) নতিক করি লৈহৃনা

জগৎকী ভগবান কৃষ্ণবু

হাৎকে থৌরাঙলিবনো হিংচাবী ?

নংগী নতিক লৈরগা

হাৎলু ঐবু হান্না।

( প্রাপ্তিগী মখুত্তগী খাঙ খঙহৌদনা তাখি। )

কৃষ্ণ—শাওগন্নুনে হে ইমা !

সতীগী কল্লবা অভিশাপ্

লেম্না মাঙ্লোই কৈদৌন্নুংদসু।

ঐ ইশানা য়ানা

লোরবনিনে নংগী অভিশাপ্,

মত্নগী ফল্ ঙসি

কৃষ্ণ ঐনা ফংলবনি ;

য়েংনিংবদো নমীৎ থীৎনা

য়েংবা ফংলনি হৌজিক্তি।

নোংমা নত্রগা নোংমদি

ইমাগী ননিঙ্ থুংলনি,

স্নাগন্নুনে হে সতী !

ঐগী পুক্সিগী পোলোই

নথরায় তানা য়েংখো ;

ঐগী মৈচাক্ উরগা

নোক্খো থম্মোই পেম্না।

অহুগুম্বা মতম্‌দো য়ৌরক্তি 'কাও
হে সতী নহাক্
লমদম্ অসি থাদোক্‌খিন্নু।
ঙাইবা রাগন্নু, কুইররোই।
প্রাপ্তি—করেম্নরিবরা ঐবু কৃষ্ণ?
উম্, য়েংখিনি, নোক্‌খিনি;
নংগী পোলোই, নংগী মৈচাক্
ইমৌং পেন্না য়েংখিনি।
হা হা হা ... ... ... ...
(প্রাপ্তি অঙাওবীগুম চেহ্বোক্‌খি।)
কৃষ্ণ—অঙকপনি হে সতী!
থুংলনিদো নংগী তপস্যা!!
লৈরাংগা পাঙথক্লরিবা মুপীগী থম্মোই
মৈচাকী মৈশা লাংলবদা
থৌহ্নু মুঙগুম কল্লেদো।
অস্তি—প্রভু!
কৃষ্ণ—রাগন্নু ইমা!
পুন্নমক্সি শোয়কত্রবা খোঙচৎনি
ঐনা শেমজবা সংসারগী।

---

ঙেশুবা উৎপা

# লক্ষ্মী

( অবাবগী শক্লোন্ লৌরবা শাদানুবা অমা চঙলকুই। )

শাদানুবা—ঙসি কোরৌ মুমিৎসি
ওম্বোক্লা ম্লাথ্রেদা হকচাংসে;
ইচোক হেক চোকথৈ,
ময়েং তাই শাম্ম-পাঙল।
নিতিগী তোদবা ঙাক্তা
ঙসিগী মুমিৎ অসিদা
ফাওইনা ঐগী হকচাংদা :
করি থোদোনো ঙসিসিবু ?
খোঙথাং-খোঙথাং খুদিঙদা
চিংনবা ! চিংনবা !!
মীৎ চোংঙি, পাম্বোম্ চোংঙি;
করি থোক্লগবা হে ঈশ্বর ?
হে দয়ামষ়, থোজানবিয়ুকো নংনা।
ঐনা পাঙ্গে থনুবা
পাঙ্ঙমত্রবা ঙসি' নোংজাদা;
ইঙুং তৈনা ঙানুবদগী
তরা লুকোয় চায়গা
তেন্দোং নম্‌দা থোং,

লিরুং খুত্তা পায়
য়ায়ৌ শাদায়কপদি
য়ায়ৌ অমত্তসু শাড়দে,
পাম্বা অমত্তসু শাথেংনদে ।
কয়বা কয়বা খেঙ্কমৃদা
মোংবা ইশাইকোন্দগী
ঐনা খোঙ্দোই হয়ক্পা !
কোয়ৌ হনবা অঙানবা
নোংচুপ হায়ম্ পাংঙ্গে,
তাঙ্লৌ অসুক্ খেঙল' কাও
শাকা-য়াঙম তমজ্রবা ;
পোইরৈ কদোমদা খোঙদোইরগা
য়ায়ৌ শা থেংনগনি ।
ঙসি কেয়ৌ তুমিংসিবু
শাকা য়াঙম তান্দনা
ইয়ুম লমদম পাংলজ্রা ;
ইনাই হাওজুবীনা হংলগা
য়াবা করি চিঙ্গোইবা ?
থৌরৈতনা থৌথিবা
তাড়না তোয়গজ্রা ঐহাকপো ।
হয়্, নিপামচাগী মপোকপো !
ঐগী পাইমা য়াথলনা
তৌগে হায়না নিঙপ্রবদকো

তোকত্রা তৌদনা নিংহম্নহ্নুনা,
ইম্নুংমকম্ মমখিরোই,
কোরৌগী মশেক লৈখিনি ;
অমম্বনা মালেম কূপকদবা
য়ুথক অমা রাৎলিনা।
ঙসি কোরৌ মুমিৎকী
ঐগী লাইবক য়েংখিনি।
লাক্লবদা নিপামচানবো
য়ারৌ'মঙম্ ফাদনা
তয়াং-তশোই হনগত্রা।
হম, তাইওয়রে রাখল
তোয়না চোংঙি মীৎলুসে,
শাফা-রাঙম তোক্তুনা
ইমুম লমদম মায়কৈদা
খোঙদোই তম্না হনখিবনা
কয়গদবোইনা ঙসিসে।

( চৎকে তৌই। )

প্রাথি—( মনুংদগী ) করিগী নিংহম্নরি শাদানবা ?

নিপামচা ওইনা পোক্লগা
য়ারৌ ফাবা ঙমদহনা
অহুক নিংহম্না হনবদি
কনা নোকনিংঙিদা ঐহাক্তি।

শাদানবা—কনানো মুশীগী খোজেলদা

লোত্তুনা ঐবু করেম্নরিবা ?
খোম্বাঙ তম্নকলিবী নহাকপু
নমু তাইবঙ মীরা ?
চীংঙ্ খোইয়ুম লাইরা ?
য়ারা নপাও শেংঙুদা।

( প্রাপ্তি চঙলকই। )

প্রাপ্তি—ঐনি ঙাঙলিবা মুপীত্ত,
নমু তাইবঙ মপোকনি।
শাদানবা—করি নথৌ লৈত্বনা
নংনা ঐবু করেম্নরিবা ?
প্রাপ্তি—করেম্নবা নত্তে শাদানুবা,
য়ারৌ ফাবা ঙম্দত্বনা
নংনা নিঙ্বা কায়বদো
ঐনা য়েংবদা মুংঙাইতে,
নত্তেং পাংগে হায়ত্বনা
ঐনা নংবু খাম্বনি।
শাদানুবা—হ…পাঙল্ শোল্লবী মুপী !
তাংজবী উরীগুম্নবী নহাক্না
করি নত্তিক্ লৈত্বনা
ঐগী ইত্তেং পাংগদৌরিবা ?
প্রাপ্তি—পাঙল শোনুবী মুপীনি হায়ত্বনা
ঙম্লোই খনুগদু শাদানবা,
ঙম্গদবা পোমিং উত্বনা

ঐনা নংবু খাম্বনি ।
নমাঙদা য়াঙনা চেল্লিবা য়ারোৗ
তাংজবী উরীনা য়েংশিন্দুনা
নত্তেং পাংবা য়াওখিত্রিবরা খক্ ?
খাঙদবরনে নংবু করিমত্তা ?
শাদানৃবা—হায়য়ু অছদি হুপী,
করি করম্ তৌরগা
ঐপী ইত্তেং পাংগনি ?
প্রাণ্ডি--য়াম্না লায়থে মছুদি,
তরা চাকঙন্ চাহুনা
য়ারোৗ শাহুবা লাকপবু
শা অমত্তম্ থেংনদবগী
পাইমা হুংনাংবা নত্রা ?
নংগী হুংনাংলিবহু কোরুবা
শাগী লৈকমহু তাক্লবদি
নত্তেং পাংবা ওইরোইত্রা ?
শাদানৃবা—করম্বা হুপীনো নহাক্ ?
শাদানৃবা ঐনা থেংনত্রবদা
নংনা থেংনৈ হায়র্বাসিদি
য়াম্না ওক্নিংঙাইগী মশক্নি ;
চিংনয়ে নংবু ঐনা
ওইরম্ময়োই নহাক্ নমু তাইবঙ
ঐবু ওৎকে লাকপরা

হায়য়ু নহাক নিয়ন্তিয়া ?

প্রাপ্তি—থাজদবা ভৌগন্থ শাদানবা,
নত্তে ঐহাক নিয়তি ।
ঐনা অসুম্ কোয়রকপদা
খেংনরম্মী শক্তি 'মা
যমুনা তুরেল্ তোর্ব্বান্দা ,
নংনা য়ারৌ শান্থদবগী
নিঙ্বা কায়বা উবদা
ভাকপিবনি নংবু হুংশিহ্না ।
নংনা শক্তিহ্ ফানিংলবদি
ঐগী ইতুং ইন্দ্রকৃষ্ট,
শাগী খোঙ্নন লীহ্না
ভাকপিগে শক্তিগী লৈকম্,
নিশান চুয়া থাহ্না
কাপচৌ শক্তিহ্ শিনবা ।

শাদানবা—হায়বিরিবা য়াম্বাহ্ অচুম্বয়া দেবী ?

প্রাপ্তি—থাজদবগনে শাদানবা নহাকপো ?
মীনম্বা ভাঙদে কদৌম্নুংদম্ন ঐহাক্তি ;
য়ারৌ ফানিংলবদি ইন্দ্রকৃষ্ট ইতুং,
খিরগা ভাকপিগে ঐনা শক্তিদো ।
খীন্নগন্থ শাদানবা, চৎলে ঐ ।

শাদানবা—কনি, মাঙ থম্বিন্ দেবী।
ঐ নতুং ইজয়কে ।

ঐগী ইমীৎনবু উগ্রবদি
নাম্বোক্তুনা চেনুবা ভগ্নী
পাজল নৈরয়োই শজিদো,
শোয়দনা হাৎলগদবনি ঐনা।
প্রাপ্তি য়াম্না করে শাদানবা
হাৎপা ওইজোকো নহাক্লা।
শাদানবা--দেবীগী শোয়কত্রবা আশীর্বাদনি।
(অনিমক্ ভুংথ-মাংথ চৎখি।)

---

উশুবা উৎপা
# যমুনা মপান্

(শ্রীকৃষ্ণ চঙলকই। কদম্ অমগী মখোঙদা লেপ্লগা বাঁশী খোংই।)

কৃষ্ণ—আঃ অঙকপনিকো
মওঙ অমা তৌরবা
ভূমি ঐগী সৃষ্টিসে,
ভাইবঙ খোঙচৎ হোংলবা!
ঐগী বাঁশীগী মির' স্বরসে
তানিংলয়োই কনা অমত্তা,
চেনশিল্লক্লয়োই হয়াও-য়াকা ভমৃত্না
মখী-মমাও কনামত্তা

কৃষ্ণ ঐগী ইনাক্তা,
থম্মোই ইথক্ হৌররোই
ব্রজ গোপিশিংগী পাইমন্নুংদা ;
শৈহেক্তে কোকিলনা কুহু খোম্বাওদা,
জগোয় শাপ্রে রাহোংনম্নু ।
মমাংচাপী মতম্‌তুদা
শাম্নরম্মী ঐনা রমনীশিংগা
পামেল কদমগী মখোওদা
পুক্নিং হুরবী রাধিকানা
ওয়গী লৈতেং ওইহুনা
কালিন্দী যমুনাগী তোর্ব্বানসিংগা
শরদ পুর্নিমাগী রাস লীলা !
মথং-মথং শাম্নরকপনা
লোইপ্রে মহাভারতকী লাঙাও !
লোইশিল্লকলে ওসি ঐগী সৃষ্টি
ঐ য়াওনা শাম্নবা ।
মরু ফংনা মাঙলনি
যদু বংশ ওসিদি,
নোংথোংলৈমা পাম্বী থুদিঙনা
যদু বংশ তুম্নবা
যমগী শক্তম লৌপ্রে ।
ওসি কোরৌ হুমিংসিদা
লাক্লনি ঐগী পোলোই,

খন্ননি পুন্সি ঈচেল।
ইনে টবেম্মা প্রাপ্তিগী
সতীগী কল্লবা অভিশাপ
থুংহল্লনি ঙসি ঐনা।
লোইরে ঙসি যত্ন বংশ।
( মোমোন নোক্লহনা কদমদা ঙাহনা কপ্পী। )
প্রাপ্তি —( মহুংদা ) উবরা য়েংঙু শাদানবা,
কদম পামেলগী মখোঙদা
শক্তি অমা লৈরিবসে।
শাদানবা— ( মহুংদা ) অঙ, উরে দেবী।
প্রাপ্তি - ( মহুংদা ) মসি নংনা ফাগদবনি,
নাম্মোকহৎখিবা য়াদে অরেম্বদা
লিরী তেঙ্গা থোংহনা
কাপকদবনি কজনা পান্নবা।
শাদানবা— ( মহুংদা ) লোইরোই করিমত্তা দেবী,
লমদম অসিগী শাদানবা
খুং-চুম্বদা হায়নরিবা ঐহাকনি।
ঐগী খুংকাপ অমুক্তা
লোয়দনা শিরগনি শক্তিসি।
য়েংঙু ঐগী তেনসে,
হ চেল্লবা মুঙকী তেকৈনি।
প্রাপ্তি—( মহুংদা ) য়াম্না করে শাদানবা,
মহুমক্লা কাপলো শক্তিদা;

উদয়া ভাংশং ভাংলবা
শক্তিগী মনাকোং অসে.
কাপ্পু মসি তম্মা।

শাদানবা—( মন্থুংদা ) য়েংবিয়ু দেবী ঐগী থুংকাপ।
জয় ভগবান!

( কৃষ্ণ তেম্মা পান্দুনা ভুই। )

কৃষ্ণ—আ···হ···মতম্ য়োরেদো।

প্রাপ্তি—( মন্থুংদা ) হা হা হা······
ঐনা নিঙবা থুংলে.
ঐনা লমন্ থুমলে।
হা হা হা·········

কৃষ্ণ—উম, থুমগদবনি ইমা!
নপুরোইবা-নপা অনিগী
ঙসি লমন থুমলে ;
সতীগী কল্লবা অভিশাপ
ঙসি লেম্মা মাঙত্রে।

শাদানবা—( চেনশিন্নরুগা কৃষ্ণগী মখোঙদা ভুদ্দুনা ) হে প্রভু!
তোল্লবগী চঙজক্কম দয়ামগ্ন !!
চমন্নরে ননাই শাদানবা।
তোল্লবগী মমা-মপা ওইবা
হে ইবুংঙো শ্রীহরি
তোল্লবা ননাই ঐহাক্না
মপোক কত্তনা পোকপনা

পাপ লওশিঞ্জরেদো নফম্‌দা ;
হু চেল্লবা ঐগী তেম্না
ইবুংঙোগী শ্রীচরনদা থৌগল্লবা !
আঃ তোল্লবগী মপোক
জগৎকী ভগবান প্রভু বু
ইখুৎমক্লা ঙসি হাৎলবা ?
মপোক-মপোক খুদিঙগী
নরক কোমদা তারনি। ( কপ্পা )

কৃষ্ণ—নরাল লৈতে, কপকনু শাদানবা ;
মমাংচাগী মপোকী
নপা হাৎখিবগী লমন
নংনা ঙসি খুম্বনি ।
ঐগী ইনে প্রাপ্তিনসু
মপুরোইবা হাৎখিবগী লমন
ঙসি ঐঙোন্দা খুম্বনি,
নংবু খুৎলাইগুম শীজিন্নহৃনা ;
নংগী নরাল্‌ নত্তেকো
( প্রাপ্তি চঙলকই। )

প্রাপ্তি—জগৎ শেম্বা ইবুংঙো
হে ভগবান কৃষ্ণ !
ঙমজদ্রেদো মশামকপু কঙবা
সত্তি ঐগী শাপ্তুগী।
নংনা ইপুরোইবা হাৎলৈদা
ঐনা পিরাঙ শিন্হবগুম

যহু বংশগী রমনীশিং
মীকপ মীরাও ফংলনি।
ঐনা মহু য়েংগনি,
নোকনি্ হয়াও-তয়াম্না ;
ওসি কোয়ৌ হুমিত্তি
থুংলে ঐনা নিঙবা।
হা হা হা ... ... ...

কৃষ্ণ— নোকউ ইমা !
ওসি পেম্না নোকউ ;
মতম লৈরিবৈ নোকউ
পেম্না, থম্মোই পেম্না।

প্রাপ্তি—নোকনি, ঐ নোকনি।
হা হা হা ... ... ...

( প্রাপ্তি চংখি। )

শাদানবা— ( ফুক হোগৎলগা ) হুপী ! হুপী !!
নংনা মায়া ভোহুনা
ঐবু নয়ক্তা লংশিল্লবা ।
মায়া হৈবী লৌনম্বী
নিয়তি নত্তে হায়বকো ?
ঐগী ইফমদদি নিয়তি !
ঐবু মাঙনবা শীল্লিবী
মহামায়া নিয়তি !
আঃ মীওইবগী মপোক অসিয়া ?

পুণ্য তানবদা পাপ ,
থীনা লাকনৈদকো ঐবু
হে বিধি নহাক্সা ।

কৃষ্ণ—য়াক্নয়গনু শাদানবা !
নংনা ঐবু হাৎপদি
পুণ্য ফংবদি ওইসনু ।
বিধিগী লাইয়ুমদা য়েকশ্রববু
কনানা ককপা ঙম্বগে ।

শাদানবা—( থুরু-থুদক কুপ্লগা মখুৎ লোম্নহনা ) প্রভু !

কৃষ্ণ—চৎলো নিপা নয়ুমদা ।

শাদানবা—কয়ম্না ইবুংঙোবু থাদোক্কনা ?

কৃষ্ণ—মুংশা থীগনু ঐগীদমক ,
থুনদা চৎশ্রো নহাক ।

শাদানবা—আঃ তোল্লিদা ঐগী ইপোকসে ।

( শাদানবা তপ্প-তপ্পা চৎখি । )

কৃষ্ণ—ইতাও অর্জ্জুন , হে পার্থ !
নংবু কৈদা লৈবগে ?
লাওগবা মতম অসিদা
অমুক্তদি উম্নসি ঐখোয়'নি ।

( অস্তি কপ্পুনা চেনশিল্লকই । )

অস্তি—মাঙলে প্রভু,
হে শ্রীহরি দয়ানিধি !
করি মতৌনো তৌয়মৃলিবসিবু ?

চীয়োল_ হৈবা লৌনম্বা
পুকৃচেল ফজ্রবা কনানা
ইবুংঙোগী সনা হকৃচাংদা
তেনগী থৌগন লাংলমলিবা,
অমুবা কালিন্দী তোর্ব্বান্দা
ঈগী লৌথোং চেন্নবা,
করি ওইরনি সংসারসে
ইবুংঙো নংনা লৈত্রবদি ?
নহাক্কা শেমজবা জগৎসে
অরেম্বদা তারগত্রনে প্রভু !
অন্নাবনা থল্লবা দৃশ্যসে
ঐ য়েংজবা ঙমজদ্রে,
মীৎ তাঙহনবিয়ো ঐবু।
হে কজ্রবা তাইবঙ !
পেন্নো, নথোয় পেন্নো ।
ভগবানগী অন্নাবা উরগা
কল্লক চাওবা নথোয় পেন্নো
অা .............( রাম্বা )
কৃষ্ণ করিনো ইমা ?
ও: নহাকসু ঐগীদমক ?
কৃষ্ণ ঐগা লোয়ননা
বৈকুণ্ঠ য়োগে নিংলবোই
হে চাম্ররবা মরুপ !

পার্থ নংবু কৈদনো ?
মতাঙ অসি য়োরবদা
নংবু কৈদা লৈবগে ?
লাকলো ঐগী ইনাক্তা,
পুন্সিগী পোলোই মতমদা
অমুক্তদি উমসিনে পার্থ !

[ ফিজঙ তপ্না-তপ্না হাইজিল্লকই । ]

---

## লোইরবা

# মীশক-মীওইশিং

নিপা :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | কুঁবর সাগর সিংহ | অকাওবা ডাকু অমা। |
| ২। | বিজু | সাগরসিংহগী ওবৎ ডাকু। |
| ৩। | খুদাবখশ | ঝাঁসীগী সেনাপতি। |
| ৪। | বখ্শীশ অলী | জেলগী দারোগা। |
| ৫। | মিষ্টর স্কীন | অঙ্গ্রেজগী কমিসনার। |
| ৬। | „ গার্ডন | অঙ্গ্রেজগী ডিপুটি কমিসনার। |
| ৭। | কেপটেন ডনলপ | অঙ্গ্রেজ লান্মীগী ওফিসার অমা। |
| ৮। | জেনেরেল রোজ | (গুপ্তগী খোঃজেলতবক) |

ডাকু খরা, শন্নী অনী খুল্লাশিং অমদি লান্মীশিং।

নুপী:—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | রাণী লক্ষ্মীবাই | ঝাঁসীগী মহারাণী। |
| ২। | মোতিবাই | রাণীগী লোয়নবী। |
| ৩। | সুন্দর | ,, ,, । |

# অহান্‌বা তাঙ্কক্‌

## অহান্‌বা উৎপা

### কমিশনার স্কীনগী লৈফম্‌

( অকে অমৌগী পোত্তনা লৈত্তেংলবা কা অমদা কমিশনার স্কীন্‌ ডিপুটি কমিশনার গার্ডন অমসুং অঙ্গ্রেজ লাম্মীগী ওফিসার কেপ্‌টেন্‌ ডন্‌লপ্‌ রাউণ্ড টেবল অমগী অকোয়বদা ফম্লদুনা ৱারী শাব্রি। )

ডন্‌লপ্‌—ইয়োর ওনর, ঐনা থাজবা ওইরে, ভারত নোংমা ঐখোয়গী খুত্তা লৈবা ওইনি।

গার্ডন্‌—মত্থ ঐনা সপোর্ট তৌএ, মিষ্টর ডনলপ্‌।

স্কীন্‌—মহু থুনা ওইখোকপা ওইরোই। প্রজা মরৌ য়াম্না চাওবা ওইরে। লুচিংবা য়াম্না শিংবা ওইরে। ঐখোয়গী পোলিসীদা অপ্‌নবা য়াম্না ওইবা ওইরে।

গার্ডন্‌—ডেট ইজ রাইট, মিষ্টর স্কীন্‌। ভারত প্রজা কুহু মুখা জাং ওইরে। ব্লেক কলরগী জাতি ঐখোয়গী সর্ভেণ্টনি। ভারত নোংমা ঐখোয়গী সর্ভেণ্ট।

স্কীন্‌—ডেট ইজ সিয়োর। গার্ডন্‌, মংনা চুম্না হায়রে। ভারত অমুবা কুচুগী মীনি। মিষ্টর ডন্‌লপ. ঐখোয়গী আর্মী করম ওইরে ?

ডন্‌লপ্‌—কনদিসন য়াম্না ফবা ওইরে। সব তৈয়ারদা লৈরে। থবক খুদিংমক ফজনা পাঙথোকপা আশা লৈরে।

স্কীন্—নংনা য়াম্না কবা থবক তৌরে, মিষ্টর ডন্‌লপ। ঐনা নংবু তারীক তৌরি। থেঙ্ক ইয়ু।

ডন্‌লপ্—থেঙ্ক ইয়ু মিষ্টর। আর্মীগী কনবা শীনবা ঐগী তৌকম থোকপা রেস্পোন সিবিলিটি ওইরে।

গার্ডন্—ঐনা ভারত মুপীবু য়াম্না ওকলে রাণী য়াম্না চতুর ওইরে। ঐখোয়গী গুনী কিবা ওইদে!

স্কীন্—য়েস, রাণী ইজ ভেরী ব্রেভ। আই থেঙ্ক হার। ঐনা মাবু থাগৎতবা ওমদে। অদুবু মহাক কাবা তাই। রাণী কাবা ওইত্রবদি ঐখোয়গী সক্সেস্ কৈদৌমুংদ ওইরোই।

গার্ডন্—য়াম্না চুম্না হায়রে। এলিসনা ঐঙোন্দা হায়রে, রাণী লাকুবা রারে। অরোন্‌বা মী থমদবা য়াদে।

স্কীন্—মহ ঐখোয়না হোংনবা ওইবা তারে। ভারত পুম্বা ঐখোয়না লৌরবদি লন্ য়াম্না কংগনি। কম্পানিগী য়াম্না কান্নবা ওইগনি।

ডন্‌লপ্—মিষ্টর কমিসনার, ভারত প্রজা য়াম্না মবুক তপ্পা, অপঙ্‌বা প্রজা ওইরে মখোয়দি ঐখোয়গী শাসনবু পামলে। কত্তবা লুচিংবনা ইন্‌শিন্‌বদা প্রজা ঙাওবা ওইরে।

স্কীন্—লুচিংবা পিরকটার তৌবা তারে। সম্ হেন্নে, ফাঁসী তৌবা তারে। পনিষ্টমেন্ট থম্না পীত্রবদি থবক সক্সেস ওইরোই।

গার্ডন্—লুচিংবা ফাঁসী তৌবা ওইরবদি প্রজা শান্তি ওইনি। মখোয়না ঐখোয়বু কিগনি। ঐখোয়গী থবক থুনা সক্সেস শোয়দে।

স্কীন্‌—আগ্রাগী লেপ্‌টেনেন্ট গর্বনরগী মেসেজ ইন্‌ টাইম পীবা অকবা ওইনি।

গার্ডন্‌-মহ য়াম্না চুম্‌লে। ঐখোয়গী পোলিসীনা লম মচেৎ-মচেৎ লৌরগা নোংমা কন্না পুম্বা ঐখোয়গী ওইবা শোইদে। মসি ঐখোয়গী ত্তোদবা য়াদবা ওইরে।

স্কীন্‌-অদুবু কিভম য়াম্না লুবা লৈরে মুকাবলা য়াম্না ত্তোবা তারে।

গার্ডন্‌-মুকাবলাগী কিকম্‌ লৈতে। ঐখোয়গী শেল রাক্তে, আর্মী রাক্তে। ইংলেণ্ড সরকারনা মতেং য়াম্না পীরে। ঐখোয়গী থবক কীন্‌না য়াম্না পেনবা হরাওবা ওইরে।

স্কীন্‌—য়াম্না লুবদি ঐখোয় মায়কৈ অনিদা মুকাবলা ত্তোবা তারে। য়াগী থুনা কাদবা য়াদে, অদুগা গেং-লীদরস্থ কাদবা য়াদে।

গার্ডন্‌ (ওক্না) গেং-লীদর? হু? গেং লীদর কনা ওইরে?

স্কীন্‌-মিষ্টর গার্ডন, নংনা মহ খঙদবা ওইরে। য়াম্না কত্তে। জঙ্গল্‌দা ডাকু য়াম্না লৈরে। মখোয়না ঐখোয়গী থবক্না অপনবা পীরে। য়াম্না কত্তবা ওইরে, ডাকু সাগর সিংহ।

গার্ডন্‌-(ওক্না) ডাকু সাগরসিংহ!

স্কীন্‌—য়েস. ঐনা জাসুসতগী পাও কংলে। সাগরসিংহনা প্রজাদা লুট ত্তোরে। লুপা করোর-করোর পুখ্রে, মী কয়া কয়া হাংলে।

গার্ডন্‌-ও! আই সি। য়াম্না কত্তবা থবক্‌ ত্তোরে সাগরসিংহ। মাবু কাবা য়াম্না থুনা দরকার ওইরে। মাবু গিরফটার ত্তোবগী রেস্পোন সিবিলিটি মিষ্টর ডন্‌লপ্‌ ওইরে।

ডন্‌লপ্‌—য়েস, মাবু ক্ষাবগী রেস্পোনসিবিলিটি ঐনা ওইরে। ঐনা য়ায়া থুনা থবক পাইথৎপা ওইনি। হৌজিক ঐ য়ুমদা চৎপা পামলে।

স্কীন—য়েস, চৎপা ওইরো। সাগরসিংহ এরেষ্টকী থবক থুনা পাংথৎপা ওইরো। ইয়ু রিমেম্বর, কন্ত্রী অসি ইংলেণ্ড নত্তে ভারতনি।

ডন্‌লপ্‌—য়েস থবক্‌ অসু ঐনা শোয়দনা থুনা পাইথংকনি। মরম ঐনা মুয়া খঙ্‌বা ওইরে।

স্কীন—থেঙ্ক ইয়ু, মিষ্টর ডন্‌লপ। আই হোপ টু ইয়ু।

ডবলপ—থেঙ্ক ইয়ু। (ডনলপ চৎখিবা।)

গার্ডন—মিষ্টর স্কীন, সাগরসিংহ গিরফটার তৌরবদি ঐখোয়গী থবক থুনা সক্সেস ওইবা য়াই।

স্কীন্‌—য়েস, মদু চুমলে মিষ্টর গার্ডন্‌। ঐনা থাজবা ওইরে। কেপ্‌টেন ডন্‌লপ্‌না সাগরসিংহ গিরফটার শোইদনা ওইনি।

গার্ডন্‌—মদু ঐসু থাজবা ওইরে।

স্কীন্‌—মিষ্টর গার্ডন্‌ লেট অস ষ্টোপ অরার দিস্কস হিয়র। গার্ডেন্দা চৎসি। ঐগী য়াইফ গার্ডেন্দা লৈবা ওইরমগনি। লাইট রিফ্রেসমেন্ট খরা মফম অদুদা লৌসি।

গার্ডন্‌—য়ায়া ফরে। থেঙ্ক ইয়ু মিষ্টর স্কীন।

স্কীন্‌—লেট অজ গো।

গার্ডন্‌—য়েস।

অনিমক চৎখি)

## রাবালীদা সাগরসিংহগী লৈফম্

( সাগরসিংহগী মী থগা য়ু থক্লুনা হরাও তয়ামলি )

ডাকু ১—বা-বা ! কয়াদা হাউগ্রবা মহী। পূক্ থম্না হেক থক্ল-
বতদা অরাবা পুম্বা কাওই। কয়াদা মুংঙাইগ্রবা ঙসিসে।

ডাকু ২—সাবস। 'হা হা হা—... (নোকপা) ঙসিনা পেন্না
থকপা; হয়েংদি লুট তৌবা চংকদৌরিবনি। নখোয়স্থু পেন্না
থকউ। থকউ, ঙসিদি য়াম্না মুংঙাইথোক্কদবনি।

ডাকু ৩—ঐ য়াম্না মুংঙাইরে। লুট তৌদুনা শেল্ মূন্বা মী
হাংপা, অদুগা য়ু থকপা। হা হা হা...... (নোকপা)

ডাকু ২—হা হা হা...... মুংঙাইদ্রকো মরূপ! ইনাক খুনবা, শেল
পীয়ু। লমহেল্লগা মবুক্তা থাঙনা চোক। য়ারগনা ফুরগা
তোকপীবা, য়ারগনা হাত্তোকপা। মুংঙাইত্ররদা? হা হা হা...

ডাকু ১—য়াম্না মুংঙাই। মী মশা অনোয়বদি থাঙনা থিনবা য়াম্না
মুংঙাইদ্রকো। খুৎলাই ঊরাইবদ, য়াম্না মুংঙাই হায়মনি।
নত্রনে ভাঈ?

( বিজু ডাকু চঙলকই )

বিজু নখোয় কা হেন্না ঙাওমল্লে। চেকশিল্লু, সরদার লাকলে।

( বিজু চংথি। )

ডাকু ৩—বা ঙাওবা তোল্লসি। সরদার লাকলে হায়রে। ঐখোয়গী
সরদার শাওহনবা য়াবা নত্তে। ( ডাকুশিং পুম্নমক ঙাওরি

কৈরি তুমিন-তুমিন লৈ। সাগরসিংহ চংলকই। ময়ামগী মতো উরগা হাইকেৎ নোকই।)

সাগরসিংহ—হা হ হা…… নখোয় পেমবা থকএ। বস, থকউ। ওসি অসি চুংঙাইথোকউ। হয়েংদি খুঙং অদু নৈথাইদবা য়াদ্রে! লমহেনবা অঙ্গাংজগী মাচঙ মখৈ য়েন্দেম্ থরাক্ শোইবগুম্ শোইথগদবনি।

ডাকু ২—শোইগদবনি মবুক্তা থাওনা চোক-চোক্ খিনগদবনি।

ডাকু ১—সরদার, ঐনা ইনাক খুনবা অদু লোইথোকে। মখোয়গী উতোং থুগাইগে। ঐগী লাম্বানি।

ডাকু ৩—ঐদি থাওবু য়াওয়োই ইখুং অনি অসিনা মঙক্ থবৎ-থবৎ থদৎকে।

সাগরসিংহ—সাবাস! হা হা হা . চুংঙাইদা নখোয়গী নরা ভাবদি। চঙ জরকপা অতোনবা লাইরববুদি মতু তুবুম অমত্তা ভংহনবা য়াদে খওলত্রা? অদুগা লম্হেনবশিং অদুদি শুরু শুরু নৈথাইগদবনি।

ডাকু ২—অচুম্বনি সরদার, নৈথাইগদবনি; হাংকদবনি।

সাগরসিংহ—কদায়, ঐঙোন্দসু য়ু পীয়ু। পেমা-পেমা থক্লা ঐগী মবুক্সু পেলহনগে। মপুং ফানা চুংঙাইসি ওসিদি।

ডাকু ১—লৌবীসি সরদার!

(প্যাদাদা য়ু হৈরগা সাগরসিংহদা লান্শিল্লি। সাগরসিংহ য়ু থকই।)

সাগরসিংহ—সাবাস! নখোয়সু পেম্নবা থকউ। কয়াদা হাওরবা! হা হা হা……ময়াই কারবা য়ু। থক্পগী পেনবা নাইদবা ভরু ভরু ফজবা। হ হা হ:…… হায় অমুক্তা হৈয়ু।

ডাকু ১—( য়ু হৈরগা ) সরদার, য়াম্না লৈজরি, ওক্তি্রবমথৈ ফানবীয়্

সাগরসিংহ—হা হা হা......হায় অপঙ বা. য়ুবু ওক্পা নাইব্রা ?

( বিজু থুনা চঙলকই । )

বিজু—( মঙক্ নোন্দুনা ) সরদার।

সাগরসিংহ—ঐগী খ্বাইদগী চংশিরবা বিজু হাথু-হাথু চঙ্ক্পা করিগীনো ? লাও নংসু য়ু থকলো লাও। ঙসিদি মপুং ফানা সুংঙাইসি।

বিজু—সরদার, খুদোংথীবা অমা

সাগরসিংহ - খুদোংথীবা ! হা হা হা...... বিজু, কুঁৱর সাগর সিংহদা করিগুম্বা খুদোংথীব অমত্তা লৈতে।

বিজু—সরদার, ঐঃথোয়গী হয়েংগী থৌরাঙ্ কায়রে।

সাগরসিংহ—করি মরমগী কায়বা ?

বিজু—ঐখোয়না হয়েং লুট তৌগনি হায়বা সাহেবশিংনা খঙ্ক্ে।

সাগরসিংহ—খঙঙ্কসু ঐখোয়গী থৌরাংদি কায়রোই।

বিজু—য়াম্না লুর সরদার। ঐখোয়না লুট তৌগদৌরিবা খুল অদু সাহেবকী লাম্মীনা পুমকোয় কোয়ক্লে হয়েং অসি সরদারবু ফাননবা অরোনবা থৌশিনসু তৌরি হায়বা পাও কংলে

সাগরসিংহ - বিজু, মখোয়না ঐবু ফানবা থৌরাঙবা হা হা হা... নোকুম্বা ওমদে। অঙ্গ্রেজনা কুঁৱর ঐবু ফানবা থৌরাংবকো। সাগরসিংহগী ইতিক ইগুন্ খঙ্দবকো। হা হা হা...... ফরে বিজু, মখোয়না ওম্লগা ঐবু ফাজসু। হয়েং শোয়দনা

মকম্ অদু লুট তৌগনি। ঐনা ঐগী শেম্ থবা থৌরাংবু মখোয় কিবদগী হোংদোকপা কদৌমুংদা তৌরোই।
বিজু—অদুদা সরদার—(খরা চিংনরক তৌনা)
সাগরসিংহ—বিজু, নং য়াম্না কিংব্রা? অকিবা মথৈ লৈহো। নখোয় পুম্নমক্ লৈহৌরবসু ঐ ইথোমত্তা মকম অদুদা চংকনি।
বিজু—সরদার, বিজু অকিবা মশক্ থঙ্দবা মীনি। অদুক্ বা তানজবগী য়ানি। সরদারগী পুক্নিংনা লেপ্পীরবদি করিগী চত্তদগে। সরদারগী দমক্তা বিজুগী শয়েং পাথোম তিংজরি।
ডাকুশিং,—ঐখোয়সু সরদারগী নিঙ্বা থুংহল্লগনি। হয়েংমক শোয়দনা ঐখোয় থুল অদু নৈথায়গনি!
সাগরসিংহ—হা হা হা...... থুংভাইদা বিজু। অদুনি নিপামচা হায়বদো। কুঁরর সাগরসিংহগী কাংবুগী মশাদা অকিবা মচেং অমত্তা পক্তে। লাও, নংসু য়ু পেম্না থকউ। ঐসু ওক্তি, ঐগীসু হৈরকখো! নখোয় পুম্নমকসু পেম্না পেম্না থকউ। (বিজুসু য়াওনা ময়াম্ য়া-য়া নোক্নানা য়ু থকমিন্নৈ।)

অহুমশুবা ভ.পা

## থূঙ্গং অমা

(সাগরসিংহনা লুট তৌবগী মরাঙ্-মরাঙ্বা মখোন্ তায়। কপ্ লাওবা, ময়ক্ ময়কা নোংমৈগী মশোল্না পুমনিল

নিমি। খুঙ্গাশিং কিবনা কোয়চেন্ চেমি )

সাগরসিংহ—( মহুংদগী লাওরকপা ) বিজু, লমহেনবা নিপা অহু লেয়া থারুরগ্র। থুনমক্ লোইখোকলো, মাবু হাত্তোকলো। অঙ্গেজ সরকারগী মীচঙ চঙবা মীশ কু ঐখোয়গী য়েরুর্ন। খুদক্তা জমীন্দার অহুবী মখরার মাঙহল্লা।

বিজু—( মহুংদগী ) য়াম্না ফনি সরদার। ঐনা মহমক্ তৌগনি। হা হা হা......কমদৌই জমীন্দার সাহেব, হৌজিক্তি নথরায় মাঙলেদো।

সাগরসিংহ—( মহুংদগী ) সাবাস! হা হা হা......অদুনি বিজু। লাক্ও ঐগী ইনাক্তা। মীচম প্রজাশিং অহুদি করিমত্তা তৌবীররগম্ন।

( সাগরসিংহ অমসুং বিজু মায়কৈ অমমমদগী চঙ্লক্ই। )

বিজু—সরদার, য়াম্না নুংঙাইরে। লমহেনবমখৈ হাংলে।

সাগরসিংহ—ঐ য়াম্না নুংঙাইরে বিজু। নংগী থৌনা উবদা ঐ য়াম্না পেরে। মবুক ফত্রবা জমীন্দার অহুনা অঙ্গেজ সরকারদা হায়জিন্দুনা ঐখোয়বু ফানৈবা শীনবগী মরাল কংঙরবনি।

( খুঙ্গা থরা নুংশা মপী হোন্নহনা চেক্লকই। সাগরসিংহ উবদা কিরহুনা অমুক চেষ্টোকখি। )

সাগরসিংহ—ঙাইখো খুঙ্গাশা, চেনখিম্ন। ঐনা হায়রা ইম্ন। ঐগী ইনাক্তা লাও। ঐনা নখোয়বু হ ৎপা-তুপ্না অমত্তা তৌগোই। ঐনা হায়বা ইন্দহুন চেন্নকদি নথরায় মাঙগনি থঙঙ্। তারিবরা খুঙ্গা? নখোয়রুনি ঐনা হায়রিবসে।

( কিবনা থক্-থক্ নৌক্লবা খুঞ্জা খরা মথুং লোম্নরগা ভপ্পা ভপ্পা চঙ্লক্ই। )

বিজু—সরদার, খুঞ্জাশিংসে য়াম্না কিরে।

সাগরসিংহ—করিগী কিবা? কিগন্নু খুঞ্জাশা। ( খুঞ্জা অমগী মরেংবান পায়দ্রনা ) মশা অসে থক্ থক্ নাকলেরে। খুঞ্জা অদু কিদুনা খরা হন্দোকই ) কিগন্নু। ঐ নখোয়বু হাংলোই। কুঁৱর সাগরসিংহ অত্তোনবা লাইরববু হাত্তে। নখোয়বু হাংলগা ঐত্তোন্দা তোংজবা করিসু লৈত্তে। ঐনা হাৎপা লুট তৌদুনা অমাঙ-অত্তা থোকচল্লিবদি লম হেন্নবা শেঞ্জাও পায়বা অঙ্গেভগী মীচঙ চঙবা ইনাক খুনবশিংবুনি। ঐনা ভসি ঐখোয়গী খুল অ'স লুট তৌবদা নখোয়গী নরল-নথুম কয়াম মাঙখ্রে? হায়য়, মাঙখিবশিংদো হোইনা চঙ্খিনবীগে।

খুঞ্জাশিং—[ থক থক নৌক্লুনা ] হুজুর, ঐখোয়গী করিমত্তা মাঙচদে খরায়দদি কনবীয়ু। চানবীদুনা ঐখোয়বু খাদোকপীরো।

সাগরসিংহ—কিগন্নু খুঞ্জাশা! ঐনা নখোয়বু খাদোকপীরগনি। বিজু, খুঞ্জাশিং অসিগা চংমীন্নখো; লুপা খাউজাও অমা মখোদা পীবিখো। ঐখোয়না ভসি নৈখাইবা অসিদা মখোয়গী খরদি মাঙলমগনি। কিবদগী মাঙদে হায়না খুম্নিবনি।

বিজু—কনি সরদার। ময়াম্ পূম্নমক্ ঐগী ইত্তুং ইল্লকউ।

খুঞ্জাশিং—[ মথুং লোম্নদুনা ] চংচরগে হুজুর।

[ খুঞ্জাশিং য়াম্না কিনা বিজুগী মতুং ইন্দুনা চংখি। সাগর সিংহ মোমোন্ নোক্লুনা লৈহৌই।]

সাগরসিংহ—কয়াদা নুংশিপ্লবা খুঙাশিংনো? ঐবু কিবন চুম্না চংচবা ফাওবা ঙমজদ্রে। ( কোইয়েং য়েংলগা ঙক্না) সাহেব। সিকায় ডাক্তা। ময়াম পুম্নমক চেল্লো। ( য়াম্না কম্না লাওই) ( সাগরসিংহ চেন্‌গে ভৌই। সিকায় ময়াম্না নোংমৈ উত্তুনা সাগরসিংহবু কোয়শিল্লি। সাগরসিংহ করিস্তু খৌশাদনা ময়াথদা চপ্ লেপ্তুনা লৈ। কেপটেন ডনলপ চঙলকই। )

ডনলপ—সাগরসিংহ!

সাগরসিংহ ( খুমদে, ডনলপতা মীৎ শানা য়েংই। )

ডনলপ্—( শাওরগা ) সগরসিংহ, না পঙ্‌ন ওইবরা? ঐ বৃটিশ আর্মীগী ওফিসার্নি। থওইদবা ভৌব ওইগ্র। ফাঁসীবু কিবা ওইদবরা?

সাগরসিংহ—হা হা হা...... (করিস্তু খওইদনা নোকপা) সাহেব, ঐভোঙ্করা নংনা রা হংলিবদে?

ডনলপ্—য়েস. ঐনা নভোঙ্গা র হংলে। নংনা পাওখুম পীরা।

সাগরসিংহ—করি রা? ঐগী ইকাঙদগী করি খঙবা পাম্মী?

ডনলপ্—ঐখোয়বু কিদবা ওইবরা? হৌজিক্তি নংবু ঐনা গিরফ-টার ভৌরে। করিগী লম হেনবা ভৌরে? পিস থুগাইবগী ফাঁসী ভৌবা ওইবা তারে।

সাগরসিংহ—সাহেব, নখোয়দি ভরতকী শান্তিবু থুগাইদবরা?

ডনলপ্—করি হায়রে ডাকু?

সাগরসিংহ—সাহেব, নখোয় ডাকুবু কিদবরা?

ডনলপ্—করি ডাকু? কিবা? ইম্পোসিবল্। অঙ্গ্রেজনা ডাকুবু কিবা ওইদে।

সাগরসিংহ—করিগী হিত্রিবনো সাহেব? খরদি হিকম .থাংই।
নত্রবদি নখোয় অরাবা তাগনি।

ডনলপ—নো-নো, ইম্পোসিবল। ঐখোয় কুচু ভোবা য়ুটিশনি।
ব্রেক কলর ইণ্ডিয়ানবু ঐখোয়না কিদে। নখোয়না ঐখোয়ংবু
কিকম থোকই।

সাগরসিংহ—সাহেব, ঐস্ত নখোয়বু কিদে।

ডনলপ—করি হায়রে সাগরসিংহ? গিরকটার তৌবা ওইরবসু
লম য়াম্না হেনবা ওইরে। সিকাইশিং, মসি পুনবা ওইরো।
( সিকার অমমা সাগরসিংহবু পুনগে হৌই। সাগরসিংহনা
মমিং থানা য়েংলকপদা সিকায়দু কিহনা হন্দোকই। )

ডনলপ—করি ওইরে সিকায়? পুনবা ওইরো।

সাগরসিংহ—সাহেব, নং ঐবু পুনবা পাম্বরা?

ডনলপ—য়েস, গিরকটার ওহরগদি পুনবা ওইবা তারে।

সাগরসিংহ—ফৈ, পুল্লু সে।
( সাগরসিংহ মশানা য়ানা মথুং পুলহল্লি। )

ডনলপ—সিকায়, ডাকুবু পুবা ওই রা।

সাগরসিংহ—ডাইখো স'হেব।

ডনলপ—করি হায়বা পামলে?

সাগরসিংহ—ঐবু পুন্দিবসি কদায়দনো?

ডনলপ—ওঃ ইয়ু য়ান্ট টু নো। জেলদা পুবা ওইগে। মরাল
লৈবগী ফাঁসী তৌবা তারে।

সাগরসিংহ—কৈ সাহেব! ঐবু কাদুনা পুন্নিবা য়ৌনা কবা সাহেব নহাক্কী নঙ্গিং ঐনা খঙবা পাম্মী।

ডন্‌লপ্—খঙবা ওইরো। মাই নেম্ ইজ ডন্‌লপ্।

সাগরসিং—মিষ্টর ডন্‌লপ্, ঐবু মকম অসিদগী পুন্নিবৈগী মমাঙদ নকাক্কা রা খরা ৱাঙনবা পাম্মী।

ডন্‌লপ্—য়েস, হায়রো। ঐনা টাইম্ পীরে।

সাগরসিংহ—ঐবু কাদুনা পুবগী মরম্ খঙবা পাম্মী।

ডন্‌লপ—মন্থ নশানা খঙ্বা ওইরে! ডাকুগী থবক তৌরে। লুট তৌরে, মী হাৎলে। নংগী নরাল্ লৈরে।

সাগরসিংহ—সাহেব, ঐনা ডাকুগী থবক্ তৌদুনা লুট তৌরে, মী হাৎলে অসিনিনে?

ডন্‌লপ্—য়েস, মদু ওইরে। নং দণ্ডি ফংবা তারে।

সাগরসিংহ—কৈ সাহেব, নংনা পীবা দণ্ডি ঐনা হরাও হরাও য়াগনি। ঐবু কাবা ওস্বা সাহেব নখোয়গী নথৌনা হাইবেং থাগৎপা ময়াই।

ডন্‌লপ—য়েস, নংনা চুম্না হায়বা ওইরে সাগরসিংহ। সাহেব ঐখোয় তারীক তৌবদা মত্তিক্ চাবা ওইরে।

সাগরসিংহ—চুম্মী সাহেব। ঐনা নংবু থাগৎলি। অদুগা ঐ রা অমদি হায়বীগে।

ডন্‌লপ্—য়েস হায়রো। করি হায়বা পামলে?

সাগরসিংহ—নখোয়না ঐবুদি কারে। অদুবু চেক্‌শিন্নৌ সাহেব

ডন্‌লপ—করি হায়বা ওইরে? ঐ খঙ্বা ওইদ্রে।

সাগরসিংহ—নখুৎ চল্লবা সাগরসিংহ ঐঙোন্দগী নশা কঙ্গৌ হায়-
বনি তরাই-তরাই থোশাদবা ভোগৎ। মীকুপ-নাঙ্গম্ শেঙ্গো

ডন্‌লপ্—সাগরসিংহ, নংনা থাম্না লাম্না হায়রে। নংদি ঐখোয়না
গিরফটার তৌবা ওইরবনি।

সাগরসিংহ—চুম্মী সাহেব, ঐ নখোয়গী বন্দীনি। অদুবু ঙসিদগী
সাহেব নখোয়গী নথরায় ঐগী খুবাক্ ময়ায়দা লৈরে হায়-
বসিদি কাওগনু। ফরে, হৌজিক্ ঐবু পুনিংবা মফমদা
পুরো। পাঙ্‌থোক্‌নিংব থবক্ পাঙথোকলো।

ডন্‌লপ্—নংনা অদুম্না হায়বা ওইরগা ঐনা থাশোকপা ওইগদবা
নত্তে।

সাগরসিংহ—মিষ্টর ডন্‌লপ্, ঐনা নঙোন্দা থাদোকপীয়ু হায়গদা
নত্তে।

ডন্‌লপ্—চুম্মী, নংনা হায়দে। লম্ চেন্‌বা ডাকু, নং হেঙ্
তৌবা তারে।

সাগরসিংহ—( ডন্‌লপ্‌তা মমীৎ থানা য়েংলগা ) কৈ সাহেব।

ডন্‌লপ্—সিকায়, মাবু পুরো।

( সাগরসিংহবু পুদুনা ময়াম্ থোকখি। ঙহক্ লৈরগা খুঞ্জা
অনিথক থাউজাও অমা পায়রগা চঙ্‌লকই )

খুঞ্জা—ইস ঙসিগীদো, মানা ঙসায় ঐগী লেংবান্ ছাপ্ পায়-
বদো ঐ থক্-থক্-থক্ হেক নীকপনিনে। মীচুনককা
অমত্তা য়াওদে। ঐখোয় যমগী লৈব কুগী, হল্লকলবনি।

খুঞ্জা ২—ঐমু ঙসিদি লোইরেদনা থল্লবনি। অদুবু মহাকসি
থল্লুরগদি দুংশিরকই!

থুঙ্গ্রা ১ –উম; নুংদি নুংশি; অদুবু কিখ্রেদা সত্য।

থুঙ্গ্রা ২ – কিখ্রে কিখ্রে। মমীৎ অনি অদুনা শগুত্রিক য়েংলকপদুদি হাই-হাই, অদুম তুম্নগদবোই নীংই। মহাক অসে অসুক্কী মতিক করে, অদুক্কী মতিক থোক্তালমু ঐ। মানা হায়বহৌবা—লাইরবা নখোয় হাংলাই; নুংশি, শেলদুম লৌ-জহো। অহানবদা ফাগী ওহৈরবোই নীংই, অদুবু চায়না পীরম্মীনে।

থুঙ্গ্রা ১—অমরোমদদি মহাক ডাকু ওইরবসু ধর্ম কায়দবা জাংনি। ঐখোয়গী খুলগী মবুক ফত্তবা জমীন্দারদো ভসি মানা হাং-ত্তোকখ্রে লাইরবা ঐখোয়বুদি করিসু তৌবীদে। শেল থরদুম পীরম্মা। ঐদি মপোক মপোক খুদিংগী ইনাকখুনবা ওইনা পোকচরোই! লাইরবগী মপোক অসিনা অসুম পেক্লরে।

থুঙ্গ্রা ২ –ঐসু লাইরবগী মপোক্তদা পোকচগে। থরায়দবু শিত্রবদি লাইরবা ওইজসঙু। ঈশ্বরদা থোজ্ঞানথীনা ডাকু ওইরবসু শেল হেক মপীরম্মী। মাগী মতৌ অসিনা ভুসি মহাক কাথিবদো থরা সুংডাইত্তে, কিবগী হায়ক্করবদি অমরোমদা কাথিবনসু কৈ।

থুঙ্গ্রা ১—কৈ-কৈ। ঐখোয়বুদি করিসু তৌদ হায়ববু মাগী পাউ তাবদা মীহুনকক্না অমত্তা য়াওদে। মাগী মীনা ওসায় মী হাংপদো—ইস, কিখ্রেদা। কয়াবা তমথীনা হাংখ্রবা।

থুঙ্গ্রা ২—হুম, মাগী য়ারীসে ত্তোক্লসি। অকিবও-মুংশিবও, য়ারী

শাবগী লোইবা নাইরয়োই। মানা পীরবা শেলসিঙ্গম য়েন্থে ক্রক্রসি।

খুগ্ৰা ১—করে, অম্বায়দা ভৌক্ত্অসি। মী উথিনসি। আদা!

খুগ্ৰা ২—করে, চৎসি। ( অমিমক চৎথি )

---

মরিশুবা উংপা

## জেল মনুং

( ডকু সাগরসিংহবু য়োক্সিলংনা পুন্দুনা থমলি। শক্ত্ৰী অনিনা মাবু শঙলি। জেলগী দারোগা বখ্শীশ অলি কমিশনার স্কীন অমসুং গার্ডনগা লোয়নবা চংলকই। )

বখ্শীশ—সার, সাগরসিংহ হায়রিবা ডাকু অমু মসিনি।

স্কীন্—য়েস, আই নো ( সাগরসিংহগী মনাক্তা চঙশিন্নগা ) ডাকু, নংগী করি মিং কৌবা ওইরে?

সাগরসিংহ—( করিমত্তা খোশাদনা ) নহাক খঙব্রা?

স্কীন্—করি হায়বা ওইবরা?

সাগরসিংহ—সাহেব, নহাক ঐগী মিং খঙব্রা?

স্কীন্—খঙবদি ওইবে। নংগী নচৌন্দগী ভাবা পামলে।

সাগরসিংহ—সাহেব, নহাক্তা পায়বদি হায়বীগে। কুঁবর সাগর সিংহ কৌই। অকাওবা ডাকুনি।

স্কীন্—য়েস, ঐনা কজনা খঙলে। নং অকাওবা ডাকু ওইরে। নংগী দৈকম' কদায়দা ওইরে? ঐ খঙবা পামলে।

সাগরসিং—য়ারলীদা; বরুআসাগরদগী কোস মঙা তরুকলোম লাপ্না মকমদা।

স্কীন্ - নংনা করিগী য়াম্না কত্তবা ডাকুগী থবক্ তৌবা ওইরে?

সাগরসিংহ—ঐনা পামজবনা। মসিদগী হেন্না চাউবা থবক ঐনা ফংদে।

স্কীন্ - করিগী ফংবা ওইদে। য়াম্না চাওবা থবক লৈবা ওইরেনা। ঐখোয়গী আর্মীদা করিগী থবক তৌদে? তলবসু য়াম্না ফংবা ওইনি।

সাগরসিংহ - ঐ তলব পামদে। শাগেগী ইজ্জৎ পাম্মী!

স্কীন্ - করি হায়রেনা? ঐনা খঙবা ওইবীত্রে।

সাগরসিংহ—ঐগী শাগে-নাত্তেগী মী পুন্নমক অচৌ-অচৌবা কমতা ওইদুনা লাকপনি। নংগী করিসু লৈতবা সিকায় মচাগী কম অ'স ঐত্তোন্দা করি কান্নগনি।

স্কীন্—করি হায়রে নহাক? তপ্না তপ্না নহাক নায়ক, হবিলদার সুবেদার ওইবা ঙমলে।

সাগরসিংহ—সাহেব, ঐগী ইপা-ইপুদি সিকায় লিশিং-লিশিংগী মকোক ওইনা হৌরকপনি। অদুগুম্বা অচৌবা সেনাপতিগী ইমুংদা পোকপা ঐনা নখোয়গী হবিলদার সুবেদার কদৌনগনি।

স্কীন্—ওঃ খঙবা ওইরে। নং জেনেরেল ওইবা পামলে।

সাগরসিংহ—সাহেব, জেনেরেল ওইববু অরুবা থবক্রা? মহৌদি য়াম্না লায়থ্রবা য়ানি।

স্কীন্—করি হায়রে নহাক ? তেনেরেলদগীসু হেন্না চাওবা পায়ে !
সাগরসিংহ, ঐনা হায়বা চূমলে ?

সাগরসিংহ—সাহেব, মিং মতেৎ কৌগনু। ঐ সাগরসিংহ নত্তে, কুঁৱর সাগরসিংহনি।

স্কীন্—ওঃ আই এম সোরী, কুঁৱর সাগরসিংহ। ঐ না হায়বা ওইরে। নং শাওবা য়াদে। ঐখোয়গী আইন্না হায়রে, মরাল লৈবা মীদি ফাঁসী তৌরে। বিচার তৌবা লোইবা ওইরগা নংসু ফাঁসী তৌবা তারে।

সাগরসিংহ—করি হায়বা সাহেব ?

ডন্‌লপ—নং নরাল লৈরে। অদুনা ফাঁসী তৌবা তারে।

সাগরসিংহ—করি সাহেব ? ঐবু ফাঁসী তৌবা তারব ? হা হা......( ইশি শিনা নোকই। )

স্কীন্—করিগী নোকলে। কুঁৱর ?

সাগরসিংহ—করিগী ইতোমতমক ফাঁসী তৌগদৌরিবনো ?

স্কীন্—ও! কুঁৱর, নং মদু খঙবা পামলে। নংবু ঐখোয়না এরেষ্ট তৌরে। হায়রো, নংগী ডাকু অতৈ কদায়দা লৈরে ?

সাগরসিংহ—সাহেব, ঐগী মরূপ ডাকুদি য়াম্না লৈ। অদুবু মখোয়দু খঙলগা নঙোন্দা করি কান্নগনি ?

স্কীন—য়াম্না কান্নবা ওইরে কুঁৱর। মখোয়গী লৈকম হায়রো। মমিং তাক্লো।

সাগরসিংহ—সাহেব, ঐগী মরূপ ডাকুশিংগী মরমদা নখোয়দা করিমত্তা হায়দোক্লোই। অদুবু করিগুম্বা ঐঙোন্দা কান্নগদবা লৈরবদি হায়দোকপসু য়য়াই।

স্কীন য়েস, হায়রে' কুঁৱর। নচোন্দা কাপ্পবা ওইনি। নংনা ঐখোয়গী মী ওইদুনা ঐখোয়গী মতেং পাংবা ওইরবদি নংবু থাদোকপা ওইনি। য়ীরাদ কংনি। ঐখোয়না নংবু য়'ম্না-য়াম্না ওঁনরসু তৌনি।

সাগরসিংহ—য়াম্না ফরে, সাহেব। ঐনা শোয়দনা নখোয়গী মতেং পাংগনি। অদুবু তৌজিক্তি ঐ য়োহ্লিংনা ইখোঙ ইথুৎ পুনবা অসিদা য়াম্ন ৱারে। অর ম-খোৱাংব পোকলে। ঐবু খরা পোত্থাহল্লু। ঐগী অরাম-খোৱাংবসু কোল্লগা, হংচাং চোকথবা ফরগা চয়েংসি অকুপ্পা মরোল পুম্বা লোইনা হায়দোকে। ওসিদি ঐবু মপুঙ ফানা পোত্থাহলো! অদুগা সাহেব ন্না অসি কনাগুম্বা অমত্তদা হায়দোকপা য়াদেকো। করিগুম্বা ঐগী মরুপশিংতনা থঙপ্রবদি নখোয়দা অকুপ্পা মরোল হায়দোক্ত্রৈদা মখোয়না ঐবু নারোন্দা লাক্লগা হাংলবা য়াই।

স্কীন্—য়েস, নংনা চুম্না হায়রে, কুঁৱর সাগরসিংহ। ঐনা নংবু বিশ্বাস তৌবা ওইরে। হৌজিক নংগী অরাবা লৈতবসু ওইরে। বখ্শীশ অলৌ।

বখ্শীশ—সার। (সলাম তৌই।)

স্কীন—ঐনা কুঁৱর সাগরসিংহবু বিশ্বাস ওইরে। মাগী পুনবা খরা কোমহনবা ওইরো। অহাও-অহাওবা য়াম্না পীজবসু ওইরো।

বখ্শীশ—য়েস সার। (অমুকসু সলাম তৌই।)

স্কীন্—কুঁৱর সাগরসিংহ; নহাক পোংথাবা ওইরে৷। ঐ অমুক মংবু উরবা লাকখিনি। (গার্ডনদা) মিষ্টর গার্ডন; লেট অস গো।

গার্ডন—য়েস মিষ্টর স্কীন।

(গার্ডনগ স্কীনগা চংখি।)

বখ্শীশ—কুঁৱর সাহেব, নহাকপু ঐখোয়গী সাহেবনা চানবীরে। ঐনা নংগী পুক্নিবসি থাদোকপীরগে।

(বখ্শীশ অলীনা সাগরসিংহগী পুক্নিবদু থাদোকই।)

সাগরসিংহ—দারোগা সাহেব, ঐ য়াম্না লামলে। কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমত্তা ঐগী চানবা করি করি থগা থোংহল্লু। ব্রাহ্মণ নত্রবদি য়ারোইকো।

বখ্শীশ—কুঁৱর সাহেব, ঐনা শোয়দনবা শীজগনি। ঐদি হায়দু মিঠাই-মুংঠাইনচিংবা অগাউবা য়াম্না পীজনিংবনি। অদুদা সাহেবশিংসিনা য়াদবদুদা উপায় লৈতবা হৌজিক্তি য়ারবনিনা য়াম্না পীজরনি। হকুম কংলেদন লড্ডু, বেরা, হলবা, মিঠাই—য়াম্না পীজরনি। ওহাকং তাইবীরমখো। ঐ লৌজরখিগে।

(বখ্শীশ অলী চংখি, সাগরসিংহ মোমোম নোক্লগা কয়দুনা লৈহৌই। ওহাক লৈরগা অচা-অথক য়াম্না পুরদুনা বখ্শীশ অলী চঙলকই।)

বখ্শীশ—পেমবা চারো কুঁৱর সাহেব। ব্রাহ্মণনা হৌবনি।

সাগরসিংহ—য়াম্না মুংতাইরে, দারোগা সাহেব ঐনা নংবু থাগংলি

বখ্‌শীশ—( শন্ত্রীদা ) নখোয় অশুম কুঁরর সাহেবপু শঙহৌখো হুমিদাং ওইশিন্নকে, ঐ চৎখ্রগে।

( বখ্‌শীশ্‌ অদী চৎখি। )

সাগরসিংহ—শন্ত্রীশা, নখোয়মু চানিংব্রা? চানিংলবদি লৌহুনা চাবা য়াগনি।

শন্ত্রী-কুঁরর সাহেব, ঐখোয় করিমত্তা চাজরোই। অবাং-অপা লৈব্রবসু ভাকপীয়ু। দারোগা সাহেবতা হায়জরগে।

সাগরসিংহ—হায়রুত্রবসু য়ারে, ঙসিগীদি ওক্রে। তুমবা তৌরগে।

( সাগরসিংহ চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা কক্লাংদা ঙাথহুনা তুমখি। শন্ত্রীশিংহু হাকাম রা-রা চন্না উইরম্বদগী খো-খো নাখোকুনা তুমখখি। সাগরসিংহ মীকপ থোকই; তাপ্পা কংলহুনা মীরৎ-নারৎ য়েংলগা তুমিন্না চৎখি। ঙহাক লৈ-রগা বখ্‌শীশ অদী চঙলকই।)

বখ্‌শীশ—শন্ত্রী! ( শন্ত্রীশিং ফুক ফুক হৌগৎলি। ) কুঁরর সাগর সিংহ কদায়দা চৎখ্রে?

শন্ত্রী—( ঙক্লা ) সিদা তুমহুনা লৈবনি, চেনখ্রেদনা।

বখ্‌শীশ.-উম; চেনখ্রে। ঐখোয় পুম্নমক শোয়দনা ফণ্ডি কংজগনি। হায়রিঙৈ ভাগ্নাসিদা কমিশনার সাহেব লাকলে।

স্কীন্‌—( মমুংদগী ) কুঁরর সাগরসিংহ, হাউ আর ইয়ু?

( স্কীন অমসুং গার্ডন চঙলকই। শন্ত্রীশিংনা সলাম তৌই )

বখ্‌শীশ—( সলাম তৌরগা ) সার; সাগরসিংহ লৈত্রে।

স্কীন্‌—( ঙক্লা ) লৈতবা ওইরে?

বখ্‌শীশ—য়েস, সার। সাগরসিংহ চেনখ্রে।

স্কীন্—( শাওনা ) চেনখ্রে ?

বখ্‌শীশ—সারগী হুকুম মতুং ইন্না পুনবা থাদোকচরে, পীক্ত পীথকলে। অদুগা শন্ত্রীশিংবু অদুম শঙহনজবনি। অদুবু তাঙ্গা য়েংলগা চেনখ্রমানলে।

স্কীন্—হুকুম। বস সেন্স, ঐনা করি হুকুম পীবা ওইরে ?

( স্কীন্না য়াম্না শাওনা বখ্‌শীশ অলীবু খোঃপাক্লা কাওই। বখ্‌শীশ অলী পুক্রে তুই। )

গার্ডন—বখ্‌শীশ নং থবক ফংতবা ওইরে। ওসিদগী নহাক থবক্তগী অলগ তৌরে।

বখ্‌শীশ—( মখুং লোম্নরগা ) সার, মতম্তদি তৌবীগন্নু। ঐনা থবক তোক্লবদি চুপী-অঙাং কনানা থাকপীগনি। ঐগী ইরাল লৈতে।

গার্ডন—নো-নো, মদু ওইবা য়াগ্রোই। দিসমিস।

বখ্‌শীশ—সার, হন্দক্তদি খোজানবীয়ু। ঐসে ইরাল লৈতবা তশেংবনি।

গার্ডন—করি হায়রে বখ্‌শীশ ?

বখ্‌শীশ—সার ঐগী ইরাল লৈতে। ঐবু ভাকপীয়ু। ঐবু থবক্তগী অলগ তৌবীগন্নু।

গার্ডন—করে বখ্‌শীশ, নং অলগ তৌরগোই। মতুংদদি য়াম্না চেকশিনবা ওইয়ু। শন্ত্রিশিংবুদি অলগ তৌবা ভারে। মখোয়দা ঐনা মসী পীবা ঙমলোই।

শস্ত্রীশিং—( সলাম তৌরগা ) সার !

গার্ডন—করিগী সার ?

( গার্ডননা মথুক্তা পায়রিবা লীচৈনা শস্ত্রীশিংদা ফং-ফং কল্লি। শস্ত্রীশিং চেনখি। গার্ডনগা স্কীনগসু চংখি। )

বথ্‌শীশ—( তপ্পা তপ্পা হৌগংলগা ) সাহেব, নখোয়গী পাপ্‌ চেল্লবা নখোঙ্‌ডুনা ঙসি ঐঙোন্দা কাওবকো নচেং চাহুনা নকমদা চঙজকম লৌবা মীবু অঙ্কক হল্লনা য়েংবা। ঙসি ঐগী খুং অসিদা থাঙ অমত্তং লৈরব্বা থোক্লবদি নখোয়বু মচেং-মচেং থোক্লা ককথংলমগদবনি। শস্ত্রীশিংগী মমাঙদা ঐগী ইজ্জৎ মাঙহনবা। ঙসি ঐ নখোয়গী চাকরী তৌবা মীনায়নি। মীনায় ঐনা সাহেব নখোয়বু মরু ফংনা চাক্লবা মৈ চুখংকে। ঝাঁসীগী প্রজাদা নত্তে, ভারত জনতাগী থম্মোয় দা অশাওবগী মৈরী চুখংকে। খঙলোইদরদো সাহেব ! নচেঙ চাহুনা হিংবা মীনাই ঐগী ইতিক খঙগদবা কুইদরে।

( শাওনা চংলি। )

---

মঙাশুবা উংপা

## রাবলীদা সাগরসিংহগী লৈফম

( ডাকু ময়াম চিন্তা তৌনা ফমহুনা লৈ। বিজু চঙলকই। )

বিজু—ময়াম পুম্নমক ঐখোয় করিসু রাফম লৈতে। চিন্তা থা-দোকসি : সরদারগীদমক্তা সাহেবশিংগী মথক্তা লমন থুমগনি।

ডাকু ১—অচুম্বনি, ঐখোয়না লমন খুমগনি। কুঁরর সাগরসিংহগী কাংবুনা অঙ্গে ভবু কিডুনা তুমিন্না লৈখোকই হায়রবসি য়াম্না ইকাইবা য়ানি।

ডাকু ২—ঐখোয়গী হকচাং অসিদা থরায়না লৈরিবমখেদি হুনগদবা কাংবু নত্তে। মখোয়গী ফাঁসীগী কোঙ্গোয়দগী ঐখোয়গী সরদারবু শৎকনি।

বিজু—সাবাস! মরুপশা সাবাস! ঐখোয় অসে কুঁরর সাগর সিংহগী মীনি হায়বদা মতিক চারবা ওাক্তনি। ঐখোয়না শোয়দনা জয় ওইগনি। জয় সরদার কুঁরর সাগরসিংহগী

ময়াম—জয়!

(সাগরসিংহ চঙলক্লগা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ। ময়াম্না মাবু উদে।)

বিজু—মরুপশা, হৌজিক ঐখোয় করম তৌসি হায়বা? অঙ্গেনগী মকমদা সরদারবু পীথোকই হায়না চে পীখিসি হায়বরা? নক্রগা পাঙ্গন্না হকথেংনবা সরদারবু লৌথোকনি হায়বরা?

সাগরসিংহ—(মামোন লোক্লহুনা) বিজু, হৌজিক ঐ লাকলে। চে অমসুং পাঙ্গলগী কায়বা লৈররোই।

ময়াম—(হরাওনা] সরদার!

বিজু—য়াইফরে সরদার!

সাগরসিংহ—য়াইফরে বিজু!

বিজু—সরদার, মতৌ করম্না মরুম অসিদা?

সাগরসিংহ—ঐগী লৌখিংনা সাহেবশিংগী মরোম্বা লোয়মগী উৎ চাইরম্গা লাকপনি।

বিজু—য়ায়া সুংঙাইরে সরদার। হৌরম খুদিংদা ঐংখোয়না জয় ওইগনি। হৌজিকমকসু ওইরি। ভগবতি ইমানা খৌ-জানবীসনু।

সাগরসিংহ—খৌজানবীবা ওইসনু। বিজু, ঙসি ঐ রা অমা হায়গে। নখোয় পুন্নমকসু তাও।

বিজু—হায়বীসি সরদার।

সাগরসিংহ—নখোয় পুন্নমক খঙও, ঙসিদগী হৌবা সাহেবশিংবু তমখীবা মওঙদা হাৎপা হৌরগদবনি। ভারতবর্ষদা অঙ্গ্রেজ হায়বা মমিং অসি থম্লোই; মরু কংনা মুথংকনি। মনিঙ তম্না নৈঙবা স্বাধীন রাজ্য করাবু মখোয়গী শুপ্পম শাসন মখাদা চিংশি-রে। অসিগুম্বা মবুক কত্রবা শুপ্পম শাসন্দা হৈনরবা মখোয় অসে ঐখোয়গী কনানো? য়েক্নবা।

বিজু—অচুম্বনি সরদার, অঙ্গ্রেজ ঐখোয়গী অগোবা য়েক্নবনি।

সাগরসিংহ—মাগ্নি, তমখীরবা য়েক্নবনি। য়েক্নববু মাঙহনবা ঐখোয়গী ইখৌনি। খোইদা তীস্ত্রোক লোংলগা লেমলৈ ঙা ফাবগুম অঙ্গ্রেজবু ঐখোয়না......খঙলব্রা? লৈবাকী কান্নবা য়েংব্রবা মশাগী ওইজবতা তাল্লবা শেঙ্গাও পায়বা জমীন্দারসিং অসে ঐখোয়গী তীস্ত্রোকনি মখোয়গী মরল-মথুম লুট তৌদুনা সাহেবশিংবু য়ায়া শাওহনগদবনি। শাওরবা সাহেবশিংনা ঐখোয়বু মাঙহোক্নবা লাকপদা ঐখোয়না মখোয়বু তমখীবা মীহাত্তা হাৎকদবনি। তৌবদদি ঐখোয় পুন্নমক চেকশিনগদবনি; ঙসিদগী ঐখোয়গী থৌরাঙ অমা

হোংলবনি। হায়গীদু নত্তে, তরাই তরাই খন্দোকপা যাদে। অহৃগা নোংমতা লুট তৌবসু লেপলোইদবনি।

বিজু—সরদারনা হায়বীরিবদু অচুম্বা ওাকনি। শেপ্পাও পায়বশিং অসে য়াম্না কন্নবা মীনি। প্রজাগী ঈ চুপলে, লৈবাকী মাও-নবা শীল্লে। মশাগী ওইজবা য়েংহৃনা অঙ্গ্রেজগী মীচঙ চঙলে। অসিগুম্বা লাইরবা প্রজাগী ঈ চুপ্পা মখোয় অসিসু অঙ্গ্রেজবু লোইশিনবদা য়াওহনগ্নবনি।

সাগরসিংহ—সাবাস বিজু। নংনা ঙমথং ওইবদি ঐগী চাও-খোকচনিংঙাইইনি। ঐগী আশা পূম্বা শোয়দনা নীংবা থুংগনি।

বিজু—সরদারগী য়াথং ঐখোয়না শোয়দনা পাঙথোকনি। হীরম খুদিংদা ঐখোয়না মায় পাকপা ওইগনি। জয় সরদার কুঁৱর সাগরসিংহগী—

ময়াম—জয়।

বিজু—জয় কুঁৱর সাগরসিংহগী—

ময়াম—জয়।

(ময়াম পূম্নমক হরাও-মুংঙাইনা রা-রা নোক্লুনা লৈ।)

[ তপ্পা-তপ্পা কিজঙ হায়জিনকই। ]

---

# অনিশুবা তাঙ্কক

## অহানবা উংপা

## ঝাঁসীগী কোনুং

(রাণীগী য়ুম্না তানবা অয়োনবা কানি। রাণী লক্ষ্মীবাই অরুবা রাখল অমা খন্বগী মওংদা কমদুনা লৈ মোতিবাই চঙলকই।)

রাণী মোতিবাই!

মোতিবাই—ইবেম্মা, করি ওইরবনো?

রাণী—নং হৌজিক খুদাবখ্শপু খরা কৌরকচো।

মোতিবাই—ফনি ইবেম্মা।

(মোতিবাই চংখি।)

রাণী—কয়াদা লুরবা তাংকমনো? অঙ্গ্রেজশিংবু লাকুবা কাওবা ওমত্রবা মতম অসিদা ডাকুগী ইরাং অমসু অমুক য়াও-শিনরুবা।

(খুদাবখ্শ চঙলকই।)

খুদাবখ্শ—(মওক নোন্দুনা) রাণীজী, খুদাবখ্শ য়ৌরক্লে। করম্বা সনা-য়াথং তাকপীগদবা?

রাণী—চঙলকউ খুদাবখ্শ, নকমলাংদা ফম্মু। লুরবা রাকম অমা খরসি।

খুদাবখ্শ—সনা-য়াথং তাকপীসি ইবেম্মা। (ফমথৈ।)

রাণী—খুদাবখ্শ, ঐনা নংবু কৌবদি খোইদোকপা অতৈ য়ামমগী

নত্তে। চংলিবা থা অসি হুরান-চৈথীগী মতমদি নত্তে। অদুবু বরুআসাগরদা য়াম্না ত্তোয়না লুট তৌরে হায়বা পাউ তারে। মদুগী লুচিংবনা ডাকু কুঁৱর সাগরসিংহনা হায়রি। বরুআসাগরদা লৈবা সিফায়শিংনা মাবু লাকশিনবা ওমত্রে হায়না পাউ পারকলে। নংনা থুনমক মকম অদুদা চত্তুনা লমহেল্লবা ডাকু অদুবু নমথরুবা তাই।

**খুদাবখ্শ**—রাণীজীগী সনা-য়াথং মালেম লৈ'দা তাকহোই। ননাইনা শোয়দনংক পাঙথোকচগনি।

**রাণী**—খুদাবখ্শ, ঐগী অপাম্বদি নং ঙসিমক সিফায় কুনমচাথক পুদুনা বরুআসাগরগীদমক খোঙশানবা অসিনি হিংনা ওই-রবসু শিনা ওইরবসু মাবু ফাহুনা পুরক্কদবনি। ওম্নবদি হিংন ফারকপনা কৈ। থবক অসি নংনা থা অসিমগী মতুংদ পাংথোকপা ঙমগত্রা?

**খুদাবখ্শ**—রাণীজীগী সনা-য়াথং থুনা পাঙথোকচনবা হোৎনজগনি। অদুবু নোংজু-থা ওইবনা খুদোংথীবা থরদি ওইরে।

**রাণী**—সাগরসিংহদি নোংজু-থা অসিদা লুট তৌবদা খুদোংথীবা করিমত্তা ফংদরা?

**খুদাবখ্শ**—লৈবাক্কী মবেম্মা, থুপ্পাশিংনা সাগরসিংহগী লুট তৌবদা মাতং য়াম্না পাংথি। অদুনা মানা খুদোংথীবা অমত্তা ফংদনা লুট তৌই, অদুগা অশোঙবা উমংগী মথায়দা লোংখ। অসুম্না তাইজে।

**রাণী**—ঐনা থনবদা মহাক হৌঙ্গিক উমংদা লোৎলমলোই। মহাক্কী অয়োনবা লৈফম অমা লৈরমগনি। মফম অদুদা

মহাক লৈরম্বা য়াই। য়াম্না কুপ্পা মাগী অরোনবা লৈফম থিগদবনি। মাবু ফানবগীদমক ননিং তৌনা অপাম্বা সিকায় পুথিবা য়াগনি।

খুদাবখ্‌শ—ইবেম্মা, কুননডা অসিনকসু য়ামম্লে। কয়িগুম্বা খুদোং থীবা তারবদি থুনা পাউ থাজরক্কে।

রাণী—ফরে খুদাবখ্‌শ নং হৌজিক্কি খোঙশামবা থৌরাঙ তৌরুরো।

খুদাবখ্‌শ—ফনি রাণীজী, সনা-য়াথং।

( খুদাবখ্‌শ চৎখি। )

রাণী—মুন্দর।

মুন্দর—( চঙলক্লগা ) ইবেম্মা, করম্বা সনা-য়াথং ?

রাণী—বা অমা খন্নসি। ঐখোয়বু নোং মরক্তা, লৈখোম মরক্তা শগোল থৌবা ঙমলোইদরনে ?

মুন্দর—ঙম্মা য়াইনা ইবেম্মা। পূম্নমক হোৎনরবদি ঙমকম থোকই।

রাণী—চুম্মী মুন্দর, পূম্নমক হোৎনরবদি ঙমকম থোকই। থবক খুদিংমক হোৎনবগী মথা পোনবা ডাক্তনি। হৌদিক অসি অরুবা তাংকম অমনিনা হীরম খুদিংমক থুনা তম্বা তাই।

মুন্দর—ইবেম্মগী সনা-য়াথংনি।

---

## রাবলীগী জঙ্গলদা সাগরসিংহগী লৈফম্

( সাগরসিংহ ফমদুনা লৈ। বিজু থুনা প্রপ প্রপ চঙলকই।)

বিজু—সরদার, ঐখোয়গী লৈফম অসে সিফায়না পুমকোই কোয় শিনখ্রে।

সাগরসিংহ—সিফায়! হা হা হা...... ঐখোয়গী থুদোংচাবা তাঞ্জানি বিজু। সাহেবশিংবু ইনিঙ তৌনা হাংলগদবনি।

বিজু—সরদার, মখোয় অদো সাহেবকী সিফায় মান্দে।

সাগরসিংহ—অরোনবা ফিজেৎনা লাকপা ওইরমগনি। অসেংবা শিং অসে য়াম্না লৌনম চাওথ্রবা জাৎনি। অদুবু ঐনা ভক-পদি নোংজু-থাগী লম্বী-খোং ফৎথিত্রবা মতম অসিদা ঐবু ফাগে খোরাংলিবসিনি। কৈ, ঐখোয়সু খোরাঙ নিংথিনা তৌগদবনি।

( ডাকূ অমা চঙলকই। )

ডাকূ—সরদার, দুত অমা লাকই। সরদারবু উন্নবা পাম্মী হায়রি।

সাগরসিংহ—দুত! কৈ, দুত অমগী হৌনবী ব্যবহারগা লোয়ননা মফম অসিদা থাজিল্লকউ।

( ডাকু চংথি। )

বিজু—সরদার, দুতককাসু থারকলি।

সাগরসিংহ—থারকলি-থারকলি, করম্বা কনাগী কাংবুবু ওইরিগবা? য়েংবা তারেদনা!

বিজু—অদুবুদি সরদার, খঙগদবা ঙগাক্না মঙায়রে।

(ঝাঁসীগী সিকায় অমা দূত ওইনা চঙলকই।)

সাগরসিংহ—দূত, নহাক কনাগী কাংবুনো ?

দূত—কুঁৱর সাহেব, ঐ রাণী লক্ষ্মীবাইগী সিকায়নি। মকম অসিদা খুদাবখ্শনা লূচিংহনা লাকপনি।

সাগরসিংহ—নং ঐঙোন্দা করি হায়বা পাম্মী ?

দূত—সেনাপতি খুদাবখ্শনা রাণী লক্ষ্মীবাইগী মায়কৈদগী অসুম্না হায়রক্লি। "কুঁৱর সাগরসিংহ, নহাক্না প্রজাগী মরল-মথুম লূট তৌদুনা লৈবাক ইরাং থোকহল্লে। অন্যায়গী থবক তৌরবনিনা নহাক মরাল লৈরবা মীনি নংবু ফাদুনা দণ্ডি পীবনা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনি। নখরায় মাঙনিংঙ্রবদি খুৎলাই থাদোক্কুনা রাণীগী মকমদা চংলকউ।"

সাগরসিংহ—হা হা হা...... দূত, নখোয়গী সেনাপতিদা ঐগী পাউ অমূক তয়্চো। কুঁৱর সাগরসিংহদি কনাগী মকমদসু চঙজদে। নখোনা লৈরগা ঐবু ফাজো। অদুগা নখোয়সু নখরায় মাঙনিংঙ্রবদি মকম অসি থাদোক্কুনা থুনা চৎপ্রো। চৎলো দূত।

(দূত চৎখি।)

সাগরসিংহ—বিজু, মখোয়গী তোপ য়াওরকপা উবরা ?

বিজু—য়াওরক্কে সরদার।

সাগরসিংহ—অদুদি যাম্না ফরে।

( সাগরসিংহ কন্নমবদগী ফুক হৌগৎলগা থুবাক অহুমলক থূয়। ডাকু পুন্নমক চঙলকই।)

সাগর সংহ—মখোয় পুন্নমক তৌরিবা ইরাংসি খঙলেদনা। নিং থিনা খোরাও তৌ। হৌজিকমক মখোয়গী মথক্তা গুলীগী খোং চুশহনগদবনি। চংলো।

( বিজু অমসুং সাগরসিংহ নত্তনা ডাকু পুন্নমক চংখি।)

বিজু—সরদার।

সাগরসিংহ বিজু, নংসু চৎলো। করম তৌরি য়েংলুসো। পোরম নিংখিনা শীল্লু।

( বিজু চংখি. খোংমৈগী মখোলনা পুমনিংস নিল্লি। থুনা বিজু অমুক চঙলকই।)

সাগরসিংহ—করম তৌরি বিজু ?

বিজু—সরদার, হৌজিকনক্তি ঐখোয়গী মী অমত্তা ফাওবা শোক্কে মখোয়রোমগীদি অমা অনি ঐখোয়গী গুলীনা পানবা য়াওরমার।

সাগরসিংহ—য়াম্না কৈ।

( খুদাবখ্শকা সিফায় অমগা থাঙশাং অমমম পায়দুনা চোং শিল্লকই। সাগরসংহ অমসুং বিজুনা নাকন্দগী থাঙশাং শৎলগা ভাকই। উহাক মুক্কবা মতুংদা খুদাবখ্শ অমসুং সিফায় অহু শোক্লা তুহৌই। সাগরসিংহগা বিজুগা চেনখি।)

সাগরসিংহ –( মহুংদগী ) ময়াম পুন্নমক চেংলো।

( ৰাঁসীগী সিকায় মথায় চেনশিল্লকই । মরনা ডাকুশিং তাম্নখি, খরমা অশোকপা অঃ হুনু কোমখৎলি । )

সিফায় ১—ইস, ঈ রাম্না থোক্কে। পুনশিন্নবা অমুক্তা তৌসি।

(সিকায়শিংনা খুদাবখ্শকী মথুং অমন্নুং কৈগম্বা কি য়েংলি। সিকায় অহুগীনা মকোক্তা য়েংলি। )

সিফায় ২—সেনাপতি হৌজিক কাওবা জ্ঞান তাদরি। শণ গাড়ী অমা থৌরাঙ তৌরগা খুনা বরুআসাগরদা চৎনবা তৌসি।

সিফায় ১—করে, মহুনা খরা খুদোং চাগনি; চৎসি।

( অশোকপশিং পুংনা সিকায় পুন্নমক চংখি। )

---

অহুমগুবা উৎপা

## রাণীগী বা তামকম অয়োনবা কা

(রাণী মোতিবাই অমদি মুন্সরগা লোয়ননা চঙলকই।)

রাণী—সেনাপতি খুদাবখ্শকী পাউ অমত্তা তসি কাওবা তার্বা কংগ্রে। করি তরম তৌরমগবা?

মোক্তিবাই—ইবেম্মা; সেনাপতি খুদাবখ্শ অথৌবা নিপা অমনি। অথৌবা নিপা অমগী তৌকম থোকপা মথৌ অহু মহাক্না শোরক্না পাঙথোক্লমগনি।

রাণী—হোয়, ঐস্নু অহুমদি থাজৈ।

( সিফায় অমা চঙলকই। )

সিফায়—রাণীজী, বরুআসাগরদগী সেনাপতি খুদাবখ্শগী মনাক্তগী সিফায় অমা পাউ পুরকুনা থুংলরে।

রাণী—মহাকপু থুনা থাজিল্লকউ।

সিফায়—রাণীজীগী সনা-য়াথং।

( সিফায় চংখি। অতোপ্পা সিফায় অমা অমুক চঙলকই। )

সিফায়—( ঙক নোম্নুনা ) লৈবাক্তী মবেম্মা! ননাইনা বরুআ-সাগরদগী পাউ পুরকলি।

রাণী—( কম্ফমনা কয়না ) করি পাউনো? মরিক চুম্না ভন্নু-ভাসি।

সিফায়—রাণীজীগী সনা-য়াথং মতুংইন্না ননাই ঐখোয় সেনাপতি খুদাবখ্শনা লুচিংজুনা ৱারণীদা লৈবা সাগরসিংহগী লৈকমদা সাগরসিংহগা ঐখোয়গা লোংমৈ কাপনৈ। লানকম অদুদা সেনাপতি খুদাবখ্শ অমম্নুং সিফায় তরেং শোকলে। ঈশ্বরগী থৌজাল্লা শিবমক্তি থোক্তে। ডাকু সাগর সিংহ মাগী কাংবুগা লোয়ননা চেনথ্রে। ঐখোয়না মাবু ফাবা ঙমহোত্রে।

রাণী—( ঙল্লা ) চেনথ্রবা! হায়য়ু লাম্মী, খুদাবখ্শ কয়াম থীনা শোকলে?

সিফায়—সেনাপতিগী পাম্বোম অমদি কাইগন্দা থাঙনা থরা শোক্লে। করিস্নু থোইদোকপদি ভৌরোই হায়না নিগমৈ।

রাণী—অতৈ থোইদোকপা খুদোংথীবদি লৈতেদনা?

সিফায়—অহোয়, করিস্নু থোইদোকপা খুদোংথীবা লৈজদে।

রাণী—কয়ে লাম্মী, নহাক হনখিবা য়ারগনি। হয়েংমক ঐ বরুআসাগরদা লাকনি। ইশামক্লা রাৱলীদা চম্ভুমা ডাকু সাগর সিংহবু কাগনি। সেনাপতিগী য়াইকনবগীদমক ঐনা লাই নিঙলি হায়না খুদাবখ্‌শতা তম্মু।

সিফায়—সনা-য়াথং।

রাণী—কয়ে অচুদি, নহাক ঙসিমক বরুআসাগর তাম্না হনব্রো।

( সিফায় চৎখি। )

মুন্দর—ইবেম্মা, হয়েংগী বরুআসাগর লেঙবা অসেননাই ঐখোয়স্ন য়াওজগে।

রাণী—উম, নখোয়স্ন ঐগা লোয়ননা চৎকদবনি। হয়েংগী মুমিত্তা ঐনা সাগরসিংহবু শোয়দনা কাগনি।

মোতিবাই—ইবেম্মা!

রাণী—মোতিবাই, নহাকস্ন ঐগা লোয়ননা চৎকদবনিকো। সেনাপতি খুদাবখ্‌শকী সেবা তৌববগীদমক নহাক চত্তবা য়ায়বনি। মহাক্লা মতম কুইনা হেক কুন্দুনা লৈব্রবদি ঝাঁসীগী খুদোংথীবনি।

মোতিবাই—ইবেম্মা, ঐস্ন শোয়দনা সনা-খোঙলেঙবদা তুং ইগগনি। সেনাপতিগী সেবা তৌবদা নত্তে; ডাকু সাগর-সিংহ কাবদস্ন ইবেম্মগী তুং ইগুনা ঐস্ন ঐগী তৌফম খোকপা খোরাং য়াজগনি।

মুন্দর—( নোক্লগমা ) নহাকী অচুত্তবু কননবা সেবা তৌজো। সাগরসিংহ কাবদা নহাক য়াওব্রবস্ন য়াই। সেনাপতিদুদবু

থরা থুনা ফনমবা হোৎলৌ। হি অনি তোংবদি অয়েংবদা ঈরাইদা। তাহনা ঈগারুজনি,

মোতিবাই—করি হায়নোনে সুন্দর? ঐগী কায়বতা য়েংহনা থোকপা তৌকম ইথৌবু থাদোকপা ভাবরবরা'ন?

সুন্দর—সেনাপতি খুদাবখ্‌শকী সেবা তৌবদি নহাক্কী তৌকম থোকপা নথৌ নত্রবরনে?

মোতিবাই—চুপ্পী, সুংশিজবা মহাক্কী পেন্নবা সেবা তৌবনা মুপী ওইবী ঐখোয়গী ইথৌনি। অদু ওইদুনস্থ রাণীজীগী তুং ইন্দুনা ইরৈবাক্কীদমক তৌগদবা ইথৌম্ব পাংথোক্কবা য়াত্রা? ঐতোন্দবু দ হায়রিয়ে, নংতম কাউজনি ইবেম্মা।

সুন্দর—ইবেম্মা, ঐখোয়বুদি কাউজদেয়ে।

রানী—(মোমোন্‌ নোক্লদুনা) চুপ্পী, কাউকম থে'কে। চুংশিবা অমদি তৌকম থোকপা অনিমক কাউবা য়াদে। ফরে, খোক্লো য়াকমহ। হৌজিক কাগীগী মতম নত্তে ঐ বা অমা হায়গে। চয়ে ঐ ইশামক সাগরসিংহবু থাম চৎকনি হায়বসি দীরান রঘুনাথসিংহদা পাউ পীখ্রে। মখোয় অনিমকস্থ চৎলে; মখোল অমদি থুংগু-মুংলাই পুমমক নিংশিংজবা থোরাং তৌরক্লো।

সুন্দর ইবেম্মগী সনা-খাথং।

(সুন্দরগা মোতিবাইগা চৎখি।)

## খিসনীগী জঙ্গল

(রাণী মোতিবাই অমদি মুন্দরগা লোয়ননা চঙলকই। মখোয় অহুমক লাম্নীগী কিজেং শেংলি।)

রাণী—জঙ্গল অসিদা হৌজিক সাগরসিংহ মশামক মাপী কাংবুগা লোয়ননা লৈরে হায়বসি ঐনা খাজবা য়াবা মকমদগী পাউ কংলবনি। জঙ্গলগী অকোয়বদা ৰাঁসীগী সিকায় পুম্নমক চেকশিন্না শম-শাহনা লৈরে। হৌজিক মানা চেনগদবা কদায়দনো? ঐখোয়সু মকম অসিদা কুইনা লৈখোকপা য়াদ্রে অস্বাইদা চংলগা হাপুক মরক্তা লোত্তুনা মখোয় খোরকপা ঙাইরুসি। মীৎ-না য়াম্না শিংগদবনি। চকশিনসি

(মখোয় অহুম্মক চংখি। অথাপ্নদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তায়। সাগরসিংহ থুনা চঙলকই)

সাগরসিংহ—হা হা হা......রাণীনা ঐবু ফাগদবগী খোরাওলিবা। হা হা হা...—মখোয়না মায়কৈ পুম্নমক্তগী নোংমৈ কাপশিন্নব্রি অদুবু ঐগী মীদি অমত্তসু শোক্তে। ঙসিগী মঙাং অসে ওন্থোক্লদি লূপ্রেদা। জয় ভগবতি ইমা! পুম্নমক নহাকী খোজালনি।

(য়াম্না নক্না নোংমৈ-কাপ্পগী মখোল তায়। সাগরসিংহ চং-খগে তৌই। মুন্দর চঙলকই।)

সাগরসিংহ—( মুন্দরদা মুন্না য়েংলগা ) নং কনানো হুপী? মকম অসিদনা কৈদোবা লাকলি?

মুন্দর—ঐ রাণী লক্ষ্মীবাইগী লোয়নবনি। ঐখোয় মকম অসিদা সাগরসিংহবু ফাবা লাকলিবনি।

সাগরসিংহ—হা হা হা......ঐবু ফাবা লাক্লিবা।

( মুন্দর নাকন্দা য়ানবা থাঙশাং শংলি )

রাণী--( নাকল অমরোমদগী চঙলক্লগা ) ঙাইখো মুন্দর।

সাগরসিংহ—( রাণীদা য়েংলগা ঙক্না ) নংসু?

রাণী—ঐ ঝাঁসীগী রাণীনি সাগরসিংহ নহাকপু ফাগে হায়দুনা লাকপিবনি।

সাগরসিংহ-হা হা হা......রাণী' নহাক্না ঐবু ফাবদি ওইথোক্তে।

( সাগরসিংহ চেন্দখিগে তৌই। রাণীনা নাকন্দা য়ানবা থাঙশাং শংলি। সাগরসিংহসু থাঙশাং শক্তুনা রাণীদা হাইথরকই। রাণীনা মাগী থাঙনা ঙাকই। মুন্দরনা মাগী থাঙনা কম্থরকপদা সাগরসিংহগী মখূত্তগী থাঙ তাই। সাগর সিংহনা চঙক্লরিঙৈদা ঙকশম তম্না মুন্দরনা থাঙ হায়শরকই। )

রাণী—ঙাইখো মুন্দর, মাবু হিংনা ফাগদবনি।

( সাগরসিংহ চেনথিগদবগী তৌই। রাণী অমসুং মুন্দরনা মাগী নাকল অনিদা থাঙ উত্তুনা থিংঙি। )

রাণী—সাগরসিংহ, নথরায় মাঙনিংত্রবদি লেঙগনু।

( মোতিবাই চঙলক্লগা সাগরসিংহবু পুন্নি। )

মোতিবাই—ইবেম্মা, ডাকু অতৈদি চেনখ্রে।

রাণী—চেপ্পখিসনু। কদাইদনো মখোয়না লোংকদবা? জঙ্গল অসিদগী চেম্বোকখিনবা মখোয়গী লম্বী লৈত্রবনি।

( ঝাঁসীগী সিফায় ময়াম চঙলকই। সাগরসিংহবু কোয়শিল্লি, সাগরসিংহ কৰিস্রু খোঁশাদনা লৈখোকই।

সিফায়—লেঙগনু, চেনবকা য়ারোই। চেল্লবদি নখুউ কাং কায়জনি।

সাগরসিংহ—( নাপল তৌনা ) ঐ চেনগে তৌবা নত্তে; চেনগদবা সাগরসিংহস্রু নত্তে।

রাণী—নখোয় থয়া হন্দোকউ। ঐ মাঙান্দা ৱা হংগে।

( সিফাংশিংদু থয়া-থয়া হন্দোকই। )

রাণী—ডাকু, নহাক্কী নমিং কৰি কাই?

সাগরসিংহ—কুঁবর সাগর সিংহ।

রাণী—কুঁবর অমা ওইরগা লুট-পাট তৌদুনা ফত্রবা লমচৎ অসিদা কৰিগী নথরায় অন্থুক য়াওরিবনো?

সাগরসিংহ—রাণীজী, ঐগী ইপা-ইপুশিংগী শাগেদি অচৌ অচৌবা নিংথৌশিংদগী কৰিস্রু হয়বা নত্তে। লম অমগী অধিকার পায়দুনা নিংথৌগুম্মা মনিঙ তম্মা পল্লম্বা ঙাক্তুনি। অদুবু অঙ্গ্রেজনা ভারতা লাকপদগী অহুঙম্বা নিংথৌগী অধিকার পায়রম্বা ইপা ইপুশিং অদো লোইনা লৈখা তাত্রে। অঙ্গ্রেজনা মচা মগু ওইবা ঐখোয়বুস্র মখোয়গী মথাদা নমথদুনা থমলে। মসিদা হুংঙাইতদুনা ঐনা ডাকু ওইবনি। ঐনা ৱাশক্লুনা হায়জরি—রাণীজী, ঐদি অতোনবা লাইরবা অমদি হুপীশিংদা

ওৎ-নৈদে। ঐনা লুট তৌবদি শেঙ্গাও পায়বা ইনাকখুনব-
শিংদনি।

রাণী—ইনাকখুনবসু লাইরবসু ঐগী প্রজা ওাকনি। ভারতা
লৈবা মী খুদিংমক অঙ্গেজগী প্রজা অমত্তা নত্তে। অঙ্গেজগা
শাওরগা ঐগী প্রজাদা তাইমবা য়াম্না লাল্লি। করিগুম্বা
নহাক্না ডাকুগী থবক অসি তৌরমদদুনা লৈবাকী য়াইফনবা
অঙ্গেজগী মায়োক্তা নথৌনা কনা চোংথোক্লম্লবদি ঐনা
নংবু থাগৎলমগদবনি। অদুদি নত্রদুনা অন্যায়গী থবক
তৌবনা নহাক নরাজগী মতুং ইন্না প্রাণ দণ্ড ফংলবনি।
তৌজিক প্রান-দণ্ড ফংলবা মীওই অমনা শিননবগীদমক শেম-
শাহনা লৈবা নত্তনা করি তৌনিংঙাই লৈরি।

সাগরসিংহ—রাণীজীগী মফমদা ঐগী হায়জবা অমত্তং।

রাণী—শিগ্রিঙৈগী মমাঙদা নংনা হায়নিংবা মথৈ হায়বা য়াগনি।

সাগরসিংহ—রাণীজী, ঐ ইশানা প্রান-দণ্ড অদু হরাও-হরাও
য়াঙরে। তৌবদদি ঐবু থাঙনা ইওক কজুনা নত্রগা
নোংমৈনা কাণ্ডনা হাৎপীয়ু। ফাঁসীদি তৌবীগনু। ঐবু ইওক্তা
থৌরী থুরগা ফাঁসী তৌদুনা হাৎপদি ঐগী ইপা ইপুশিংগী
নরক তাবনি। ঐগী শাগৈগী ইজ্জৎ মাংওবনি। অদুনা
ঐগী শাগৈগী ইজ্জতদি মাঙহনবীগনু।

রাণী—নংনা হায়জগদবা অদুনা লোইরব্রা?

সাগরসিংহ—লোইজরে; প্রান-দণ্ড পীনবিরো।

রাণী—কদিগুম্বা ঐনা নংবু হাত্তদুনা থাদোকপা থোকলবদি নহাক
করি তৌগনি।

সাগরসিংহ—ঐবু থাদোকপীরবদি মকম অসি থাদোক্তুনা চৎ-চখিগনি। ঝাঁসী অমদি মকম অসি নত্তবা অথাপ্পা অতৈ মকমদা লুট তৌরুগনি।

রাণী—ঐনা নংবু লুট তৌবা য়াদে হায়রবদি ?

সাগরসিংহ—অহ্ ওইরবদি রাণীজীগী ননাই ওইজবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈজদে। রাণীজীনা ঐবু চঙজকম পীনবীরবদি ঐগী ইতিক-ইগুণ অমদি ইথৌনা পুম্নমক অঙ্গেজগী মায়য়োক্তা ঝাঁসীগীদমক উৎপা ঙমজগনি।

রাণী—মহাক্কী মীশিংদি ?

সাগরসিংহ—ঐগী মীশিংসু সনা-য়াথং কংজরবদি লোইনা ঝাঁসীগী লান্মীদা য়াওহংজগনি।

রাণী—মথোয়দুবু ঐনা য়াত্রবদি ?

সাগরসিংহ—য়াবীদ্রবদি মানা-মানা থোকপা মকমদা লুট তৌবা চৎখিগনি।

রাণী—হৌজিক ঐনা নংবু থাদোকপা মতমদা নহাক কদায়দা চৎকনি।

সাগরসিংহ—ঝাঁসীদা চৎগনি। ঝাঁসীগীদমক্তা থবাক লোংনা য়াদনা অঙ্গেজবু মায়য়োক্লগনি !

রাণী—ঐনা নংনা হায়রিব পুন্না থাজদে হায়রবনি ?

সাগরসিংহ—ঐবু থাজবীয়ু রাণীজী ! পুন্না চেনবী গঙ্গা তুরেলনা চেনবা ভারত ভূমিদা পোকচবা ঐনি। পৃথিবী শোক্তুনা য়াশকচরি, গঙ্গা পন্দুনা য়াশকচরি, ঐনা ঝাঁসীগীদমক থবায় কৎচগনি।

রাণী—সাগরসিংহ, ঐনা নংবু থাদোক্লবনি। নং অমদি নংগী স্ত্রী পুন্নমক ঋাঁসীগী লাম্মীদা ওসিদগী য়াওরগদবনি।

( রাণী মশামক্তা সাগরসিংহবু পুন্নিবহ্ থাদোকই। )

সাগরসিংহ - রাণীজী, ননাই ঐহাক নহান মথৈ মীৎপাঙন পাঙনা উবা ফংজরমদে। ওসিদি মশক থোক্লা সংসার অসে উবা ফংজরে। ঐগী পূজিগী অনৌবা মীৎ ওসিদগী পাওরে। মহারাণী ইবেম্মনা ঐবু ওসি নৌনা অমুক পোকপীরে। ওসিদগী ইমা হায়না কৌজরগে। নচানা থকশি-খাসা নাইদন ওাওথিবা, লমচৎ ব্যবহার কায়থিবা পুম্বা ওাকপীয়ু। ইমা, নচা সাগরসিংহ লৈজরি ঋাঁসীগীদমক্তা নচাগী শয়েং পাম্বে.ম ত্তিংজরি। ঋাঁসীগীদতা নত্তে, ভারত ভূমিগী অঙ্গ্রেজবু তানথোকপা নচাগী ইশৌনি। ইমানা মীৎ থীংনা য়েংবীয়ু; ওসিদগী কুঁৱর অমগী হৌনবী থৌনা অহু উত্তুনা অঙ্গ্রেজবু শায়োক য়াজগে। ভারতকী লন-থুম মিগৌবা, লম করাম্বা অঙ্গ্রেজগী মমাওদা ভারত মচা অমনা মরৈবাকী স্বাধীনতাগীদমক্তা কদায় কাওরা মথৌনা উৎপা ওংগে হায়বহ্ নচানা উৎচগে। ঈ মরীক অমনা নচাগী শিংলিদা চেল্লিবমথৈ স্বরাজগীদমক্তা মায় ওন্দুনা লেপচরমগে। মসি নচাগী লেপ্পবা রাশক্তি। নচা ঐবু থাজবীয়ু।

রাণী—সাগরসিংহ, নংবু ওসি ঐনা ফংজবসে হায়নিংওাই লৈতনা হুংওাইরে। চংলো, নংগী মী পুম্বা কৌরুরো। নহাক্লা লাক্তিংবা কাওবা ঐ মকম অসিদা লৈরমথিগনি।

সাগরসিংহ—ইমা, মচা থুনা লাকচগে।

( সাগরসিংহ চংথি। )

সুন্দর—ইবেম্মা মহারাণী !

রাণী—করিনো সুন্দর ?

সুন্দর—ডাকু অসিবু করিগী থাদোকপীত্রিবনো ? মহাক অসিনি, বৃটিশনা ফাহনা থম্মগা জেলগী থোঙ থুদেক্লম্মগা চেনখিবনি।

রাণী—চিংনগনু সুন্দর, ঐনা য়াহুনা চৎহনত্রিবনি। মহাক কুঁৱর অমনিনা রাণক শোয়হনা ডাক্লকনি। অদুগা করিগুম্বা রাণক ডাকুবু জঙ্গল অসিদগী নাম্থোক্কুনা চেনবা ঙম্মোই। মোতিবাই, নহাক থুদাবখ্শপু মকম অসিদা কৌরকচে।

( মোতিবাই চংথি। সাগরসিংহ চঙলক্লগা রাণীবু খুরমই। )

সাগরসিংহ—ইমা, নচা লাকচরে। হেংবীয়ু আদা লেপলিবা মরামসে। পুরমক ঐগী মী ডাকনি। থাগী মরাঙদা লেপলিবা অসে ঐগী ঙমথংনি। মাগী কোলোয়না বিজু কৌই।

রাণী—সুংঙাইবে সাগরসিংহ। ঙসিদগী নংসু ঝাঁসীগী সেনাপতি ওইরগদবনি। বজুসু নংগী ঙমথং ওইনা অহুম লৈগনি নংবু ফাবা চৎপদা শোক্লকপা থৌনা ফরবা সেনাপতি থুদাবখ্শ হৌজিক নং উরবা লাকনি।

সাগরসিংহ—ইমা, সুমিৎ অহুদা ঐবা সেনাপতি থুদাবখ্শপু শোকহল্লমত্রবদি ঐ হিংবা ঙম্মলোই। হৌজিক ঐসু মহাকপু উরনিংলিবনি। ঐনা সেনাপতিগী মকমদা য়াম্না লানথ্রে।

( খুদাবখ্শ মোত্তিবাইগা লোয়ননা চংলকই। )

রাণী—খৱা করেদনা খুদাবখ্শ?

খুদাবখ্শ—ৱাণীজী ঈশ্বরগী থৌজাম্না ননাই করিসু থোইদোকপদি তৌজরে। অশোকপা মফম পূম্বা ভাইশিন্নে।

রাণী—খুদাবখ্শ, নমাঙদা লেপালিবা নিপা অসে মশক খঙব্রা? কুঁৱর সাগরসিংহনি। ঐনা মাবু থাদোক্লবনি। ঝাঁসীগী সেনাপতি কমথোনম্ব থিন্দোক্লবনি।

সাগরসিংহ সেনাপতি, ঐনা নহাকী নকমদা ৱাম্বা লানথ্রে। পায়মা পীবুকম্নুংদা কত্তা মলোম থম্বীৱম্ব। ঙসিদগীদি চান্নরসি। মরুপ মিঙ্গোনরসি।

খুদাবখ্শ-মরুপ সাগরসিংহ, ঐ ৱাম্বা সুংঙাইরে। ৱারৌ মলোম থমজদে। ঙসি কোরৌসুংদগী নহাকপু য়েক্লবনি থন্দরে, ঐগী চান্নরবা মরুপ অমা ওইরবনি।

সাগরসিংহ—মরপকী নুংশি ৱাহা ভাবদা ঐগী থম্মোয় অসি ঙমখৈ লৈত্তনা পেল্লে। অমুক্তা পেম্ব' কোম্নসি মরুপ।

খুদাবখ্শ—কোম্নসি মরুপ। মরুপকী পায়মনা মিঙবা থুংবীসি।

( খুদাবখ্শকা সাগরসিংহগা হত্রাওনা কোম্নৈ। )

রাণী—নখোয়গী চান্নবা মত্তৌ উবদা ঐসু ৱাম্না পেল্লে। হৌঙি কি ঐখোয় পূম্নমক ঝাঁসীগী মায়কৈ পাংলসি। সাগরসিংহ, নংগী মী পূম্নমক ঝাঁসী চংনবা য়াথং পীথ্রো। খুদাবখ্শ ঐখোয়গী লাক্ষীশিংগী য়াথংনা নহাক্লা।

নাগরসিংহ-ইমাগী সনা য়াথং। জয় ঝাঁসি রাণী ইমা লক্ষ্মীবাইগী মরাম—জয়।

( ৱাণীনা মমাঙ থারক্লনা ময়াম মন্নী মন্নী চংথি। )

মঙাশুবা উৎপা

## ঝাঁসীগী কিলা মথক

( অঙ্গ্রেজগা ঝাসীগগী লান। বিজুনা তোপ কাপলি।
সাগরসিংহনা মনাক্তা লেপলি। )

সাগরসিংহ—সাবাস বিজু! অদুনি নিপামচা হায়বদো। নংগী নখুত্তা অঙ্গ্রেজগী সিকায় কয়া-কয়া শিরবনোসে। হৌজিক্তি নং তোপ কাপ্পা লেপলো। ঐ অঙ্গ্রেজগী জেনেরেলগা রা ভাঙনগে

( বিজু তোপ কাপ্পা লেপ্পী )

সাগরসিংহ—( লাওনা ) জেনেরেল রোজ, ঐ নংগা রা ভাঙনবা পাম্মী।

রোজ—( মঙুংদগী ) হু আর ইয়ু? করি তৌবা পামলে?

সাগরসিংহ—ঐ নখোয়গী তমখিরবা য়েক্রবা ডাকু কুঁৱর সাগরসিংহনি। অসিনা ঝাঁসীগী সে াপতি। ঐ অসি ঝাঁসীগী সেনাপতি ওইরবস্থ সাহেব নখোয়গী নকমদদি হায়গী ডাকু অদুমকনি। ঐ নংগা রা ভাঙনবা পাম্মী।

রোজ—( মঙুংদা ) করি হায়রে ডাকু? টোকিং তৌবা পামলে। ঐনা ইঙ্গ্লজং পীরে। করি হায়বা ওইরে?

সাগরসিংহ—সাহেব, ফজরবা নখোয়না করিগী দমক পুন্য চেম্রবী ভারত ভূমীদা পাপকী থবক তৌরবিবনো? পঙদবা ঝাঁসী প্রজাশিংবু নখোয়গী খোঙনেৎ খাদা মীনায় ওইহনগদবগী

থৌরাঙলি। মহু থক ওইথোকলোই জেনেরেল রোজ। সাহেব, নখোয়না ঐখোয়বু অপঙবা প্রজানি; চাওখত্তবনি হায়না হঙ্কবা মীংয়েংনা য়েংলি। অপঙবা প্রজা ওইরবস্থু থম্মোয় পানবা জীবনিনা স্বরাজ মশক থঙই, মনিঙ তম্বা পাম্মী। মরৈবাকীদমক্তা থরায় থাবদা করিস্থু চিংনবা লৈতে নখোয়গী মীংয়েংদা অপঙবা প্রজা ওইরবা ঐখোয়না য়েক্কবা সাহেব নখোয়বু করিস্থু ওইনা উদে। ইরৈবাকীদমক্তা ঐখোয়গী থরায় কয়া মাঙহনখিসনু. অহুগা নখোয়গী থরায়স্থু লেম্না থারোয়। করিগুম্বা নখোয়না নথরায় পাম্মুরবদি থুনমক লানকম অসিদগী নমায় থন্দুনা চৎপ্রো।

রোজ—( মহুৎদগী ) করি হায়রে বাঁসী জেনেরেল? নং য়াম্না প্রাউদ ওইরে।

সাগরসিংহ—চুম্মী সাহেব, ঐনা ঐগী পোক্নকম লমদম ইরৈবাকী দমক্তা চাওথোকচৈ।

রোজ—( মহুৎদগী ) জেনেরেল সাগরসিংহ; ঐস্থু না হায়বা পামলে। অংদ্রজ ঐখোয়বু শাওবা ওইহনগন। সাহেব ঐথোয় য়াম্না কবা জাৎনি। ঐখোয়গী ইকমদা চৎকো। নখোয়গী রাণীদা লুপা য়াম্না পেন্সিল পীনি। নংস্থু ঐখোয়গী আর্মীদা য়াওবা ওইরো। নকম চাউনা থম্বীগে। তলব য়াম্না কংনি, য়াম্না সুংঙাইবস্থু ওইনি।

সাগরসিংহ—করি সাহেব? না অহু হন্দকমুক্তি হায়রে, মতু দদি অদুম্না হায়গন। বাঁসীগী প্রজাদা নখোয়গী শেলগী লৌনম

লাং চওদে। ঝাঁসীগী রাণী লক্ষ্মীবাইনা লম করাগা পুক কস্তুবা বৃটিশ নখোয়গী পেন্সিলবু পাম্বদগী পোক্কম লমদম ইরৈবাকপু রেক্কবগী মথুক্তা হরাও হরাও লাম্বোকই হায়রসিদি ওইখোক্কবনি। অদুগা কুঁৱর সাগরসিংহনা মশাগী ওইজবা অমদি শেলবু মিহোৎবনা মরৈবাকী মকমদা বিশ্বাস ঘাটক ওইদুনা অঙ্গ্রেজ নখোয়দা চওজগনি হায়বসিমসু নমণ্ডদা ফাওব ওইখোকনি থক্লমু।

রোজ—(মদুংদা) করি হায়রে ভারত মচা? নখোয় ঐখোয়না থবায় মাওবা পাম্বা ওইরে।

সাগরসিংহ—জেনেরেল রোজ, ঐখোয়না নখোয়বু কিদে। ঐখোয়দি ইরৈবাকীদমক্তা থবায় থাবা পাম্মী। সাগরসিংহ ঐ অসে নখোয়গী নোংমৈ গুলীনা পাম্মুনা ঈওাং পাক্কা ঈমু পাম্ফেম্বা মালেম অসিদা লোংনা ভাদুনা য়াইবী চুপ-থিবা য়াই। মদুগীদমক মুংশা থীবা পোকদবা সাগরসিংহ নত্তে। ইরৈবাকীদমক্তদি ঐগী য়াইবী চুপথিসনু। অদুমক ঐনা পামজবনি। ইরৈবাকীদমক্তা য়াইবী কৎকে রাণক-প্রবনি। অদুগা মসিমদি থণ্ডন্ সাহেব, ওসি সাগরসিংহ ঐ অমা শিগ্রবসু মতুংদা নখোয়বু মায়রোক্কবগীদমক সাগর-সিংহ লিশিং-লিশিং অহনবা লৈতনা চোংথোরকনি। ভারতকী কাচিন কোইরা থুদিংদা সাগরসিংহগী সাগরসিংহমক্তা ওাইরবনি। মদু থওনা থবক চখৌ কিরঙ্গী সাহেব।

রোজ—(মদুংদগী) ভারত মচা, নং লম য়াম্না হেনবা ওইরে। ঐনা নংগী মত্তিক চাবা পাউথুম নোংমৈ গুলীনা পীবা ওইনি।

নাগরসিংহ—ঐনম্নু নংগী পাওখুম অদো তোপকী মরুমা ওকনি।
বিজু, হৌজিকমক তোপ কাপ্‌পু।
(বিজুনা তোপ কাপ্পী। অকনবা লানগী নোংমৈ খোঙ্গেল তায়।)

বিজু—(তোপ কাপ্পা লেপ্লগা) সরদার, আদুগীসে য়েংবিয়ু।
কিলাগী চেকপন কায়গদৌরে। মসিনবু কায়রবদি ঝাঁসীগী খুদোংথীবা।

সাগরসিংহ—চুম্মী বিজু, মসি নিঙথায়রবদি ঝাঁসীগী য়াম্না খুদোং থীবা ওইরগনি। মসি কলহোঁদবা য়াত্রে। লাম্মী কনা কনা লৈ?

(লাম্মী থরা চেক্লোরকই।)

লাম্মী—ঐঃখোয় লৈজে সেনাপতি।

সাগরসিংহ আদা কিলাগী চেকপন নিংথাইরকলিবসি উবরা?
মসিনা ঝাঁসীগী য়াম্না খুদোংথীবা ওইরকনি। মকম অসিদা তোপ কাপ্লুনা লৈবমদি ঐখোয়গ, করিমত্তা কায়বা কংলরোই চঙসিল্লক্লিবা অদুজ লাম্মীশিং অসিবু হকথেংনমা থেংনদবা য়াত্রে। ওসি ঐ অমা শিল্লগা ঝাঁসীগী প্রজা কয়াগী থরায় কনবা ঙমগনি। তুংগী ঝাঁসীগীসু য়াইকবনি। নখোয়গী মরক্তা নথরায় পাম্মুদবা কনা কনাগুম্বা য়াওরবদি ঐগী ইতুং ইমকউ কিলাগী মখাদা থোরী থাদো, থুনা কুমথনবা তৌসি।

লাম্মী অস্তুপা সেনাপতি, রাণী মত্রগা দেবানগী হুকুম অমত্তং।

সাগরসিংহ—হুকুম। হৌজিক হুকুম লৌনবগী মতম নত্তে।

হুকুম ডাইরিঙৈদা অঙ্গেজনা খুদোংচাবা লৌপ্রবদি করম তৌনি ? হুকুম লৌদে হায়বগীদমক ঐবু দণ্ডি পীগে হায়রবসু পীসনু। অহানবদা ৰাঁসীবু কন্দবা মাদে। বিজু, থীষ্বরগনু। কুমথনবা থৌরাঙ তৌরো।

( বিজুনা প্রপ প্রপ চঙপ্রগা থৌরী অশাংবা মকোন অমা পুখোরকই। থৌরীগী মচিন অমা নাকললোমদা লংখোকখি। মচীন অমনা কিলাগী মতোন্দা চেৎনা প্রুনশিল্লি। সাগর-সিংহনা মাঙ থাহুনা ময়াম পূম্নমক থৌরী, অছুগী পাম্বৈনা কিলাগী মপান্দা কুমথনবা থৌরাঙ তৌই। )

---

হুককণ্ডবা উৎপা

## ৰাঁসী-কিলাগী মমাঙ

(মায়কৈ পুম্নমক্কা অকিম্ব কংলব নোংমৈ মখোলবা পুমনিল লিল্লি। বিজু নোংমৈ অমা প্যায়রগা প্রপ-প্রপ চঙলকই। মথবাক্তা নোংমৈনা পান্দুনা লোংনা হাইংখি। সাগর সিংহ চেনশিল্লকই। মতুম্তা পায়বা নোংমৈ-লৈম্বায়বা থাদরগা বিজুবু কোনথংলি। )

সাগরসিংহ—বিজু-বিজু ! ঐগী মুংশিরবা, বিজু ! আঃ মহাক মাইবী মাঙলবা। ৰাঁসীগীদমক মহাক থবাব কুংলবা। হা হা হা......বিজু, মহুলি কৌরদবা। তসি মহাক লোকপগী

মহৈ য়ালে। ঐস্সু ওসিগী মুমিত্তা য়াইবী চুপ্পা শোয়রবনি। যানিংঙাই লৈতে, ঝাঁসী য়াইকহৌরগনি। ঐখোয়গা মায় য়োক্লবদা অঙ্গ্রেজ লাম্মী কায়দুনা চেন্লে। (ফ্রুক য়োংগংলগা) জেনেরেল রোজ, করিগী নিংহমরি ? ঐ লাকলে, ঙাইরমখো।

( সাগরসিংহ মখাঙদা য় নবা থাঙশাং শৎলগা চরাম্ররবা নোং-শাগুম অঙ্গ্রেজ তম্মা চঙশিনগে তৌই। মতম অহুমকদা অঙ্গ্রেজনা হন্দুনা কাপলকপা নোংমৈ গুলীনা মথবাক্তা পাল্লি। মথুত্তগী থাঙ তাখি। মথুৎ অনিনা মথবাক পায়-রগা লোংনা হাইথখি। )

সাগরসিংহ—আ......ইমা। পোক্লকম লমদম সুং...শিবী। নচানা ইমাগী লমন শিংবা লোইরমস্রে। য়ারৌগহ্লকো ইমা নচাবু। হ হ হ......সাহেব, ঙসি ঐগী য়াইবী চুপলেদো; অদুবু ঐগুম্ব অমদি ঐঙোন্দগী হেনবা সাগরসিংহ কয়ানা নখোয়গা মায় য়োক্লগদবগী শেম শাদুনা লৈরি হায়বসিদি কাউগন্নকো। আ...হ। ই...মা...পোক...নকম...লম...দম, সুং...শি... বী...। ঝাঁ...সী কো...বা ই...রৈ...পা...ক! ই...মা...ন...হা...কী—জ...য়।

( সাগরসিংহ শিবা। মুমিদাংবাইরম ওইবনা তপ্পা তপ্পা অসুম মমশিল্লকই। লানগী খোঞ্জেল তাখিস্রে। রাণী মাগী লোয়-নবীশিং, খুনাব্খশ অমদি ঝাঁসীগী লাম্মীশিংগা লোয়নবনা মরু লুকথরদুনা তপ্পা তপ্পা সাগরসিংহবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা চঙলকই। লাম্মীশিংনা নোংমৈ মতোন লৈমায়-

ৱোমদা ওন্থৱগা পায়। ময়াম পুন্নক ওহাক্তং তুমিন্না চপ-চপ লেপ্‌পী।)

ৱাণী—কুঁৱর সাগরসিংহ, নহাক ওসি পোক্লকম লমদম ঝাঁসীবু থাদোক্লুনা চৎলবকো। হে অথৌবা! নংগুম্বা কয়া লৈবনা ঝাঁসী ইমানা হৱাওজবনি। ইমাগী তুংগী আশা মচা নখোয়দা থম্বনি। ওসিদি ঝাঁসী ইমা নখোয়গা কায়নবদা ওন-থোইনা কপহৌবা তারে। ঝাঁসীগী মীয়াম পুম্বনা নখোয়গী অৱাবা পাউ তাবদা থুদাং পিকয়ন্নুনা হিক্লা হিক্লা তেংথা-নাওইৱে। ওসি বিদায়গী মতম অসিদা অথৌবা নঙোন্দা, ঐখোয়না করি থুদাল তমগনি। শিন্থৱকপা মীংকী পিৱাওতনা অথৌবা নঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎলি। ঝাঁসীগী নোংশা অথৌবা, নং অসে ঝাঁসীগী চাউথোকচনিং ওাইনি। নহাকী নথৌনা নৱিংজেল হুমিৎ-থা অসিনা লৈৱিবমথৈ কাউবা ওয়ৱোই। হে অথৌবা, নহাক অমৱনি। চৎলোকো। স্বর্গী লমদা নহাকী আত্মানা শান্তি ফংসনু।

(ৱাণী মশামক্লা সাগরসিংহ অমস্থং বিজুগী থৱায় য়াওৱবা হকচাংদা কি অঙোবা অময়মমা কুপশিল্লি। ৱাণীনচিংথা ময়াম পুন্নমক হুংওক-চুংজানবা পিৱাং-পিৱোইনবা শককমনি তেংথা-নাওইবগী থোঞ্জেল ইশৈ অমনা নাটক লোইশিল্লি।)

ইশৈঃ—

ভারত ইমাগী মপারী

নোংশারেল-ও অথৌবা!

পোক্কম নরৈবাক লমদমগী
য়াইবী থরায় কৎলবা
হকচাং পোম্নাং থাদোক্কুনা
অরোইবা য়াহিপ তান্নবোই
নরৈবাক নজাতিগীদমক
পুন্সি' থৌদাং পাঙলবোই।
ভারত ইমাগী মপারী
নোংশাঙ্গল-ও অথৌবা।
জয় ওইয়ু হে অথৌবা।
জয় ওইয়ু, জয় ওইয়ু।

[ তপ্ন-তপ্না ফিজঙ হাইজিন্নকই। ]

লোইরবা

# মীশক-মীওই

## নাপাঃ-

১। থোংরাবা ... মৈতৈ মিংথৌ।

২। পেয়াহু ... খাগী মিংথৌ।

৩। ময়দনা ... খাগী হিংচাবা।

৪। অপোই নাবা মচা ... মৈতৈ মায়চৌ।

৫। লিয়ো ... খাগী অচৌবা।

মৈতৈ মীপা অমী, খাগী মীপা অমা, পাঙমী, থোঙশঙবশিং অমদি মৈতৈ অমখুং খাগীগী অতৈ থোংমাইশিং।

## নুপীঃ-

১। কাইনৌ চাংবোবী ... মৈতৈ লৈমা।

২। খাগী নুপী অমা

# 'মোংয়াম্বা'

## অহানবা তাঙ্কক

### ১বা উৎপা

#### খাগী লৈবাক

( লম্বীনি ; ময়দনানা খাগী মুপী অমা শোরো-শোরো চিংহুনা পুরকই । মুপী অহুনা কগু না চৎলোইদবগী য়াম্নৈ ; মাবু কনবিবু হায়না লাওই । )

ময়দনা— হা হা হা.... ...

কপ্‌কমু মুপী, লাওগমু ।

ময়দনা ঐগী খুত্তগী

নংনা কৈদা লীৎকনি,

ঙম্লোইদ্রা থক্‌ চেনবা ।

লাওবা-কপ্পনা কান্নরোই,

মথন্নায় হিংনি নিংঙমু ।

তান্নকপা তম্বা কয়া,

নপূরোইমকসু ওইসমু ;

মথৱাক ঈয়ম কাস্তুনা
য়াইবী চায়গে লোইনমক !
হা হা হা........

মুপী — (কপ্তুনা) নত্তে, ঐবু থাদোকউ।
ঐবু কাগত্থু হিংচাবা,
ঐবু থাদোকউ।

ময়দনা— নংবু থাদোকপা !
হা হা হা.. ...
নচীন মচা অপিশক্তুনয়
ঐবু হিংচাবা চিঙ্কোইবা ?
হা হা হা......
থঙঙু মুপী !
ঙসি কোয়ো কাণ্ডবা
ময়দনা ঐগী খুত্তগী
নাম্ভোকপা কনা য়াওগে ?
পাঙ্গল শোনবী নংদি
লশিং মকোন্‌গা পার্থকনি,
কনবদা ঐনি থোয়রম্বা
তম্বা কয়া-কয়া
ময়দনা ঐগী ইথুত্তা
য়াইবী মৈয়া মুৎপ্রবনি।

মখোয়গী থম্মোয়গী ঈ
খুজোক খুজোক থকুবা.
ময়দনা ঐনি খঙ্ঙু ।

নুপী — (কপ্লুনা) নত্তে নত্তে,
হো কনা কনানো
ঐবু থম্না কনবিয়ু ।

ময়দনা— হাঁয় অপঙবী !
ময়দনা ঐগী ইমাঙদা
লেপ্লগদবা তম্বা কনানো ?
কপ-লাওবগী মচুত্তা
ঐনা হায়বা য়াও ।
ঐনা নংবু হাত্তুনা
নংগী শথোং চাবিয়োই,
তালোয় শীংদা চন্দুনা
মোংবা ইমাংয়াইদা থম্নীগে ।

নুপী — (শাওনা) করি হিংচাবা ?
করি নতিক লৈছুনা
ইপূয়োইবা লৈবী ঐবু
নংগী তালোয় ওইহনগদোরি ?
মচুগুম্বা নংগী রাখলচুদি
ভাইবংদদি হায়রুম্ম,
মঙলান্দা কাওবা ওইথোক্লোই ।

ময়দনা— হা হা হা
লম হেল্লেদা সুপী !
চরাম্নরবা নোংশাগী মমাঙদা
শজি মচানা খোশাবা
নোক্তনা করম লৈশিগে।
হা হা হা ...
নিংথিজনা হায়বদা ইন্দ্রবদি
ঐগী ইভিক খঙঙ্দো ;
নংগী থম্মোয়না পামদবা
অদ্ভুত ঐনা তৌগনি,
কপচেপ্পী সুজা নহাকপু
ভালোয় শীংদা চনগনি।
(ময়দনানা সুপীদু শোরো-শোরো লাক্কুনা চিংথোকখি।)

# ২শুবা উৎপা

## খাগী কোন্নুং

(খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু তাঙ্‌বন্দা ফম্মী। মাগী নাকল অনিদা খাগী অঙম্বশিং ফম্মী। মতুংদা মনাই অমনা হুমাই হুম্মী; তা পায়বা মনাই অনিনা মমাং ওইরপ্না নাকল অনিদা চপ-চপ লেপ্তুনা থোগন তৌরি।)

পেয়াঙ্গু– অঙম্বশিং পুন্নমক!

হন্দক মরক অসিদি

খাগী নিংথৌ ঐহাক্কী

উনবী পুক্নিং খোয়রাংডি।

পায়মা অসি লৈতানা

লৈবাক ঙাকপবু ঙমদ্রে।

ময়দনা হায়বা অসিনা

মশাগীতা হেক য়েংহনা

লৈবাক কাং-খোং চাইহল্লে।

হুপী-অঙাং খাক্তনা

হাৎনিংবদা হাৎ, তৌনিংবদা তৌ

মনিঙ-মথা ভম্বসিদা

লাক্কনা ওয়োক্লা হাংদৌরি।

মাবু হাংকে হোংনরে,
কান্নবা কৈস্নু মমৈতে ;
হোংনরুবা অপূন্বা
অমৈবদা ওইহনা মতোক্রে ।
মাবু অঙম থাদোক্রে
থাগী লৈবাক মাঙখৌরি,
করি করম তৌসিগে
অঙমশিংম্ব থনবিয়ু ।

লিয়ো— (হৌগৎলগা) খঙব্রেদা ইনিংথৌ !
ময়দনা মাগী মমাঙদা
লৈজরম্বা পায়মা 'জৌশিং'খে
লোইনা পূম্‌পঙ খঙব্রেদা ;
থাঙৎলকপা পোত্নম খুদিংমক
লোইনা ময়া [illegible]দো ।
করি করক তৌগিগে ।
হায়ফম্ খঙদে [illegible] ।

পেয়াঙ্গু— খঙব্রেনে অঙম্বা ?
হীরম [illegible]গী থনবদা
তুম্ফম-চাকম খঙব্রে ;
ময়দনা মাবু হাংনবা
অহিং মুংথিল অনিদা
য়াথল হীয়ী কোনবদা

নৌনা লৈমন চন্দুনা
পুন্সি অসে কেমদোরে।

( মনাই অমা চঙলকই )

মনাই— ইনিংথৌ!
তম্বা নিপা অমা
রায়েন-রাকং পুক্না
সনা য়াথং ওইহৌই।

পেয়াঙ্গু— অহুদি চঙহলকউ তম্বো।

লিয়ো— ইনিংথৌ!
লাক্লিবা তম্বা অদো
অতৈ মরমগী ওইরম্লোই,
লমহেনবা ময়দনাগী মায়য়োক্না
রাকংপা শোয়দনা ওইরমনি।

পেয়াঙ্গু— অচুম্বনি অঙম্বা,
ময়দনাগী রারম নত্তনা
অতৈ অমা ওইরম্লোই
মাগী রা ওাক্তনা
নিংথৌ ঐগী নাকোংসে
ওম্মোল্লা রাই চিংল্লদরো।

(খাগী নিপা অমা চংলকই )

খাঃ নিপা — খাগী লৈবাকী মপুরেন্

তোল্লবা ননাই ওইবনা
থুরমঙ্গরি সনা থুয়াথাদ।

পেয়াঙ্গু—হায়য়ু তন্নুম!
য়ারা করি চিঙ্গাইনিংঙি?
নিংথৌ ঐগী ইমাঙদা
চিংনবা লৈতনা চিংঙ্গেইয়ু।

থাঃনিপা— চানবীহৈবা ইনিংথো!
চানবীয়ু তোল্লবা ননাইবু।
পালেম পন্থৌ লৈক্তদ্রে,
ইচিন-ইনাওস্থ শাৎচদ;
ইদোম লৈবা পুন্সিগী
অরা-সুংঙাই' ইখোঙলোয়
ননাই ঐগী তালোয়দো
ময়দনা কৌবা হিংচাবা
পায়মা পুকচেল ফত্তবনা
পুবিব্রে ওসি ফাহুনা।
ননাইগী মঙলান কায়হনবিয়ু,
তালোয় মাবু কনবিয়ু।
লৈবাকী মপু ওইবনা
ননাই ঐগী অরাবা
সনা নোংদম তম্বীয়ু।

পেয়াঙ্গু--তাও তম্বা !

লমহেল্লবা ময়দনাগী য়াফম
খল্লরমলিবনি ঐখোয়স্সু হৌজিক্তা !
তয়ুম নংগী তালোয়বু
ময়দনান ফাখি তাবদা
নিংথৌ ঐস্স মুংঙাইতে ।
নিতি মুংবুম খুদিঙগী
মানা ফাত্নুনা চাবদা
খাগী মীশিং হুম্বয়ক্লে ।
অতুনা তম্ব-ও !
করি করম তৌরগা
ফল্লবা মাবু হাৎসিগে
তত্তনা খল্লিবনি ঐহাকস্সু ।
( ঙহাক মুম্না খল্লগা ) তাও অঙম্বা !
নিংথৌ ওইবা ঐহাক্লা
পোরম অমা কাঙজগে,
পায়মা য়াখল তৌবীয়ু ।

লিয়ো— করি করম্বা পোরমনো
তাকপীসিদা ইনিংথৌ !

পেয়াঙ্গু— অসিনিমা অঙম্বা -
ময়দনা হায়বা হিংচাবসে
খাগী মচা ঐখোয়নদি

লাক্লবা শুক-ম ঙম্নরোই,
হাৎকে হোৎনবা ফাওবদা
মহৈ য়ানবা ঙমদরে।
অহুনা অঙম্বা,
ঐনা অস্নুম খনবদা
লৌনম অমা ভৌহুনা
খাগী লৈবাক অসিদগী
ময়দনা মহাক চৎহনখ্রসি।
হায়ম খানা পাংবদা
পোইরৈ মৈতৈ কঙলৈপুঙ
মণিপুর সনা লৈবাক্তা
থাগ্রসিনে মহাকপু।
মৈতৈ হায়বা কাঙ্গ্লুপসিদি
লাইগী মচা মশুনি,
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
পাঙ্গলবদি নিপানি!
লাইগী মচা মগাক্লা
ময়দনাবু হাৎপা ঙম্বা য়াই।
পোয়ম অসি নত্তনদি
ফত্রবা ময়দনাবু নমথনবা
অতৈ অমা লৈত্রে।
লিয়ো— তংকপীরিবা য়াম্বা অদো

অচুম্বনি ইনিংথৌ !
অচুদা –
য়াম্বিগত্রনে মৈতৈ নিংথৌনা ?
পেয়াঙ্গু - অচুবুদি অঙম্বা,
মৈতৈ নিংথৌ মফমদা
য়াবিনবা হায়জবা তারেদনা
লিয়ো – হোয় ইনিংথৌ !
হায়জ' ঝারোল ইরগা
তশা অমা থারসি ।
পেয়াঙ্গু - অচুমক তৌসি অঙম্বা
লিয়ো – হায় হায় পাওথাং পুবা
থৌগল্লাই. কনা লৈ ?
পাওমী – (চঙশক্লগা) ননাই লৈজে অঙম্বা !
লিয়ো – ইনিংথৌগী পাওজেল পুদুনা .
পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ
য়োনবা চত্তবা য়াদ্রে,
থুনা শেম শারুরো ।
পাওমী – তাকপীরিবা সনা য়াথং
শুরেন থক্তা হাপচরি । ( থোকখি !)
পেয়াঙ্গু—তশা নখোয় 'মা
ময়দনা মাগী মনাক্তা

থুনা য়াঙনা চৎল্লো ;
নিংথৌ ঐগী য়াথংনি,
হৌজিকমক মফম অসিদা
খোঙদোয় হুল্লক্কবা য়াদে
চিঙ্গোয়রুচো মঙোন্দা ।

থোগন্নাই—ননাই চংচরুগে ইনিংথৌ !

( তা পায়বা থোগন্নাই অমা চংখি । )

পেয়াঙ্গু—তম্বা নহাক ৱায়ম্ব ;
হৌজিক ময়দনা লাক্লগা
নংগী তালোয় অক্তগী
মথরাই কনবা ঙম্বরা
নিংথৌ ঐনা ময়েংগে ।

( থোগন্নাইদুগা লোয়ননা ময়দনা চংলকই । )

ময়দনা— ( নাপল তৌনা ) খাগী নিংথৌ !
ময়দনা ঐবু কৌবদি
য়াৱা করি হায়নিংঙে ?
খাগী মীয়াম পুনবসে
নোংম-নোংমগী অমমম
ঐগী চাকথাক ওইনা
হুনগে হায়না য়ারব্রা ?

পেয়াঙ্গু— ময়দনা !
ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তি

নিংথৌ ঐ ৱা-হায়গে ;
য়াদবা থক তোগন্নু ।
খাগী লৈবাক অসিদা
নংনা তৌরিবা লীচৎসে
ওম্বোক্লা চুমদবা অমনি ।
নংম্না খাগী মচানি,
ময়ামসিন্নু খাগী মচানি ।
খাগী-খাগী 'য়েংথিনরগা
করি তোংজবা লৈবগে ?
নংগী কাংলুপ হাৎপগী
ফত্রবা লীচংসে থাদোকউ ।
ঙসি কোরৌ অসিদগী
মী হাৎপা তোকলো,
নংগী নিতিগী চাকথাক
ঐনা শোয়দনা ছুনগনি ।
ময়দনা — খাগী নিংথৌ !
ঐনা পাম্বা চিঙ্গাক্তি
তাইবঙ মীগী শদোংনি ।
পেয়াঙ্গু— উম, নংনা পাম্লিবা শদোংদো
ঐনা শোয়দনা পীগনি ।
খাগী মচা অমত্তা
ঙসিদগী হাৎপা য়াদ্রে ।

ময়দনা— অহুদি নিংথৌ !
করম্বা তাইবঙ মীগী
শদোং ঐনা চাগনি ?

পেয়াঙ্গু — মহু ঐনা তাকনি ;
হায়ম খানা পাংবদা
চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবা
লৈবাক অমা লৈবনি,
'পোইরৈ মৈতৈ কংলৈপুঙ
মনিপুর সনা লৈময়োন'
কে'লোয় অসি কৌবনি ।
লমদম অহুদা চংলগা
ননিঙ তৌনা লৈরুচো,
লমদমতুগী মৈতৈ নিংথৌ
পেয়াঙ্গু ঐগী লোইনি ।

ময়দনা -- ফয়ে অহুদি নিংথে
ঙসি কোয়ৌ স্নুমিত্তগী
থাগী লৈবাক থাদোকহুনা
মৈত্রবাক লমদম পাংলগে । ( চংকে তৌই । )

পেয়াঙ্গু— ঙাইখো ময়দনা ।

ময়দনা — করিনো নিংথৌ ?

পেয়াঙ্গু— নংনা ঙসি ফারুবা
স্নুঙ্গা অহু হিংলিব্রা ?

ময়দনা — হিংলি,
ঐগী তালোয় ওইনবা
ইরাংয়াইদা থম্লিদা !

পেয়াঙ্গু— মতু য়ারোই ময়দনা !
নংনা ঙসি ফারুরিবীদো
মপুরোইবা লৈবী মুপীনি ।
মাবু তালোয় ওইগে
অতুম্না থক থনগনু ।
মৈত্রবাক লমদমদা চেংলগা
মশক-মতো ফজবী
মফমতুগী মুঙাশিং
নথরায়না অপাম্বতা থন্দুনা
নংগী তালোয় ওইরুচো ।
ঙসি ফারুরিবী অতুদি
পীথোকখ্রো অমুক মপুরোইবদা ।

ময়দনা - মতু য়ারে নিংথৌ !

পেয়াঙ্গু— তম্বা !
ময়দনা মাগী মথুক্তুগী
নংগী তালোয় অদো
অমুক ফংজবা য়ারনি ।

থাঃনিপা— ইনিংথৌগী থৌজালনি ।

পেয়াঙ্গু— ময়দনা !

নয়াংয়াইদা থম্লিবী সুপীদো
শিন্নখ্রো মাগী মপুরোইবসিদা ।

ময়দনা - করে নিংথৌ !
তম্বা ! ইল্লকউ ইতুং ।
( ময়দনা চৎখি, থাগী মিপা অহুম্ম মতুং ইন্নখি ।)

পেয়াঙ্গ— উরেদনা অঙম্বা ?
করি লাইনবু চানবনো
উচিন্নদি য়ারে ময়দনাসে ;
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
মাবু হাৎপা লাই-নিঙসি ।
অদুগা—
মৈতৈ নিংথৌগী মকমদা
পাওমী থাবগী থবকসু
অঙম্বনা শোয়দনবা শিল্লোকো ।
ময়দনা মানা য়োৗিস্রিঙৈ
পাওমীনা হান্না য়োৗনবা
নিংথিজনা শিল্লুকো অঙম্বা ।

লিয়ো— ইনিংথৌ !
ননাই ঐনা শোয়দনবা
শিঞ্জগনি নিংথিনা ।

পেয়াঙ্গু— অহৃদি অঙম্বা,
লোয়শঙ ফম্বা লোইশিল্লসি।
হৌজিক্তি শঙ্গায়দা কুমংগ্রা,
য়োংগ্রগে ঐসু পোম্বাশঙ।
লিয়ো — ফগনি, লেঙশিনবিয়ো ইনিংথৌ !
( খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা মাঙ থারগা অঙম্বশিং অমদি থৌগল্লাইশিং পূম্নমক মথং মথং চংখি ।)

---

# ৩শুবা উৎপা

## মৈতৈ কোন্নুং

( অহাঙবা তাঙ্বন। তাগা চুঙ্গোয়গা পায়বা নিংথৌ মনাই অনি চপ্ লেপ্তুনা তাঙবন অত্ ভাক্লি ।)

খোঞ্জেল—( মন্নুংদগী ) ইনিংথৌ মৈদিঙু মোংয়াম্বা
বায়েল-চৈরাক লোয়শঙদা
সনা খোঙলেঙশিল্লক্লে।

( শেমুভগী খোঙ্গেলগা লোয়ননা নিংথৌ মোংয়াম্বা চঙলকই। মতুংদা মৈতৈ অঙম্বশিং অমদি থৌগল্লাই-শিংস্থ মাগী মাগী তাঙবন্দা ফম্মী। )

অপোই ননা—( হৌগৎলগা মখুৎ লোম্নহনা) এবু লোইবা লৈমাবা
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ
ঙাঙোই লৈবাক মপু:ম্নল !
ননাই নপু ওইবনা
ঙসি কোম্নৌ নোংজাদা
হ্নারম অমা অনিদং
হঙ্গৎচপে সনা খুয়াখাদা।

মোংয়াম্বা—তাকপীসি ইপু তাকপীসি।
অমা অনিদা নত্তনা
তরেং তম্না তাকপীসি।

অপোই ননা -অসিনিমা ইনিংথৌ !
হারম অম্নাং পাংবগী
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
উশিত্তেদা লাইমস্থ ;
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্ববু
কিবা কৌবা মম্নোত।
চহি কুমজা খুদিঙগী
লোইপোৎ কারকউ হায়ববু
ম্না ওইনা তাদেদা।

অচুনা ইনিংথৌ,
ঐখোয়না অসুম্ ভুমিন্না
থওইদনা লৈথোক্লবদ
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
অথোই-বাপল কাপ্লনি;
মৈতৈ নিংথৌ পাঙদবনি;
য়াবা খোন্দা কনবনি
পায়মম্নুংদা খনগ্রনি।
অসুম তৌরবদি নিংথেম,
নবুথৌ পাখংবগী সনা-ঈ
মৈতৈ কাঙ্গ্লুপ অসিগী
ময়েং তাখবদি ওইগনিদা।

মোংয়াম্বা—অচুম্বনি ইপু!
মৈতৈ ঐগী কাঙ্গ্লুপ্পা
অমকপা খোরী লৈফগ্রোই।
ইবুধৌ ইবুংঙো য়াইফবা
নোংদা লাইরেল পাখংবগী
মীংচৎ থীবা থোকফগ্রোই।
লমহেনবা পেয়াঙ্গু মহাকপু
মৈতৈ ইতীক খঙহনফে।

অংনবা—অচুম্বনি ইনিংথৌ!
নবুধৌ পাখংবগী সনা-ঈ

ময়েং তাবা ওইফরোই।
ঐখোয় মৈতৈ কাঙলুপনি;
মৈতৈ ইপা-ইপুগী
হনবা লৈতবা থৌনাদো
লোইনা লৈ ঐখোয়দস্ত।
সনা য়াথং পীনবিয়ু,
থ.গী লৈবাক্ তকথায়গে;
কম্নাক কুরু শুংলবস্ম
শাম্ম পাঙ্গল ময়েং হন্দ্রিনা।

(থোঙশঙবা চঙলকই।)

থোঙশঙবা—(খুরু-খুদক কুন্দুনা) সনা খুয়া থাদা
ননাইনা পুনেমজরি ইনিংথৌ!

মোংয়াম্বা—হাঁয়য়ু থোঙশঙবা!
য়ারা করি চিঙ্গোইনিংঙি?

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ-ও য়োইমরেল!
ননাইনা পুজবা স্নথোঙদা
থাগী লৈবাকী পাওমী'মা
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
য়ারা মপাও পুন্থনা
থুংলন্থনা লৈহৌরে।
থাগী তম্বা নহাকপু
সনা নাক অসিদা—?

মোংয়াম্বা—উম, থাজিল্লকউ থুনমক।

( থোঙশঙবা চংখি। )

অঃ ননা - নিংথেম !

খাগীনা পাওমীকক' থারল্লিবসিবু

করিগীদি ওইরিগবা ?

মোংয়াম্বা খঙদেদা ইপু !

মরম 'মদি লৈরম্লি,

য়োরক্লগা খঙবা হায়বত্তুনি।

অঃ ননা—ইপুনা হায়বদি নিংথেম,

হুয়েল লালকা শিংত্তুনা

মমং থিররিবরা হায়বনি।

( খাগী পাওমী চঙলকই। )

পাওমী— মৈত্রবাক' মপুরেল অথোইবা

থুরুমজরি ননাই পাওমীনা।

মোংয়াম্বা—হায়রু খাগী পাওমী,

নবুংঙো নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা

মৈতৈ নিংথৌ ইফমদা

য়ারা করি চিঙ্গোয়রকই ?

পাওমী — মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ !

খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী

হায়জ' চে 'মা পুত্তুনা

ননাইনা সক্না নাক অসিন্না — ।

নোংম্বাক্কা—অন্থনি পাওমী !

খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
করি কম্নম ইম্নফ্না
পাচুনা অচুক তাহল্লু ।

পাওমী — ফগনি ইনিংথৌ !

( পাবা ) পোইরৈ মৈতৈ কাঁলৈপুঙ ।
মণিপুর সনা লৈময়োনগী
কংলা ফম্বাল 'থক্‌তুদা
নোংঙাল্লমদাই শক্তিক্-থবাগুম্
নতিক নয়াইগা লোয়ননা
ফুদোংচুনা ঙাম্মোইবিরিবা
মৈতৈ নিংথৌ মরুপলোই,
নপীজা খাগী এহাক্না
নোঙ্গ' ম্বারোল থরদং
খঙহল্লখিবনি নফমদা—
খাগী এগী ইফমদা
লাক্ল-ফান' ঙমদ্রবা
ময়দনা হায়না কোল্লোয়বা
লমহেল্লবা তম্বা অমনা
লৈবাক ঈরাং হৌগল্লে'া
নমু তাইবংগী শদোংত্না

মাগী চিঙ্গাক্ ওইনবা
মশিঙ নাইদনা হাক্তোক্লে।
থাগী নিংথৌ এইহাক্না
লমকেৎ-লমহাইবা মহাকপু
হাংকে-তূপকে হোংনবা
ঙম্বা কৌবা লৈতরে।
ঈচেলনা হঙ্গৎনা চেন্দরগুম্
মতম্না অমুক হল্লক্কবগুম্
লমহেনবা মাগী নাপল
হনবা কৌবা লৈতরে।
কোয়ৌ হুমিৎ খুদিংগী
অস্থুম নরাঙ' হেল্লকপনা
নিংথৌ এগী ইথক্তা
রায়েল চৈরাক লাক্তোরে।
অতুনা মরুপলোই—
মৈতৈ নিংথৌ নহাক্তি
নবুধৌ পাখংবগী সনা-ঈ
লাইগী মচা-মশুনিদো,
তৌঙমদবা নংনা লৈতেদে।
[.] লোনম রাহৈনা পুন্দুনা
থাঙ্গগ্রবনি নফমদা,
ময়দনা কৌবা মহাকপু

মৈতৈ নিংথৌ নহাক্না
য়াইবা খন্না চায়বিয়ু ।
তৌবিমন্দি কাউজরোই;
থুদোল পোৎপূ কৎচগে ;
চহি কুমজা থুদিঙগী
মৈতৈ নংগী নফমদা
লোইপোং তত্তনা কাজগে ।
— হায়জরিবা নপীজা
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু ।

মোংয়াম্বা—খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
হায়জরক্লিবা য়ুরাসে
করম তৌসিংগে ইপূ ?

অং ননা—ইনিংথৌ !
মৈতৈ কাঙলুপ ঐখোয়দি
মীতোপ 'মনা হায়জ্বা
য়াদবা খক তৌরক্তে,
ইপা ইপু হাক্তুগী
কায়ফত্রবা চৎন-লীচৎনি ।
রাগী রারোল তাবিরে,
নিংথৌ ওইবা নহাক্না
পায়মা রাখল তৌবিয়ু ।

মোয়াম্বা—চুম্মী ইপু !

পেয়াঙ্গুনা হন্দক হায়জরকপা
শোয়দনা য়াবীফম থোক্লবনি ।
থাখ্রে হায়না হায়রক্লবনিনা
ময়দনাস্থু শোয়দনা থুংলরনি ।
মতো করম তৌরগা
য়েক্লবা ময়দনা হাৎকনি
রারম অসিড্রম খন্নসি ;
মতিক ময়াইদি ওম্থোক্লা
লৈ হায়না তায়দকো ।

অং ননা—অড্ডবুদি ইনিংথৌ !
মতিক ময়াই কনবনা
খাগী নিংথৌ মহাকনা
হাৎকে তোৎনবা ঙমদ্রড্রনা
মৈতৈ ঐথোয়' ইফমদা
থারক্লিবনিদনা নিংথেম !
ননাই ইপুগী রাদ্রি
নবুধৌ ইবুংঙো প্যাখংবা
সনা কোঞ্জিন্ তুথোকপা
হায়জ-পুনেমজসিনে,
নবুধোবু ইরাৎ-থৌনিজবদা
মতেং' মঙাল উৎপীরক্লবদি
শোয়দনা মায় পাকপদি ওইজগনি

মোংয়াম্বা—চুম্মী ইপু !
ইবুধৌ পাখংবনা পেনবীরবতদা
নত্তগী য়াইফবা ওইগনি ।
অং ননা—অচুম্বনি নিংথেম !
নবুধৌ মাগী থৌজ্জালতনা
লৈবাক মরা তপ্লিবনি ।
পোইরৈ মৈত্রবাকী য়াইফবদি
লৈরে নবুধৌগী স্না খুত্তা ।
মোংয়াম্বা—খাগী পাওমী !
ননিংথৌ পেয়াঙ্গুদা হায়রুরে',
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
ময়দনা হাংকে হায়না
হয়াও-হয়াও য়াহৌরে ।
খাঃ পাওমী—লাইবক ফবনি ইনিংথৌ !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
কোয়েৌগী মশেকনা ঙানবগুম্
তাইবঙ ফাওনা ঙানসনু । ( থুরয়ম্লগা চংখি । )
মোংয়াম্বা—ঙসিগী লোয়শঙ য়াতানবদি
মতাঙ অম্বায় অসিদা
অস্তম মরোইশংসি ইপু !
অং ননা— সনা নোংদমনি নিংথেম !
( নিংথৌনা মাঙ খায়রুনা মথং মথং থোকখি । )

---

## ৪শুবা উৎপা

## মৈতৈগী লমং চীং

(মৈতৈ নিপা অনিখক চীংদা শীং য়ান্দুনা লৈ।)

মৈতৈ ১— পামেল শীংঙা লাংবসে
ওস্তোকনদি য়ায়দকো ;
কোরৌগী মশেকনা য়েংদা
হকচাং অসে চোকথরে।
মতম্ অসি ফাওবদা
শীংপোৎ ফাবদি মরৈতে।
খোইয়ুম মাদি নোংদম্বনা
লাইরঁ মিতম্বীবনা
কয়াদি য়ারবা পুন্সিসে।

মৈতৈ ২—খঙত্ত্রেদা পাথৌ-ও !
লাইরঁ মপোক ওইবনা
য়ানা-য়ামা লেল্লিদা।
ঙসি কোরৌ নোংজাসে
ঐস্থু লাইমা চোকথৈয়ে ;
পাম্বোম্না ভক্তনা চোংলিবা,
মীৎনা মীৎ চোংলিবা
করি খোক্কবনো খঙত্ত্রে।

মৈতৈ ১—করিবু তৌগবনোদা ;
ঋাংল' লোইবী 'থকসিদা
পামেল শীংজা লাংবনা
ঋামন্দুনা তৌবনি, মুংনাংলুমুদা ।
মৈতৈ ২—হোয়দহে পাথৌ !
লাইর' মপোক্তা পোকপগী
অরা' পূন্সি ওইবনা
ঋাথলনা পঙখন থনবনি ।
কোয়ৌ মাগী মশেকসে
ওমচাকনরেদা লাইমম্ম ;
অহৈবনি নহাক্তি,
শৈহক 'মত্তং শৈদম্মুদনা ।
মৈতৈ ১—করম্বা শৈদাদা শৈমগদবা
য়াক্রবা মুংশা অসিদা ?
অা মাঙদা উরিবা
তালা পামেল অচৌরসিগী
মখোঙ উক্রম খাসিদা
ঙহাক পুঙ্গোয় ফমত্থনা
নালং ঈচীক্তুম থেমগুসি ।
মৈতৈ ২—হোয়নে- হোয়নে চংসিনে,
তালা মনাক য়োবা ফাও
শৈশক অমদি শৈদম্মু ;

হুজা মাদি শকহেনবী
নশানৌ মাবু থাহ্নবা
খুল্লঙ মতেক অমত্তং
অত্তক মহুন্দোকউনে।

মৈতৈ ১ —করিনোমে পাথৌ ?
অমুক রায়' তাঞ্জাগিদা
লোইবী চীংথক অগিদবু—।
অতাবা কনা য়াওগ্রগা
ঙাওই হায়রোইদ্রা ঐখোয়বু ?
খুল্লঙ ইশৈ হায়সিদি
কোরৌনা নারল রায়রকপা
মালংবদি নামিবনা
লিরি-লিরি হুমলকপা
লৌবুক্কী ফোনা মখৈনা
ঙাথু-থেংহু তৌহ্নবা
জগোয়' থুংথেক পীরবা
রাংলেন তাঞ্জা অহৃদা
ইশানৌ মাবু থাহ্নবা
শকদবা শৈশকনি।

মৈতৈ ২—অহু ওইরবসু পাথৌ
হেক্তমক্ মশকউ ;
তাগদবা ঐনা য়ামিয়ে।

লোইবী চীংথক অসিদা
তম্বা ঐখোয় 'নিদনি,
নমু কনাবু তাগবা ।
ওহাক পুঙ্গোয় পোখাবদা
নংগী ইশৈতু তারগা
ঐগী থম্মোয় ইঙগেনে ।

মৈতৈ ১—হোয় নংনা মহায়রবদি
শকপা তারেদনা পাথো !

মৈতৈ ২—হোয়নে-হোয়নে শকওনে ।

মৈতৈ ১—( খুল্লঙ ইশৈ ):— হা শানৌ ইবেম্মা মুংশিবী,
থংলেন মাঞ্জদবু পাম্মুবী !
ঙসি কোরৌ নোংজাদা
য়াংল' লোইবী থকসিদা
কোরৌগী মশেকনা য়েবদা
আ···পাখংগী থম্মোয়না য়াবসে
খঙদ্রবোইরেকো মুজা-ও !
পাখংগী য়ারা ইপাওমক্তবু
হো তারবদি মুক্তা-ও
লাইজ ঈশিংমক্তবু পুরগা
পাখংগী নাক অসদা
খোঙকাপ নৌরা থাংলক্লোনে
হো মুজা নংবু শকহনবী !

মৈতৈ ২—তারমগদ্রনে পাথো ?

মৈতৈ ১—তা-তাদবা ঈশৈনিদনা ।
হা মুজা নংবু...( ঈশৈ শকপা হৌবা )
( অথাপ্পদগী ময়দনানা খাকনা-খাকনা নোকলকই।)

মৈতৈ ২—করিনো পাথৌ,
নমু কনাদি ওইরিগবা ?

মৈতৈ ১—খঙদোনে পাথৌ,
কয়াদা উশিংখিদ্রবা মীনোকনো ?
(য়াম্না নকনা অমুক নোক্লকই।)

মৈতৈ ২— করিনোনহে পাথৌ ?
খোঙ্গুল অসি তারগা
তুজুং-মাঙ্গুং ফাওইনা ।

মৈতৈ ১—কমদৌসিগে পাথৌ,
চীংঙু খোইয়ুম ওইরম্লবদি ?
শীংজা মপোৎ ফাদ্রবসু
চৎহৌরসিরা ঐখোয়বো ।
( ময়দনা চঙলকই ।)

ময়দনা হা হা হা...
হায় তম্বা অনিমক,
লোইবী চীংদা তাবরা
তমদা লৈবা তম-মীরা ?

মৈতৈ ১—( কিরপ্পা ) তম-মীনি ঐখোয় অনিমক

ময়দনা -- আ অতুদি তম্বশা,

নখোয় অনিগী মরক্তা
তম্বা অমা হৌজিকমক
মৈতৈ নিংথৌ মনাক্তা
খোঙদোই হুনবা তারেদে।
মৈতৈ ২—ঐখোয় অনিমক ?
ময়দনা— অনি নত্তে, তমত্তা ;
তম্বা অমনা চৎপ্রগা
তম্বা অমনা ইনাক্তা
লেংদনা লৈহৌগদবনি।
মৈতৈ ১—মৈতৈ নিংথৌ মফমদদি
য়ারা করি চিঙ্গোইগদবা ?
ময়দনা – মৈতৈ নিংথৌ মফমদা
খাগী লৈবাক্কী ময়দনা
লাকই হায়না পাওদমলু।
মৈতৈ নিংথৌ মশামক
মখোঙ থোংনা লাক্কুনা!
ময়দনা ঐবু ওরগদবনি ;
মহাক হেক লাকত্রিক্কাও
ভাইরমখিগনি লোইবী চৌংথকসিদা।
অতুগা কাওরোইদবদি তম্বা,
নিংথৌ মানা থীরবদি
'নাক্তা লৈহৌরিবা তম্বসে

ঐনা চন্না ভমগনি ;
থুনা চত্তুনা চিঙ্গোইরু ।

মৈতৈ ২—চৎকদরনা কনা ?

ময়দনা— চৎকদবা তম্বা অত্থুদি
লোইবী নাপোম য়েনা
শৈশকখিবা নিপা মহাক্তো ।
রাহৈ-রাভা হৈরমনি,
মানা পাওদমুমরগা
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
খোঙকাপ থুনা খোঙদোইরক্নি ।

মৈতৈ ২—( য়ান্না কিনা ) অত্থুদি পাথৌ,
ঐ লৈহৌবা তারবা ?

মৈতৈ ১—খঃদেনে পাথৌ ।

মৈতৈ ২—চৎলোকো পাথৌ,
অশম্বা লম্বী য়েংহূনা
থরা থুনা মচৎলু ।
নংনা হল্লকপা মতমদা
ঐদি হিংগনি থাজদ্রে ।

মৈতৈ ১—চৎকে থুনা মরুপ
খোইযুম মানা কনবিসন্নু ।

ময়দনা—ইয়া ! কৈদোরে তম্বা ?
রাংলেন অসে খেঙথ্রেহায় ।

মৈতৈ ১—চৎচরগে, শাওবীন্নু ।
ঐনা হল্লকপা মতম ফাও
হিংলমখোকো মরুপ ! (চৎখি)
মৈতৈ ২—(কপ্তুনা) হো মরুপ মুংশিবা,
ঐ করিমত্তা থান্দত্রে ।
লাইবক থীরবা নপীজানা
ঙসি তারিবা অরাবসে
নচন্দমু থরা তন্দীয়ুকো।
ময়দনা— হা হা হা…
কপলে তম্বা নহাক ?
কপ্লগা হিংগদবা লৈরবদি
কপ্লু নথরায় পেন্না ।
অদুবু তম্বা !
ঙসিগী চরা নোংথন্নবা
ঐনা নংবু চারনি ।
মৈতৈ ২—(কপ্লুনা) নত্তে-নত্তে চাথীগমু ।
খাগী সনা শকাহনবা
ঐবু থাদোকপীয়ুবা ।
ময়দনা — নংবু থাদোকপা ?
হা হা হা…
(মৈতৈগী খুদাং পাহরগা)—মীওই মপোক অসিদগী
নংগী থরায় চেক্লাদো
ঙসি থাদোকপীরনি,

হকচাং পোল্লাং থল্লমহনা
ননিঙ তৌনা পাইখিবা
য়াহন্নি ঐহাক্না ।
হা হা হা হ'....

মৈতৈ ২—(হীক-হীক কপ্পুনা) হা পলেম অপোকপী
নপাগী ঐদি লোইরে'দা ;
ঙসি কোয়ৌ নোংজাদা
তাইবঙ চেংজেল থমলনি ।
হা শানৌ নংদি হুংশিবী !
নথংলেন ঐগী অরাবা
থংদরেদো নহাক্তি ।

ময়দনা — কপ্পনা কাদরোই তম্বা !
ইতুং-খোংদোই হুল্লক্লো,
আ মাংদা উরিবা
লোইবী লোকচপ অসিদা
তম্বা নংগী শদোংনা
ঐগী চয়া তেমলগে ।

( ময়দনা মৈতৈ নিপান্নবু কয়া চিংঙি, মৈতৈনা চৎলোইদবগী কয়া য়াম্লে । )

ময়দনা — ইয়া মৈতৈ !
শিগনি থঙনা শিনিংদবা
নমু তাইবঙগী তৌনশায়া ?
নংনা ফনা হোৎনহুনম্মু

করমনা লীংকনি ইথুত্তগী।
হা হা হা···

মৈতৈ ২—( কপ্পুনা ) হা মরুপ মুংশিবা !
নংদি হৌজিকফাও য়ৌদ্রিবোই ;
নপীঙ্গা ঐদি লোইরেদে।

ময়দনা — হা হা হা····

( ময়দনানা মৈতৈবু শোরো-শোরো চিংহুনা পুখি।)

---

## ৫ শুবা উইংপা

### মৈতৈ কোন্নুং

( রায়েন-চৈরাক লোয়শঙ। নিংথৌ. অঙম্বশিং অমদি থৌগন্নাইনচিংবা পুম্নমক শুনা তিল্লে। থোঙ-শঙবা নিপা চঙলক্লগা নিংথৌদা খুরম্মী। )

থোঙশঙবা—ঐবু লোইবা লৈমাবা
ননাইবু লোইবা লাইনিংথৌ
নদায়রেম অরাং-থোঙ পুবনা
সনা খুয়াখাদা পুনেমজরী।

মোংয়াম্বা— করিনো হায়রি ইদায়রেম ?
হায়নিংবা য়ুরা মশাওদি
তন্দনা হেকমক হায়দোকউ ।
থোঙশঙবা— ইনিংথৌ !
ননাইনা পুবা মথোঙদা
মৈতৈ তম্বা 'মা
তফিং-তফিং লাক্লুনা
ইনিংথৌবু উরজগে হায়রকই ।
মোংয়াম্বা— অদুদি তন্দনা চঙহন্দকউ তম্বদো ।
( থোঙশঙবা চংখি ।)
অঃ ননা— মৈতৈ লৈবাক্কী য়োইনরস
মীংচৎ চাওবদি ইবুংঙো,
হন্দক মরক অসে
মৈতৈ কংলৈপুংসিদা
মওং অমা তৌদৌম্রি ।
নবুংথো ইবুংঙো পাখংবনা
অঙকপা খুদম কয়াদি
তত্তনা তাকপগুম তৌইদা ।
মোংয়াম্বা - অচুম্বনি ইপু মায়চৌ !
হন্দক মরক অসে
মওঙ অমা তৌই;
থাগী লমগী মরদনাগী

খুদম পীবা ওইবা য়াই ।
থোকদবা থৌদোক পুরমক
ইবুধৌ পাখংবগী খুয়াখাদা
ইন্থোকচরি মশু ঐহাক্না ।

( মৈতৈ নিপা চঙলক্‌ই । )

মৈ°নিপা—(মথুৎ লোম্নহনা) ভাঙোই লৈবাক মপুরেল,
নদায়রেম মৈতৈ 'চানা
পুনেমজরো সন খুয়াখাদা

মোংয়াম্বা—হায়ধু ইদায়রেম !
তফিং তফিং লাকপদি
য়বা করি চিঙোয়নিংঙি ?

মৈ°নিপা—মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ !
নশাই মৈতৈ 'চানা
অরাং লোইবী চৗংদা
ইপীঙা 'মগা লোয়ননা
পামেল শীংজা লাংলিবৈ
অকি শক্তম্ লৌরব
ময়দনা হায়না কোপোয়বা
থাগী লমদা মীওই 'মা
লাক্লবু থুংলরে ।
মানা মরুশপু কাহোরে,
ঐবুনা ইনিংথৌ সনা নাক্না

মাবু ওকপা লাকউ
হায়রু হায়না থারক্লিবনি।
অত্নগীস্থ মথক্তা
ইনিংথৌনা সনা খোঙলেঙবা
ঝাংলেন থর থীনবদি
ফাহৌরিবা ঐগী মকপুা
মহাক্না চাথোক্ত নিসু হায়হৌই।

মোংয়াম্বা—অত্নদি—
(খোঙশঙবা চেনশিল্লকই)

কৈদৌরে ইদায়রেম
নংনা তম্না লাকপদি ?
নিংশা থবেং-থবেং হোনবন
হায়য়ু করি মরমগীনো ?

খোঙশঙবা—ইনিংথৌ !

নদায়রেম ঐনা পুক্তবা
অরাং থংবা স্নথোঙ অত্নদা
মীশক মীওই খঙদব
কুচুনা কুম্মুক মুবা
অকিবৈ মশক ফংলবা
কনানো অমা লাকহৌরে।
ঙুঙ-ঙুঙ ঙংলত্নুনা মহাক্না
ইনিংথৌবু উমগে হায়রকই;
অত্নদা ননাই ঐনা

য়াথং লৌরুখিগে হায়বদা
ঙাংশং ঙাংলবা মমীত্তুনা
শংত্রিক্ য়েংলে হায়রগা
ঐঙোন তম্না চঙলকই।
অত্তদগী ননাই ঐহাক
অকি তুজুং পোক্লত্তুনা
চেঞ্জরক্লিবনি সনা নাক্তা।

(ময়দনা চঙলকই।)

ময়দনা— হা হা হা....

(উশিত্তুনা) কদায় মৈতৈ নিংথৌ?
ঐ লাকই তারবদা
হৌজিক ফাও' মচি লেঙদবা?
নথৌনা কয়াম লৈত্তুনা
উশিত্তবনো ময়দনা ঐহাকপু?
নবুংঙো খাগী নিংথৌনা
লোইনিংথৌ নংগী নরমদা
ইনিং তৌরু থারকপা ঐহাকনি।

অঃ ননা— (শাওনা ফুক হোৎত্তুনা) করি খাগী হিংচাবা?
মৈতৈ নিংথৌ মমাঙদা
মচোম-'পাক নাইদবা
য়ারা মপাও পীরগনি
লালুপ চোমায় ককপা ওবা

মৈতৈ অঙম্বা নৈ
খঙদবয়হায় মীতম্বাল ?
ময়দনা — হা হা হা ···
মৈতৈ অঙম্বা ?
হা হা হা ...
ময়দনা ঐবু হাৎকে
খগ্নবশাই মৈতৈ ।
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
ঐবু লাক্নবা ঙমগ্রহুনা
মৈতৈ নখোয় নরমসিদা
ইনিঙ তৌনবা থারকপনি ।
করিগুম্বা নখোয়না ঐঙোন্দা
অথিং-অপন পীরবদি
মৈতৈ মচা নখোয়
নমং নখুৎনা পায়জবনি ।
অঃ ননা—হা হা হা····
হায়, ময়দনা হায়বা অঙাওবা !
নংগী য়ারা অহুদি
ঐদি নোক্তুম নোক্‌থোক্কে ।
হা হা হা....
খঙজো মীমুংশি খঙদবা !
নবুংঙো নিংথৌ পেয়াঙ্গুদি

মৈতৈ ঐখোয়গী লোইবি;
নংবু লাক্লবা ভমগ্রহনা
ঐখোয়বু মাগী লোইনি
লৌনম বাহে হায়গহনা
নংবু মৈতৈনা হাৎনবা
লমদমসিদা থাবকপনি।
ময়দনা — করি মৈতৈ ?
হা হা হা..
মোংয়াম্বা—ভাইখো অনিমক,
ইপুস্ন ময়দনা নহাকস্ন ।
নিংথৌ ঐগী য়াবা
ভাইহাক পুঙ্গোয় তাখো ।
তাও ময়দনা !
মৈতৈ নিংথৌ ইকমদা
য়াবা করি হায়নিংথা ?
ময়দনা — মৈতৈ নিংথৌ !
বংগী পোটৈরে মৈত্রবাকসিদা
ময়দনা ইনিঙ তৌনা
হায়না ভজা পাম্লবা ?
নত্রগা ঐগী ইকমদা
নকোক নোম্না চঙজহনা
নমু তাইবঙ [redacted]

নিতিগী চাকথাক হুনগেয়া ?

মোংয়াম্বা—নবাহে হেনমল্লি ময়দনা !

থকসী খাসী নাইদবা

শায়মচৎ অহু থাদোকউ ।

ঙসি নংনা হংলিবা

বাহং অহুগী পাওখুমদি

হয়েং ইমুং তাক্লপা

নিংথৌ এনা পাঁগনি ।

মতম অহু য়ৌত্রিকাও

লমলেন নিত্যাইপাৎকী চংথক

নোংলেন্দুনা লৈরবো ।

করিগুম্বা মসিদা

ঐগী য়াম্বা ইন্দনা

ননিঙনখা তৌরবা

বায়েন-চৈরাক লাকনি ।

ময়দনা — হা হা হা…

মৈতৈ নিংথৌ !

লৈবাক 'মগী মপু ওইবনি

নংনা অহুক হায়জবা

ময়দনা এনা য়াবীরে ।

হয়েং ইমুং তাক্লপা

য়াম্বা নপাও হন্দোকপা

তাঙলৌ থেঙনা লাক্লবা
লানফম অমা থোকনি ।

মোংয়াম্বা—কৈফ ময়দনা,
ঐস্থু মত্থু পাম্মী ।
চৎলো ঙসিদি নহাক ।

ময়দনা— চৎলে, মৈতৈ নিংথৌ !
পাওথুম ঙাইরি হায়রবনিদি
কাওব্বন থীগনুকো মৈতৈ ।
( ময়দনা চৎখি । )

মোংয়াম্বা—শিঅ খাগী মচা !
শিরমদাইদা নমকেৎপা,
য়াম্না - মপাও অসিদি—
মমং নক্রে খঙদবশাই ।
( মায়চৌদা ) ইপু নানা মায়চৌ-ও !
হয়েংসে লনদি শোয়দ্রে,
অচম্বদি ওইরোইদৌরিবনিনা ।
ইবুধৌ পাখংবা মহাকপু
ঈরাং-থৌনিজবা তারে ।

অঃ ননা—অচুম্বনি নিংথেম !
নবুধৌ পাখংবগী মকমদা
লৈশি লৈথোগ্লহনা হায়জসি ।
সনা পুক্লিং নক্তনা

নবুধোবু চেৎনা থাগোম্না
পায়মা হিন্নি কোবীয়্।

মোংয়াম্বা—অহুনদি ইপু!
ঙাসিসি ঈরাং-থোনিজনবা
মতাঙ্ অসিরাইদা অম্মম
ঙসিগী লোয়শঙ লোইশিল্লসি।
অতৈ হীরম খন্নবনা
হয়েংগী লোয়শঙদা চথরসি।

অঃ নানা—য়াম্না ফগনি নিংথেম!
কোরৌস্থ মমি শাম্লক্লে
ঙসি' ইমুং অসিদা
নবুধোবু ঈরাংচরসি;
হৌঙ্গিক্তি সনা শঙ্গায়মুংদা
সনা খোঙলেঙশিল্লসি নিংথেম!

মোংয়াম্বা—ফনি ইপু!

(নিংথোনা মাঙ থারহুনা ময়াম মথং-মথং থোকখি।)

[তপ্পা-তপ্পা ফিজঙ হাইজিল্লকই।]



# অনীশুবা তাঙ্কক

## ১বা উৎপা

### মৈতৈ কোন্নুং

ময়

( মোংয়াম্বা নিংথৌগী সনা-শঙ্গায়। অহিংনি. নিংথৌ মোংয়াম্বা ইমুংদগী থোরক্লগা খুরু-খুদক বুন্দুনা পাখংবা খুরম্মী। মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌ চঙলকই। )

অঃ নানা— নিংথেম !
নহুথৌ পাখংববু পুনেমজনবা
য়াংলেন ঙাইদুনা লৈবীরম্লে।

অঃ মোংয়াম্বা— লৈজরম্লে ইপু,
হৌরসি ঈরাৎ থৌনিজবা

অঃ নানা— হৌরসি নিংথেম্ !
তারিবা থৌগম্লাইশা,
অপোক-অশা অথেনপোং
ঈরাৎ-থৌনিদা চঙগদবা
পোংচঙ-পোংলম শুনা

পুরক্লো মফম অসিদা

( থোগম্নাইশিংনা লাই খুরম্নবা পোৎ-চৈ, অথেন পোৎনচিংবা পুশিল্লকই । )

( পোৎ মচা অমা সৌরগা ) নিংথেম !

সনা মীৎয়েং তাবীয়ু;

সিনা সনা কোনয়াইনি,

সিনা লুপা কোনয়াইনি ।

সনা লুপা হুন্দুনা

নবুধৌবু পুনেমজরসি ।

তরাই তরাইদি খনক্লদে,

পায়মা হীরী কোন্দুনা

চেৎনা থাগোম্নৌ ।

মোংয়াম্বা—ফগনি ইপু মায়চৌ-ও !

অঃ নানা—পায়মা হীরী কোনবীয়ো

ননাই নপু হৌজরগে ।

( মায়চৌ অপোই নানা মচানা খুরু খুদক কুন্দুনা পাখংবদা লৈশি-লৈথোন্দুনা ঈয়াৎ থৌনিবা হোই । )

হে খোয়ুম হয়া হয়ুম

শিদবগী মপারী অহেনবা

মীংলেম্না কোরৌদগী হেম্না

মশেক থোক্লা ভাঞ্জম্ম

তাইবঙ ফুরুপ শেম্বীবা
নতীক নঙন চাওবা
তাংজ' শক্তম লৌ
পোইরৈ থুংনা চাক্তাবা
কোলোয়না নংগী লংলবা
নোংদা লাইরেন পাখংবা
সনা কোঞ্জিন তুংথোকপা
নদায় তয়ুম মৈতৈ 'চা
নশু নিংথৌ মোংয়াম্বা,
লাইনিংথৌ নংগী সনা-ঈ
মাঙ্ফদ্রবা নংগী মীংখৈবু
পায়মন্নুংদা চেৎনা থাগোম্বা
পুনেমজরিয়ে লাইনিংথৌ !
কুবিহৈবা নহাক্কি,
নত্তিক্লা পোইরৈ থুংবনি,
চীংঙু মীৎয়েং শাংখৈবীয়ু ;
খোইয়ুম নোংদম্ তম্বীয়ু ।
ইম্নুং তৈনা ঙাম্লগা
হুয়েল-লাম্ফেং তমগদবা
চীংঙু নতেং য়াওদনা
নদায়' পাঙ্গল লৈজদে
খোইয়ুম নংনা কুবিবা

চানবী-মীৎয়েং শাংখৈবা
অচুম্বনা নদায়রেমগী
পায়মনা নিঙবা থুংজবনি।
তমথিবা ফত্রবা
ময়দনা মাগী কোলোয়বা
থাগী 'চা হিংচাবা
খোইমুম নতিক্ থওইদা
মৈতৈ নিংথৌ মমাংদা
মরাহৈ লোইশিনবা হৈতনা
হুয়েন লানশিংলরিয়ে।
নতিক নঙন চাওবা
খোইমুম নংদি লাইনিংথৌ!
লংলবা সনা পুয়াদ,
অমকপা খোরি লৈফদে;
পোয়রৈ নরম্ কমরীয়ো;
খোইমুম নংনা কুবিয়ো।
চহি কুমজা থুদিঙগী
লৈবাক মরা তপহনবীয়ো,
চীংঙ নংগী নফম্নাং
চঙজরিয়ে নদায়রেম্।
( হৌগৎলগা ) নিংথেম!
লোইরেংদা হৌজিক্তি থৌনিজবা;

শঙ্গায় মুংদা লেংশিন্নবা
থৌরাং অতুক নপুনা।

মোংয়াম্বা—ইপু নানা মায়চৌ-ও।
হৌজিক্তি ঈরাং থৌনিজরবনিনা
ইবুথৌ ইবুঙো পাথংবনা
মীংয়েং শাংখৈবিগ্ননিদো।

অঃ নানা— চানবীহৈবা নবুথৌনি,
করিগী শাংখৈবিদদগে নিংথেম!

মোংয়াম্বা—ফরে ইপু,
ঙসি ইমুং অসিদি
নঙ ঐগী শঙ্গায়মুং
অরা - পোথানবিরো।
নঙ—ইপু অনিনা
হয়েং ইমুং তৈবগী
য়ারম অমা-অনিদং
অতুক চৌরা য়াহানসি।

অঃ নানা - ফনি নিংথেম! লেংশিনবীরো,
ননাই নপু ঐহাক্না
সনা থৌগন তৌজগে।

মোংয়াম্বা—লেঙশিনবীরক্লো ইপু।

( মোংয়াম্বগা মৈতৈ অঙহা অপোই নানা মচা
মায়চৌগা ইমুংদা চংখি। )

**থোঞ্জেল**--(অথাম্বদগী লাওরকপা) তাও ইদায়রেম

মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা
করিগী পায়মা পিবুরুং
চিংন-পরৈ লৈবগে ?
অরা-কিশি কিগল্লু,
নবুখো পাম্বংবা এনা
অহিং মুংথিল অনিদা
ইদায়রেম নহাকপু
করিদা শোয়খিগদবগে হায়না
ঙাক শেন্দুনঙা লৈরিবনি
চিংনগল্লু নহাক,
হয়েংগী কোরৌ মুমিত্তা
থাগী 'চা ময়দনাবু
হাৎপা ওইজৌ নহাক্না ;
নবুখো এনা ভেংবাংবিগনি ।
মৈতৈ কংলা মেন্দুবী
হারম অরাং পাংবদা
তুরেল অচৌবা মপান্দা
খুৎশু থাঙলেন নিংথিবা
মিংলেল্লা থাঙ খোংবাম্বা,
মহুগা লোয়ননা ইদায়রেম
তা খাংসুনহাগা

অনি পূম্না য়ুংহুনা
থম্বীরমলবনি ঐহাক্না।
কাওগন্নুকো ইদায়রেম,
মশক নাইবা খুৎলাইনি
তরাই-তরাই খনগন্নু;
নবুধৌ ঐনি খন্দুনা
হয়েং ইমুং ঙানবদা
হুয়েন লাম্থেং চৎপদা
নিংথৌ নখুৎত ওইজোকো!
থাঙলেন অহুগী মপান্না
মৈতৈ নিংথৌ নরাইবক
থম্বালগুম ফুগায়না শাৎকনি।

(মোংয়াম্বগা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌগা অমুক থোরকই।)

ময়দ

মোংয়াম্বা—হৌজিক্কী খোঙ্গেল অহুবু ইপু-?

অঃ ন

অঃ নানা—মুংঙাইরেদনা নিংথেম!
মালং মপাওনি নবুধৌগী;
ঙসিগী ইমুং অসিদা
ইশু ইপু অনিনা
নবুধৌ পাখংববু ইয়াৎচবা
লেপনা মহে পীবিরে,
কুবিরেদো ইনিংথৌ!

নোংয়ায় ইচীক হুনকপসিদা
য়ারা মিতম্বীহুনা
থাঙ-তা থম্বীরমগে
তরঙ মপাও থাবীরক্লে ।
ইম্নুং মানা ঙাল্লমদাই
তুরেল অচৌবা মপান্দা
খুৎশু-খোঙ্গুল লীক্লসি ;
কুবিহৈবা নবুধৌবু
থরায় হকচাং য়াওনা
পুনেমজসিনে নিংথেম !

মোংয়াম্বা—কনি ইপু !
(মখুং লোম্নরগা) হে ইবুধৌ য়োইহেনবা
নোংদা লাইরেন পাখংবা !
নশু ঐদি মোংয়াম্বা
তোল্লবা মৈতৈ নিংথৌনা
পুনেমজরী নহাকপু ।

( মোংয়াম্বগা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌগা অনিমক খোঞ্জেল লাকপা মায়কৈদা মমায় ওন্দুনা খুরুম্মী । )

## ২শুবা উৎপা

### তুরেল অচৌবা মপাল

নোংঙাল্লমদাইনি ; তোর্ববান্দা থাঙ খোবোম্বা তা থাংশুনহাগা য়ুংহুনা লৈ। মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা মৈতৈ অঙম্বা অপোই নানা মচা মায়চৌগা লোয়ননা চঙলকই। )

মযুম

অঃ নানা— মীংয়েং তাবিয়ু নিংথেম !

নবুধৌ পাখংবনা কুবিনা

খুংশু থাঙদি খোবোম্বগা

তা খাংশুনহাগা

অনিমক য়ুংহুনা লৈরে।

ইনিংথোগী সনা-খুংশুনি,

লৌশিনদৌরো হেজিক্কি।

অঃ ন

মোংয়াম্বা—লৌশিনজরগে ইপু !

ইবুধৌ মাগী থোঙালনি,

মাংফদ্রবা খুংশুনি,

তরাই-তরাইদি থঙ্গরোই।

ইবুধৌমক্কি থঙ্গহুনা

ঊরাংচহুনা থমজগে ;

নশুনা চৈরে–নমথাং
ফিগাও শানা য়াক্লগে,
ইপুনা অতুক লৌরগা
হাপ্পীয় নশুগী ফিগাওনুংদা ।

অং নানা—হাপ্তদিকো নিংথেম !
মতিক ময়ায় লৈরবা
মাঙফদ্রবা থুংশুবু
করিগী তরাইনা খনগনি !
পূক্লিং অনিদি লোঙফরোই ।
(থাঙ তাগী মনাক্ত চ সিল্লুগা) হে ই[illegible]ধো
নোংদা লাইরেন পাথংবা
সনা কে[illegible] [illegible]থোকপা
নদায়রেন [illegible] [illegible]চানা
চৌংঙু নংগী নফমদা
পুনেমঙরিয় লো[illegible]
ইবুধো নংমা পীনবা
থৌজালগী মশক ওইরবা
মাংফদ্রবা থুংশু অনিসে
লৌশিন[illegible] নদায়রেম্না ।
[illegible]ংলম ওয়রন খঙদবা
অপঙ[illegible]দি নদায়নি,
হৌন-লোনচং কায়খিবা

অয়োল-অয়ান খিবিক্তি
খোয়ুম নংনা ঙাকপীয়ো।
( খুরম্নগা য়ুংলিবা থাঙ-তা অনিত্ লৌহুনা মোংয়াম্বদা পী। মোংয়াম্বনা নমথাঙনা ফিগাও শায়গা ওকই। )

মোংয়াম্বা—মুংঙাইজরে ইপু।
ইবুধো পাখংবা মহাক্না
থাঙ তাবু পীনহুনা
য়ায়া পাওতাক তাকপীহুনা
ঈয়েল' মফম অসিবু
নশু মোংয়াম্বা ঐহাক্না
কোলোয় অমবু থোঞ্জাগে।

অঃ নানা—থোনবীসিদা নিংথেম !
সনা-পুক্লিংনা খোয়দাবা
কোলোয় অদো তাকপীসি।

মোংয়াম্বা—হয়েং চারোন শুরোন কাৎবদা
মুমিং থা অনিনা
কোয়ৌ থক্তা ঙাল্লি'খৈ
খঙনহৌবদি ওইরসনু;
ইবুধো সনা পাখংবনা
খাগী 'চা ময়দ্দনাবু হাৎনবা
য়ায়া পাওতাক পীহুনা

থাঙ-তাবু থম্বীরম্বা
লমলেন ঈরেলগী মফমসে
'পাওতাক-ঈরেল, থোল্লগে ;
অঃ নানা—মদুমক ওইসম্নু নিংথেম !
হুয়েং কায়নথং ফাওবদা
ঈরেল মফম অসিবু
পাওতাক-ঈরেল হায়না
থঙনহৌরসম্নু তাইবঙনা ।

---

## ৩শুবা উৎপা
## মৈতৈ কোন্নুং

( নিংথৌগী সনা শঙ্গায় ; মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা লাল চৎকদবগী শেম শারি । লালগী ফিজোল, শেৎচিল্লে, নাকন্দা থাঙ খোবোম্বা য়ানশিল্লে । তা থাংগুনহান্নু মথুন্তা পায়রে । তাঙ্গাসিদা মৈতৈ লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বী ইমুংদগী থোরকই । )

মোংয়াম্বা—লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বী !
ঐহাক হুয়েন-লালদি চৎলগে,

য়াইফবদি ওইনবা
ইবুধৌ পাখংববু নহাকনা
পায়মন্নুংদা চেংনা খাগোম্নরম্মুকো ।

কাইনৌ চাংবোম্বী—ফগনি ইনিংথৌ !
মায় পাকপদি ওইবীরু,
ননাই মুপী ঐহাকনা
ইবুংঙো নংগী য়াইফনবা
ইবুধৌ পাখংবা মহাকপু
চেংনা খাগোম্নজরমগে ।

ময়দ

মোংয়াম্বা—মীরাইফদেকো লৈমা.
অঙোম চম্নু শকহেনবী !
ইবুধৌ পাখংবনা কুপীবতনা
নং ঐ অমদি
মৈত্রবাক অপুম্বা অসিগী
য়াইফবদি ওইগনি ।

অঃ নব

কাঃ চাংবোম্বী—অচুম্বা ইনিংথৌ—
ননাই মুপী ঐহাক্না
ইশা অসে লুমনকপা
থাবুম মশীং য়ামলকপসিদা
হুয়েল লাম্বেংনবসিবু— ।

মোংয়াম্বা—হ হ হ… ….
অচুগীরবে লৈমা,

চিংনরুগন্নুদা কল্লিমত্তা।
ইবুধৌ পাখংবা লৈল্লিনা
খোইয়ুম মানা কুবীসন্নু;
ছয়েল মায় পাকপদি
ওইগনি চীংঙু, মপাও তাকপীয়ে।
ইবুধৌ মাগী মফমদা
নং ঐনা কায়দবত্তনা
পূন্নমক চানবীবা নত্রা?
ইবুধৌ পাখংবগী খৌজ্জালনা
নাওয়োমন্নুংগী থল্লায়বু
পাল্লীদি ওইবা ওইসন্নু।
কাঃ চাংঃ—ননাই মুপীনা পামজবন্নু
মত্থমক্তি ইনিংথৌ!
শাগৈগী মৈরা মুত্তনবা
ইবুধৌ পাখংবনা চানবীসন্নু।
মোংয়াম্বা—চানবীসন্নু লৈমা,
চানবমকস্সু চানবীরি।
লৈহৌরো, ঐ খোঙশীল্লগে।
কাঃ চাং—অহানবদা ক'দামদা—?
মোংয়াম্বা—রায়েন লোয়শঙ য়োৌরুখিনি,
ইপুখোয় থরায় ময়াম
হান্না অত্তুক উন্নখিনি।

নপুক্সিংদা চিংনগণ্ডকো লৈমা !

চৎলে, ঐ চৎলে !

কাঃ চাঃ—লেঙবীরো ইবুংঙো !

মায় পাক্সা হুনবীরকউ ।

মোংয়াম্বা—(চৎনা ২) ইবুধো পাখংববু কাওগন্নুকো।

মীয়াইফদবা চীংঙুনি । ( চৎখি )

কাঃ চাংঃ—হে ইবুধো ইবুঙো,

নোংদা লাইরেন পাখংবা !

নত্তবু ঙাকপী কোনবীয়ুকো ।

য়াংলেন মীৎকুপ অমকাও

চীংঙু নতিক অহেনবা

কাওজ্রদেকো ননাইনা ;

খোইয়ুম নতিক নঙ'স্তুনা

পানজবনিদো ননাইনা মৈত্রবাক্তা ।

( কাইনৌ চাংবোম্বী খুক-খুদক কুন্দুনা পাখংবা খুম্মী । )

---

## ৪শুবা উৎপা

## মৈতৈ কোন্নুং

( থোঙশঙবা অনিনা তা অমমম্ পায়রহুনা স্নথোঙ ঙাক্লি । ময়দনা পাক্লবা থাঙ অমা পায়রহুন লাক্‌ই। । )

ময়দনা—( শাওনা ভংলহুনা ) মৈতৈ নিংথৌ !

য়াম্না ঙাকপা হৈতবা
মীনম শোয়রদনমক হৈবা
মীথিবোঙ মীভম্বাল !
নিপামচা হায়বদো
অহুমা মৈতৈ মচা ?
নপাঙদি অহুক পাঙঙগা
মৈতৈ নিংথৌনি হায়রহুবা
কম্বাল থক্তা ঙানবশাই ।
নতিক ঙতিক থঙরসি
কৈদৌরি হৌজিক কাওবা ?
কম্বাল থক্তগী চিংথরগা
খোংপ্ন্না থরো তাবাগে ?
থবায় মচা অপিশক

খুবীনা পেং মেংখাইগে;
থোয়কউহায় ঐগী ইমাওদা।

থোঙশঙবা ১—খাগী তম্বা !

লাইরেম্বাক-লমদম অসিগী
খোইয়ুম পাখংবগী মওদি
মৈতৈ নিংথৌদা অহুগুম্বা
য়াম্না কামজাও হুনবদি
নচীন-নরে কেনগনি।

ময়দনা— হা হা হা ....
করি মৈতৈ মচা ?
নত্তিক করি লৈহুনা
ইথক্তা য়াদি তাওলিবা
(থাঙ উৎলগা) থাঙলেন থাঙপাক অসিন
মন্নায় থায়বোক থায়
তম্বা চয়া ভম্দুরা ?

থোঙশঙবা—এ-এ...(ফিবনা থোংশঙবা অনি চেক্রেং কানশিল্ল

মোংয়াম্বা—( মনুংদগী ) হায় খাগী মচা;
ময়দনা হায়বা মীফম'
নত্তিক কয়াম লৈহুনা
মৈতৈ ঐগী ইরমদা
চয়াঙ-চরাঙ তৌরিবা ?

খোগল্লোন লৌচং কায়নবদি
নথবায় মাঙগনি খঙত্রবায় ?

ময়দনা—( য়াম্না উশিত্তনা ) হা হা হা ...
মৈতৈ নিংথৌ !
শিরমদাইগী বাংলেন মীকুপ্পা
অহম্না পঙ্গাল তাঙজনবগী
নথৌনাকাপ লৈরিবোই ।

মোংয়াম্বা—( মখুংদগী ) উম, লৈ খাগী সা !
নল্লা কিহনা চেনগনু,
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বদি
খোঙকম নাম্বকাও হনবিরোই ।
ঙসি কোয়ৌ জুমিত্তা
নংগী লুয়েল কল্লগা
মৈতৈ ইতিক খঙহনগে ।
খুৎতা তিমেন তাসিনা
নথবাক ঊরম ফাংকেদো ।
লৈরম্মুদো খঙগনি ।

ময়দনা—য়াম্বা নপাও অহনদি ...
কায়রোইদা মৈতৈ নিংথৌ !
হয়েল-লাল পাম্নবদি
চোংথোক্লকই হেকমক ইমাঙদা ।

ময়দনা মায়কৈ অময়োমদা চৎখি। থোঙশঙবা অনিছুনা চেপথছুনা য়েংহৌই। মোংয়াম্বা মখুত্তা ভা থাংগুনহা পায়রগা কন তোংথোরকই। থোঙশঙবা অনিছু চেজেৎ কৌনশিয়ে।

মোংয়াম্বা—ইয়া! থাগী চা
থিপোইয়ে কদোমদা নাথোরে ?
মীচাকচা মীহিংচা
শাররচৎলা নাওজানবা
হিংচা-য়াইতবা মীতম্বাল !
থকসি-থাসিদি মাইকবা
চীংগু মতিক থঙকবা
থোইমুম ময়াই থাজনবা
ভসি কোয়ৌ মুমিগী
ঙংবু য়াইবী চায়তুনা
থমন্মুং লৈবাক্তা থাদ্রগেদো ;
মৈতৈ ঐগী ইমাঙদা
বাঙাও কমজাও ছুমনগী
নরৈ অক্ষু ককথংকে,
থংগেনিদো ভমিদি।

ময়না—( মন্নংদগী ) হা হা হা.......
নাপলদি হনবা লৈরেদো
মৈতৈ নিংথৌ অপঙবা

মতিক ময়ায় লৈরবা
নংগী নবুধো পাখংবনা
ময়দনা ঐগী খুত্তুগী
নংবু কনবা উম্বরা
য়েংসিদো হৌজিক্তি।

মোংয়াম্বা—হা হা হা....
খাগী মচা নংনন্তু
য়াবা অতুয়া ঙাঙবকো—।

ময়দনা—ঙাঙলে মৈক্তে নিংথৌ,
করিনো নংনা তৌগদবা ?
পাঙনিংবা নথৌ পাংজো।

( ময়দনা কন্ চোংশিল্লকই ! মোংয়াম্বগী তা খাংগুনহাগা ময়দনাগী পাল্লবা থাঙ অতুগা অকনবা লাল শোক্লে। মোংয়াম্বনা অমুক তকশিল্লি, ময়দনানা অমুক তকশিল্লি। মমৈথঙদা মোংয়াম্বনা অমুম তকশিল্লকই, ময়দনা মতুং থরা-থরা হল্লি। ইথঙ থঙহৌদনা মোংয়াম্বগী তানা ময়দনাগী থবাক্তা লেংভি: ময়দনাগী মখুত্তগী থাঙ তাখি। ময়দনা মখুৎ অনিনা মথবাক্তগী তা অতু পায়রগা তুংহন্না তুয়োই ঙায়লোই চেল্লি। )

ময়দনা— আ....হ...

মোংয়াম্বা – কমদৌই থাগী মচা ?
মৈতৈ কাঙলুপপু উশিন্থবা
নরাম্বা মপোং ফারম্ছুনা
চৌংঙু চৈরাক কংলেদৌ ।
মতাং অসি য়োরম্বদা
নংনা কদায়দা চেম্বগমি,
কয়াম কুইনা থাঙবিনি ?
(মথবাংদা য়াম্লিবা থাঙ থৌবোম্বা ফং শংলগা )
থুংগু থাঙলেন অসিনা
নংগী লুম্নেন কল্লগা
মঃলেম লৈদা থাদগে ।

( ময়দনা তাগী চৈনাখোল থাঙবা ওমথ্রদ্ধুনা চেনখি মোংয়াম্বনা তাম্বখি। খোঙশঙবা অনিহু কিবনা থক থক নিক্নুনা লৈরুবদগী চেপথরগা য়েংহুনা লৈহোই । :)

মোংয়াম্বা—( মপুংদগী ) হায় পাঙদবা থাগী চা
কদায়দনো নংনা চেল্লিবা ?
ফংদ্রিমথৈ তাম্মনি,
লৈরম্মুদো থংগনি ।
য়াইফসম্বু ইবুধৌ পাংবনা
হা হা হা… . . .

কমদোই হিংচাবা,
চেন্দুম্ম হিংগত্রা হায়বা ?
হৌজিক্তি থাইবী মাঙলেদো,
তাংজ-লুরেন কত্রেদো।...
হা হা হা —

(মোংয়াম্বা মথুং য়েংনা ঈ তৈবা থাঙ খৌবোম্ব অহুগা মখুং ওয়না ময়দনাপী অককপ্পা মকোক পায়রগা চঙলকই। )

মোংয়াম্বা— হাহা হা ...
ইবুধৌ পাখংবনা কুবীরে,
লমকৈং লমহায়বা থাপী চা
য়াইবী মথরাই লৌরেদো!
হায় অম্বমশা !
য়েংঙুবহায় মাগী লুরেনসে,
কিরগল্লনে নখোয়বো হৌজিক্তি।
মকোক কল্লবনিনে,

কল্লবনিনে ঐনা কল্লবা।
ইবুধৌ পাখংবনা চানবীহুনা
ঐনা মাবু হাংলবনিনে ;
য়েংঙু, য়েংঙুনে নখোয়বো।
( থোঙশঙবা অনিহু চেপথ-চেপথহুনা য়েংঙি।)
থোঙশঙবা —ইস! মশক অসিদি—।

মোংয়াম্বা—তাও! ইদায়রেম অনিমক,
ঐ য়াম্রা চিঙ্গোইগে।
থোঙ ১—তাকপাসি ইনিংথো!
মোংয়াম্বা—সে, লৌ তম্মুম!
ময়দনাগী তাংজ-লুয়েনসে
হৌজিকমক লৈম্নুং চনশিনগদবনি!
থোঙ ২—(কিরূপ তোনা) সিবু ইনিংথো?
মোয়াম্বা—উম., মাম্নি।
কিবরা ইদায়রেম?
অকি রাখল থাদোকউ,
থবায় য়াওব্রবা তুম্বানি।
কংলাদা লৈম্নুং চনশিল্লু;
অহুগী মথক অহুদা।
থৌত্ত মুংপাক অচৌবনা।
নিংথিজবা ননশিল্লু।
হয়েং পোইরৈ তুংদ ফাও
চারোন-শুরোন কয়ানা
থৌত্ত মুংপাক্কু উরগা।
থাগী লমকেৎপা ময়দনা
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বনা
হাত্তুনা ফুমথি থংনহৌসন্নু।
থৌদা পাঙহোয়ো ইদায়রেমশা!

(মোংয়াম্বনা ময়দনাগী মকোক পী; থোঙ-শঙবা অমনা য়াম্না কিনা লৌহৌই। মোংয়াম্বা চৎখি।)

থোঙঃ ১—মরূপ সে (মকোক পী)

থোঙঃ ২—হুম, হৈনদে মহু ঐ;
উংলকুনু য়ারবদি মমায়হু।
খিকা খিগংলকদবোই নিংভি।

থোঙঃ ১—সিবু ইভোমতগী থৌদারো?
নিংথৌ 'নাইনি নহাক~,
অমুক অমুক পায়নসি।
ঐসু কিদবোই নিংব্রাও?

থোঙঃ ২—পায়রুবগী পায়রুবা
নং অহুম মপায়রো;
ঐগী শরুক থুংলক্লসু।

থোঙঃ ১ - থুংদবা য়াব্রনে;
সনা য়াথংনে সনা য়াথং!

থোঙঃ ২ - সনা য়াথং ওইরবসু
লুপা য়াথং ওইরবসু
ঐভোন্দা হায়রম্ন মরুপ!
কোম ঐ তৌগে,
ফুমজিনবসু ইথৌদাং;
পায়য়ুদদি হায়রম্ন।

থোডঃ ১—ইস ! বাতা অসিদি....
কংলা য়োবা ফাও
ঐনা অসুম পায়' তাৱবা !
থোডঃ ২—পায়ৱো মৰুপ, শাঙৱম্ ;
চৎলসি লৈগুং চল্লৱসি ।
থোড ১--( শ্বৱ শাংনা অমুক্তং হোল্লগা ) ইস !
ঐবু কৱি মতৌনোনে,
অসুম পুবা তাৱবা ।
হায় য়েংলক–লাক্লকম্,
নমীৎ ননা ফজবচু
ওনশিল্লকম্ ঐঙোনলোমদা !
( য়াম্না কিনা ময়দনাগী মমায়চু মতুংলোমদা ওলহল্লগা মখুত্তু, খৱা থাপতোক্লপ তৌদুনা মখোয় অনি তুংথ-মাংথ চৎখি । )



# ৫শুবা উৎপা
## খাগী কোন্নুং

( খাগীগী ৱায়েল-লোয়শংনি। নিংথৌ অমদি অঙম-অথৌশিং, মনাই-মশল পুগা শুনা তিল্লে। )

পেয়াঙ্গু—তাবিয়ু অঙম্বশিং

লোয়শঙ কাবিরিবা পুন্নমক !
ময়দনানা খাগী থাদোক্লনা
পোইরৈ মৈ এবাক্ত চৎথ্রগা
পেয়াঙ্গু ঐগী পূক্নিঙসে
লৈতাদরে থোইনা হেন্না।
করি থৌদোক থোকলমগবা ?
চৎথ্রিবা পাওমী অহুস্মু
থুঙলদ্রিদো ঙসি ফাওবদা।
লম্মখাঙদা ময়দনা খেঙনথ্রবরা,
নত্রগা পোইরৈ 'মত্রবাক য়োৗরিগদ্রা ?
মপাও অমত্তা তারবদি।
পায়মা পূক্নিঙ মীপাইবসে
থরদি অহুক শাফগদবনি।

লিয়ো— ভপথবীয়ু ইনিংথৌ !
মীপাইমিগাই থোইনা লৈতেনা।

ময়দনানা হেক চৎখিবদগী
লৈবাক মরা তপলে,
ইরাঙ হোবা লৈত্রেনা ।

পেয়াঙ্গু—মহাক চৎখিবত্তদনিনে
ঐনা মীপাইরিবসে অঙম্বা !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বন।
হাৎপীগ্রবদি কৈদো ;
নগুত্তুনা—মৈতৈনস্ু হাৎপীদা
ঐখোয়না হাৎপস্ু ঙমদবা
ঐখোয়গী লৌনম খঙলত্তুনা
খাগীদা অমুক হল্লক্রবদি
লৈবাক অসি তুমলনি,
মী অমত্তস্ু হিংলরোই !
মত্তুন্নমক মতৌরদি
থাকপীরমলোই নং-ঐবুস্ু ।

লিয়ো — অচুম্বনি ইনিংথৌ !
পায়মা মুংদা খনবীরিবা
খনফম থোকপা রাফমনি !
অত্তুম ওইনমক ইনিংথৌ.
ননাইনা অত্তক খঙ্গবদি
মীপাইনিঙাই থোইনা লৈরোইনা ।
মৈতৈ নিংথৌনা হন্নাওনা

হাৎপীগনি ময়দনাবু শোয়দনা।
হায়জ' য়াৱা ঙাকপদা
তোৱোই-ঙমমোই হায়দবা
মৈতৈ কাংলুপকী লীচৎনি
( থাগী পাওমী চঙলকই।)

পাওমী— য়াইফরে ইনিংথৌ!

পেয়াঙ্গু— আ— লাক্লবরা তমুৱ?
করি করম তোৱে
য়ারা-ফিগে শেংঙো।
নপাও ঈথো লাংবনা
লাঙতক্লরে ঐগী পায়মসে।

পাওমী— য়াইফ:র ইনিংথৌ।
থাগী ঐথোয়বা হাক্লবা
মৈতৈ নিংথৌ কোংবাম্বনা
হক্লাও-হক্লাও য়াকিৱে।
চুক্লা, চীরা পাওদম্বদি
সুংঙাইতে থঙচনা ননাইবা
ইমীৎ থীৎনা রেংববা
কোৱৌ মুমিৎ থৱদি
লমদঙ্গরে মৈত্রাবাক্তা।
ইস' অঙকপনি ইনিংথৌ!
ময়দনা হায়বা অসিন্থু
কন্দককাদি নত্তেকো।

অতুবু —
লাইগী মচাদি মৈতৈনিদো,
মমৈথঙদা অসুম লাকশিল্লকই।
মৈতৈ নিংথৌনা পায়রিবা
থুংশু তিমেন অতুনা
মথবাক্তা ফাওরেং লেংবদা
নিংহন্ননা চেললি ময়দন।
অতুদগী মৈতৈ নিংথৌনা
তাম্নরগ মাগী থাঙলেন্না
লুরেন হেক্তা মককই।
হৌজিক্তি ময়দনাগী লুরেন্দো
মৈতৈ কোম্নুং লৈয়োম্নুং
কলংা লৈন্নুং চলহৌরে।
পেয়াঙ্গু— মুংঙাইরেদা তয়ুম !
নপাও তাবদি পেল্লিদা।
আঃ মৈতৈ নিংথৌ !
কল্লকইদা নখোইগী নথৌনা।
নরম লাইরৈগাক অতুবু
থওইদবদি ঐখোইনা লানবনি।
চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা
মণিপুর সনা লৈবাক্তি

শেংলবা মালেম' লাইরৈবাক্কি।
তাবীয়ু অঙম্বশিং পুন্নমক!
হয়েং ইন্নং ঙানবগা
পোইরৈ মৈত্রবাক তম্না
ঐখোয় পুম্বা চৎকদবনি।
খুরুমজসি মৈতৈ নিংথৌবু,
মাগা মতিক-ময়াই মখাদা
চঙজরুসি ঐখোয় পুন্নমক।
চহিগী লোইপোৎ কাহুনা
মরুপ শান্নরুগে মহাকপু।
হে মৈতৈ নিংথৌ অথৌবা!
নংগী চেংলৌ উনিংবনা
লাংতক্লরে ঐগী পায়মসে।

ময়াম - (অমত্তা ওইনা) ইনিংথৌ নিংবা থুংবীসি
ননাই ঐখোয় পুন্নমক
সনা থোগল তৌজগে।



## ৬শুবা ভৈংপা
## মৈতৈ কোনুং

( মৈতৈগী রাজেন-লোয়শঙ। নিংথৌ-নাই অনিনা মথুক্তা অমমম পায়রছনা নিংথৌগী তাঙকন ঙাক-শেন্নি। )

থোঞ্জেল—পাইবৈ মৈত্রবাকী মচুঙো
ইনিংথৌ মোংয়া-ঙম্বা
মনা থোংলেংথোরক্লে।

( নিংথৌ মোংয়াম্বা মনাই মশগনা থৌগল তৌরতনা চঙলকই, অছুগা তাঙবন্দা লেংশিন্নি ঙহাক লৈরগা মৈতৈ মায়চৌ অপোই নানা মচা লাকই। )

অঃ নানা—(মথুং লোয়রগা) ঐবু লোইবা লৈমাক
ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ!
চাওই লৈবাক মপুক্নো
অহল ওইরবা ননাই নপু-
মনা থৌগল কাজরক্লে।

মোংয়াম্বা—চঙবীরকসি ইপু!
লেংশিনবীয় কম্বমলাংদা।

অং নানা—সনা য়াথং ! (মাগী ফক্ফমদা কম্মী।)

মোংয়াম্বা—ইপু অপোই মায়চৌ-ও !

ঐগী পায়মা নুংঙাইরে,
হন্দক ময়দনাবু হাংপসিদি
খাগী নিংথৌনা হায়জরকপা
ইথৌ ইঙম পাঙলেদো।

অং নানা—অচুম্বনি নিংথেম !

নুংঙাইজরে ননাই নপুম্মু।

( নিংথৌ-নাই অমা হাথু-হাথু চঙলকই। )

মোংয়াম্বা—কৈদৌরে ইদাইরেম.

তফিং-তফিং লাকপদি ?

মনাই –ইনিংথৌ ইবুংঙো !

হায়ম অরাং পাংবদা
খাগী ময়াম লাকহৌরে।
ছয়েল লালদি মানদে,
নত্তবরা হায়বস্মু মচৌংনৈ।

অং নানা—অহুক মচেকশিল্প নখোয়।

থৌশাদবাকাদি ভৌগম্মু,
তগা গুম্বা নত্তেদো।
খাগী মখোয়নবু ঐখোয়দা
ছয়েল লান্দারকনি হায়বসি

থাদি কয়া থাজদে।
তো!বিমনস্থ খঙত্রবদি
মতিক ওকপা লাক্লয়োইত্রা,
মৈতৈবু মশক খঙহল্লি।
(নিংথৌ নাই চৎখি। )

মোংয়াম্বা—অচুম্বনি ইপু!
অতুবু মী' পুক্লিংগী বা
খঙবা ঙম্বা নত্তেদো।
খাগীনা মৈতৈবু উশিত্তবা
নিংথৌ ইহাকথক্তদি থোকহল্লম্মো!ই।

অং মানা—অতুবুদি নিংথেম!
কৈদগী থো!কহনগদগেদো।
মতিক মপা চাদনা
লম হেন্দ হেল্লবদি
মৈতৈ ইতিক খঙলোইত্রদো।
য়েন্দেম থরাক শো!ইবগুম
অমমম অমত্তা চিত্থদনা
মথং মথং শো!ইথয়োইদ্রদো।

(থোঙশঙবগা খাগী নিংথৌ নাই অমগা চঙলকই। )

থোঙশঙবা—ইনিংথৌ খাগী তহ'মা—

থাগী-নাই—পোইরৈ মৈত্রবাক্তী মপুরেল !
খুবাক চাংজো লোম্লনা
খুরুমজরি ননাই থাগী'চা ।

মোংয়াম্বা—হায়সি, হায়সি তম্বা !
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
করি পাওদি পূরকপা ?

থাগী নাই—পোইরৈ মপু অহেনবা ।
থাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু
চহিগী লোইপোৎ পুহনা
মৈতৈ নিংথৌ নকম্লাং
মরুপ মীঙ্গৌ তমজনিংনা
সনা খোংলেংজরক্লি ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাঙ্গৈদা থাগী তম্বা !
থাগী ননিংথৌ পেয়াঙ্গুগী
পায়মা খৈনা পেল্লিদা ;
মৈতৈ নিংথৌ ঐহাক্না
তরাম তরাম ওক্লনি ।

থাগী নাই—য়াইফবীয়ু মৈত্রবাক ।

( থাগী 'নাই থোঙশঙবগা লোয়ননা চৎখি । )

মোংয়াম্বা—ঙসি লোয়শঙদা তিনবীরিবা
অঙবশিং পুম্নমক !

স্নথোঙ ফাওবদি থোকতুনা
খাগী নিংথৌবু ওকলুসি।

অং নানা—লেঙথোকসি নিংথেম। ( ফম্ফমদগী হৌগংলি। )

( মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা, অঙম্বশিং ১দি মনাই মশলশিংগা লোইননা খাগী নিংথৌ ওকপা থোক্কদবগী থৌরাং তৌই। তাঞ্জাদুদা খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু, খাগী অঙম্ব অমম্বং মনাইশিংগা লোয়ননা চঙলকই।

পেয়াঙ্গু— য়াঈফরে মৈতৈ নিংথৌ !

মোংয়াম্বা—য়াইফরে খাগী নিংথৌ !

( নিংথৌ অনিমক মুংশিননা কোম্নে। )

অং নানা— য়াইফরে য়াইফরে।

মৈতৈ-খাগী য়াইফরে।

মোংয়াম্বা—লেংশিনসি মরুপ ফম্ফমলাংদা।

( মৈতৈ নিংথৌগী মনাইশিংনা অনৌবা তাঙবন অমা খুদক্তা থৌরাং তৌই। মতুদা খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গু ফম্মী। অতৈ লোয়নরকপশিংসু মাগী অনৌবা ফম্ফমদা ফম্মী। )

পেয়াঙ্গু—মরুপ মৈতৈ নিংথৌ !

ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
খাগী নিংথৌ ঐহাক্না

মৈতৈ নংগী নকমদা
খুদোল পোত্তি তমজগে,
তরাম-তরাম লৌবীয়ু।
খাগী ঐগী য়েরুবা
লাকণ্ডম ফাঙমদ্রবা
হিংচা য়াইতবা ময়দনাবু
অদোম্না য়াইবী চায়বীবা
হয়াও- সুংঙাই ফোঙদোকচরী,
শিংঙমদবা লমন্দি তোনশিঙ্গরে।

মোংয়াম্বা—সুংঙাইদা মরুপ!
মরুপনা মরুপপু তেংবাংবা
করিগী লমন তোনশিনবা—?
হৌজিক্তি খাগী লৈবাকসে
মৈতৈ ঐগী মরুপনি।

পেয়াসু— সুংঙাইজরে মরুপ!
মরুপ-মরুপ হায়না
য়াৱা নপাও তম্বীবা
পায়মা অসি পেল্লে।
কুমশি কুমজা অসিদগী
চহি কুমজা খুদিংগী
মৈতৈ নিংথৌ নকমদা
খাগী লোইপোৎ কাজগে।

অতুগীসু মথক্তা
খাগী মচা খরসু
মৈতৈ কোম্নুংদা থমজগে,
নদাই'লক্তা চনশিনবীয়ু ।
ঙসি কোয়োদগী হোতুনা
মৈতৈ লৈবাক অসিদা
ঐগী খাগীশিং অসিনা
চেক শাবা হোদোকহল্লগে !

মোংয়াম্বা — পেম্লে, মরুপ পেম্লে ।
মৈতৈ খাগী অনিগী
লৈনরিবা মরুপ মরীসে
কুইনদি হিংবা ওইসন্নু ।

অং নানা — (হোগৎতুনা) য়াইফরে ইনিংথৌ !
মৈতৈ খাগী অনিমক
ঙসিদগী ইচিল ইনাওনি ।

পেয়াঙ্গু — মরুপ মৈতৈ নিংথৌ ।
ঙসি খাগী ঐহাক্না
শীঙেল লৈরাং অমত্তং
নফমদা খুদোল তমজগে ।

( খাগী মনাই অমনা ফিনা কুপশিল্লবা শেম্পাক অমা পুশিল্লকই । শেম্পাকুগী লৈ অমা লৌরগা পেয়াঙ্গুনা মোংয়াম্বদা পী । মোংয়াম্বনা লৈতু হয়াও-হয়াও লৌই )

মোংয়াম্বা—(লৈবু য়েংলগা) আঃ ফজেদকো শীঙেলসে
মরুপ থাগী নিংথৌ,
নংগী শীঙেলসি উরগা
ঐগী পুকনিং নৌইদা;
খঙহৌদনা পায়মা হুংওল্লি।
লৈরাং অসিগী কোলোয়দো
অমুক্তদি তাকউগবা।
পেয়াঙ্গ— মরুপ মৈতৈ নিংথৌ,
লৈরাং অসিগী কোলোয়বু
করি হায়না হায়রিবা ?
নপীক্কা থাগী ঐহাক্না
মৈত্রবাক লমদম অসিদা
লৈরাংগী অনৌবা মমিংনা
ওসিগী কোরৌসিদা থোল্লমলগে।
শীঙেলসিগী চার অমা
মৈতৈ কোম্মুং লৈকোন্দা
মউ লিংনবা থারমগে;
থাগী নিংথৌ ঐহাক্না
থাগী লৈবাক্কগী পুরকত্নুনা
মৈতৈ নিংথৌদা কৎখিবা
মুমিৎ থানা লৈরি মথৈ
হয়েং চারোন-শুরোন ফাওবদা

অকাও লৈরোল চন্দনবা
শীঙেল অসিগী মমিং
থোল্লমলগে 'খাগী লৈহাও' হায়না ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাইরেদা মরুপ !
মতিক চান্নবা কোলোয়নি ;
শীঙেলসিগী লৈশক-লৈঙংগা
থোল্লক্লিবা মরুপকী কোলোয়গা
করিমত্তা খেন্নবা লৈতেদো ।
মরুপ নংনা থারগা
খাগী লৈকোলগী লৈরাংসে
মৈত্রবাক শীনবা থুংহনগে ;
মুমিং-থা অনিনা
কোরৌ থক্তা ঙাল্লি'খৈ
মরুপা থোল্লম্বা কোলোয়
'লৈরাং খাগী লেহাও'
মৈতৈ' চারোন-শুরোম্না
কাওদবদি ওইরসনু ।

(নিংথৌ-নাই অমা থুনা চঙলক্লগা মোংয়াম্ববু খুরম্মী । )

নিংথৌ-নাই—য়াইফরে ইনিংথৌ ।

মোংয়াম্বা—করিনো ইদায়রেম ?

নিংথৌ-নাই—ইনিংথৌ ইবুংঙো !
মৈত্রবাক্কী লৈমরেন,
ইনিংথৌগী ননাও ইবেম্মা
নোংবাল্লোল কাইনৌ চাংবোম্বী
থাবুম কুমশীং শুরতুনা
ঙসি কোরৌ নোংগী
পুংফম-খেনফম অফবদা
অশোয় অঙাম য়াওদনা
নাবা অমা ফুয়জরে ।
মোংয়াম্বা—হঃ ! করি হায়বা তম্বুম ?
মৈতৈ লৈমা কাইনৌবু
অঙাং উনরে হায়বা ?
নিংথৌ নাই -ইনিংথৌ !
মোংয়াম্বা—( হরাওনা ) হায়য়ুনে 'তুদি তম্বুম,
পারীরা ইমোমপা ?
চেংলৌ মশক কমদৌই ?
নংবু উরক্লবনে ?
প্রপ-প্রপ হায়য়ুনে ;
থীম্বরগম্মুনে ইদায়রেম,
য়ারা নপাওদো প্রপ-প্রপ ।
নিংথৌ-নাই—পারীনি ইনিংথৌ !
চেংলৌ শক্তি হেল্লিদা ;

হন্দক্কী অঙাং অসিদি
মতিক মঙাল চাওগনি
অমাইবা অমাইবীনা হায়নহৌই ।

মোংয়াম্বা—লৈমা কাইনৌ চাংবোম্বীদি
করি থোইদোকপা তৌহৌদেদনা ?

নিংথৌনাই—ইনিংথৌ !
মৈতৈ লৈমা ইমা
করিসু থোইদোকপা তৌহৌদে ।
মপারীবু পেন্না য়েংজরগা
খোইরুম মোমোন তৌদুনা
থম্মোয় মকা লামহৌই ।

মোংয়াম্বা—সুংঙাইরেদা ইদায়রেম !
সুংঙাই পাওদি পুরকপা
মনা মথুম পীগনি ।
নিংথৌ ঐগী লনগৈদগী
সনা লুপা পুথোকতুনা
তয়ুম নংগী নরাংয়াইদা
থিলহনগনি হৌজিকমক

অং নানা—(হৌগৎলগা) তাবিয়ু ইনিংথৌ !
মৈত্রবাক মীয়াম ৎন্নমক
মৈতৈ খুংগী অনিনা
মরুপ শান্নডৈ রাংলেন্দা
মৈতৈ লৈমরেন ইমানা

মপান্নী অমা ফুইরেদো ;
মুংঙাইবগী মথক্তা
মুংঙাইবা মপাল শাৎলেদো ।
ঙসিগী কোরৌ মুমিত্তা
মৈতৈ খাগী অনিনা
পুল্লপ পূম্না লৈরিঙ
অহল ওইরবা ঐহাক্না
ইনিংথৌগী সনা ঈসিবু
কোলোয় মমিং থোঞ্জগে—
লাকঙম ফাঙমদ্রবা খাগী'চা
ময়দনাবু হাৎপা কুমজানি,
খাগী নিংথৌ পেয়াঙ্গুনা
মৈতৈগা মরুপ শান্নদুনা
মৈতৈদা লোইপোৎ কারকপমু
ঙসিগী কোরৌ অসিনি !
অসিগুম্বা মুংঙাইরবা য়াংলেন্দা
পোকপা নারাগী কোলোয়দি
খাগী ঙগা কুমজাদা
পোকপা নারানি হায়দুনা
"খাগেম্বা" হায়না থোঞ্জগে ।

মোংয়াম্বা—মুংঙাইরেদা ইপু !
মৈতৈ নিংথৌ ঐহাক্না

ইপু নংনা থোঙ্গিবা
কোলোয় অদো খোয়দাম্রে !

পেয়াঙ্গু— থাগী নিংথৌ ঐহাকন্ত
মজা-ইবুংঙোগী কোলোয়দো
তাবদা পায়মা পেঙ্গরে ।
মৈতৈ কংলা ফম্বালথক্তা
ব্বায়েল চৈরাক পায়হুনা
মতিক্সা কোরৌগুম ঙান্দুনা
পুন্সি মুংশাংনা পানশনু ।

অং নানা—(হয়াওনা মথুং থাঙ্গংলহুনা) মুংঙাইরেদা ঙসিদি,
য়াঙ্গফরে ঙসি মৈত্রবাক !
মজা-ইবুংঙো খাগেম্বা !
মৈতৈ নিংথৌ মোংয়াম্বা !

ময়াম— য়াইফরে ।
অং নানা— য়াইফরে ইনিংথৌ মোংয়াম্বা !
ময়াম— য়াইফরে ।




[ ... তপা ফিজ্রৎ হাইঙ্খিল্লকই । ]

... ইরবা

